

জননেতা ইরাবত

(সেপ্তেম্বর ৩০, ১৮৯৬ - সেপ্তেম্বর ২৬, ১৯৫১)

**IRABOT : MEETYENG AMAA**
*(Irawat A View Point)*
by Langon Iboyaima
Mongsangei Nambul Mapan
Imphal 795003 (Manipur)

অহানবা কোঙবা : সেপ্তেম্বর ২৯, ২০০৮

অকোঙবা : এপোম্লো লাঙোঞ্জম (নোহাখোলগীদমক)
মোংশাঙ্গৈ নম্বুল মপাল, ইম্ফাল

কোপী মশীং : ১০০০ (লীশীং অমা)

কোভর ডিজাইন : রেব সোলুসন, ইম্ফাল

লাইরিক ফংফম : অইবা অমসুং ইম্ফালগী লাইরিক য়োনবা দুকানশিং

মমল : লুপা ১৯০/ ( লাইব্রেরী এডিসন )

নম্ফম : এডভান্স ওফসেট প্রিন্টর, ইরাবত ভবন, বিঃ টিঃ রোদ
কপমহল টেঙ্ক, ইম্ফাল।

অচুম্বা থোংমান্নবা য়াইফ নূংঙাই তংদূ লৈতাবা
মীওইবগী অশেংবা নীংতম্বগী পুন্সী অমগীদমক
থেংনখিবা কংখোকখ্রবা কংখোক্লিবা
পুম্নমক্কী মফমদা

# অইবগী ৱারোল

মচোই মচোই তাদুনা লৈবা সেমিনারগী চেশিং, চেফোঙনচিংবদা ফোঙখিবা ৱারেংশিংগী মরক্তগী খরদং খোমজিন্দুনা লাইরিক মচা অমা ওইনা ফোঙদোকচবনি। হান্না ফোঙখ্রবা লাইরিক, ইখ্রবা ৱারেংদুদা চাউরাকপা অমত্তং য়েংশিনজরগা অমুক হনা ফোঙদোকচবতনি। মসীদা সেমিনার শীনবীখিবা লূপশিং, ৱারেং ফোঙবীখিবা পূন্নমক্না ৱারৌবিরোই। ইজখিবা পূন্নমক থোইদোক্লবা লুচিংবা হিজম ইরাবতকী মরমদা খঙবীবা অহল-লমনশিংনা তাকপিখিবা, লীবীখিবা, ইবিখিবা কয়াদগী অমদি লুচিংবা মশামক্না ইবিরম্বা লাইরিকশিংদগী লৌখৎচবনি। অসি গুম্বা মায়কৈ কয়া কোল্লিবা, অনৌবা মণিপুর অমা শেমগৎলম্বা, হেন্না মশক থোক্লা শেম্মীংবগী মোড্যাল অমা থম্বীরম্বা অথোইবা লুচিংবা অমগী মরমদা থিবগী, নৈনবগী লোইবা নাইবা হৌনদে। চুম্নতগী থম্মোয়দা ফাওজবা মীৎয়েং অমত্তং থমজবতনি। খোমজিঙ্গরিবা ৱারেং খরসীগী মনুংদা তোঙান তোঙানবা মফম মতমদা ইজখিবশিং ওইবনা মতাং খরদা হনজিনবা ৱারোলশিং থেংনবীবা য়াই। চেকশীনবা ৱাংহৌবা অসীগীদমক পাবীরিবশিংনা ৱারৌবিরোই।

পাউদমবিখিবা লৈখিদ্রবা, লৈবিরিবা অহল-লমনশিং, মরূওইবা মচাক, লাইরিকশিং ফংহনবীখিবা পূন্নমক্কী মফমদা তৌবীমল লমন তোনশিনজরবনি। মতম শাংনা চোইজাইননা লৈরক্লবা অসীবু খোমজিন্দুনা লাইরিক অমা ওইহন্নবা হোৎনরকপদা থৌদাং লৌবকখিবা পূন্নমক্কী মমল কাউবা য়াদে। ঙসিদি হোৎনবীরকখিবা পূন্নমক্কী মপান্না ইরাবতঃ মীৎয়েং অমা হায়বা লাইরিক মচা অসি খ্বাই পূন্নমক্কী মফমদা লাপ্তোকচরে।

মোংশাঙ্গে
সেপ্তেম্বর ২৯, ঈং ২০০৮ — লাঙ্গোন ইবোয়াইমা

# নোহাখোলগী ৱারোল

লমযানবা ইবাবতকী ১১২ শূবা মপোক থাগা ইবোয়ননা লমদমসিদা লৈবিবা লূপ কযানা তোঙান তোঙানবা মখল-মথেলগী থৌবমশিং মণিপুরগী কাচিন-কোযা শিন থুংনা পাওথোক্লনা মমা লৈবাক্কীদমক্ মপুন্সি পূমকৎ কৎথ্রবা ঐখোযগী লুচিংবা অসিবু যাম্না ইকাইখুম্নজবগা লোযননা মাগী পুন্সি অমসুং থবক্কী ফিদম খূদুং ইনদুনা পূন্না মাঙলোমদা চঙশিনমিন্ননবা হোৎনবি। অসিগুম্বা ঐখোযগী নুংশিজববা লুচিংবা হীজম ইবাবতকী মপোক থাসিদা লূপ অসিনা "ইরাবতঃ মীৎয়েং অমা" মিংথোনবা নোহাখোলগী অচঙবা মেম্বর, ওঝা লাঙ্গোল ইবোয়াইম না ইবা লাইবিকসি খ্বাইদা শীন্নজবা ঙম্বদা হাযনীংঙাই লৈতনা নুংঙাইজৈ। ওঝাগী লাইবিকসি নোহাখোলনা পুথোকচবা ৬৮ শুবা লাইবিক্নি।

যুরেম্বম
সেপ্তেম্বর ২৬, ঈং ২০০৮

অদোমগী
কেশো লুৱাং
প্রসিদেন্ট, নোহাখোল

# ফোংজরিবদগী

ঙসিগী ওইবিবা, হোবেল কবি থোক্কনি খংনদ্রবা, তুংদু লৈতাবা পুন্সি অমা ফংলমদ্রবা মণিপুবগী প্রজা ঐখোযগী থম্মোযদা নাশোন্নবা জননেতাগুম্বা অমগী লিচিং যাম্লমক তঙাই ফবক্লে হাযনা নিঙমদবা অমগা লোযননা ঐখোযগী লুচিংবা অসিগী মবমদা, মহাক্কী ব্রাখল্লোন, বাজনিটিগী মীৎযেং, কালা সক্কিটি, মীপুম খুদিংবু নুংশিনা অমসুং মান্ননা যেংবা মহাক্কী তুংগীশান্না উবা ঙম্বা মীৎযেং, তুংগী হেন্না ফবা মীমান্নবা মীবোল অমগীদমক চোকথবা লৈতনা মশাগী লন্নাইগী ওইজবা পুম্নমক তুংওইনখিবা লুচিংবা অসি হেন্না হেন্না মরু ওইবক্লি। লুচিংবা অসিগী মবমদা খংনিংনা, নুংশিনা অমসুং মীযামগী লুচিংবা অমা ওইনা পুম্নমক্না মহাক্কী মফমদা শ্রধাঞ্জলি কৎলবি। মবমদুমক্না ঙসি মীবোলসীনা জননেতা অসিগী মফমদা কবিগুম্ব খবদি তৌফম থোকপ্রা খঞ্জদুনা মদুগী শরুক অমা ওইনা লুচিংবা অসিগী মবমদা ইজবা 'ইবাবতঃ মীৎযেং অমা' ফোংজনবগী ভাব অদু লৌজবনি। চহি ১১ গী মমাংদসু অইবসিমক্কী 'ইবাবত ঃ পুন্সিগী শক্তম খবা' ফোংজবগী দাইত্য অদসু পুজখ্রে। ঙসিনা অনিশুবা ওইনা জননেতা অসিগী মবমদা ইজবা লাইবিক অসিগী ফোংজবগী হক অদু লৌজদুনা পুম্নমক্কী মফমদা লাইবিকসি শিন্নজবি।

ইম্ফাল

সেপ্তেম্বব ২৭, ২০০৮ এপোল্লো লাঙ্গোঞ্জম

# লাইরিকসিদা

# ৱাহৌদোক

মীওইলক্তগী থোইদোক্লা মশক থোক্লবা শক্লাইববা অথোইবা মীশক হাযবসীমক্তবু মীওইবা খুন্নাইগী যাইফ-নুংঙাই-চাওখৎপা পুবক্লবগীদমক মহাক্কী পুন্সী পাঙ্গল থৌনা পূম্নমক কথোক্তুনা হোৎনখিবা থেংনখিবা মীওইশিংদুনি। মপূংমবৈ তম্লকপা চাওখৎপা হাযবসীমক অনৌবা মশক অমনি। মীওইবা খুন্নাইগী অৱোনবা অহোংবা চাওখৎপা মপূংমবৈ তম্লকপা অনৌবা ইতিহাস অসীমক মপাঙ্গল মবৌশিং থাংদোক্তুনা শূজ-নোমজবিবা মীযাম্না শেম্লকখিবনি। অদুবু শক্লাইববা মীওইগী থোইদোকপা তঙাযফদবদুদি অদুম্মক লৈ। অনৌবা তাংকক্কী অনৌবা মাযযোন লেপ্লকপদা অদুগুম্বা লুচিংবদুমক পুথোক্তবা যাদে। মদুমক্তনা মীওইবা সভ্যতাগী খোঙচৎ লেপহন্দ্রিবনি, মীওইবা জাতিগী ইতিহাসনা মাঙলোমদা চৎখৎপা ঙম্লিবনি; জাতি অমসুং সমদম কযাগী অনৌবা ইতিহাস শাগৎলিবনি। অসীগুম্বা লুচিংবসীমক মণিপুরী জাতিগী ইতিহাসকী তাংকক অমদা হিজম ইবাবতনা ওইখি। লমদাঙ খুদীংদা মাযকৈ পূম্নমক্তা অনৌবা মণিপুর অমগী চঙখোল্লবা মশক অদু শেম্নবা হোৎনখি। মহাক্তি অনৌবা মণিপুর অমা শেমগৎলমখিবা খুৎহৈবা অর্কিটেক অমনি। মদুগীদমক থেংনখি লুচিংখি কথোকখি। তশেংনমক ইবাবতকী পুন্সীদ থেংনবা অমসুং কথোকপগী ইতিহাসনি। জাতি অসীগী কলা সংস্কৃতি সাহিত্য, সমাজ শেলথুম রাজনীতি পূম্নমক মীযামগী মাযকৈদা মচু তাববা মশক অমা শেম্নবা হোৎনবকপদা ইবাবতকী পুন্সী অমসুং থবক্কী মফম অমদি চাউনা কল্লিবনি। মহাক্কী অশেংবা মশক খঙলকপদা লমদমসিগী অনৌবা যাৱোলগী চাওখৎ- খোঙচৎ অমদি তশেংনমক হৌবগনি। অনৌবা হাযবসীমক হেন্না মাঙলোমদা চৎখৎনা চাওখৎপা (হাযব ন্যা) অমগী মশক অমসুং পান্দমনি।

ইরাবততি ফজরবা পূকচেল, মিনুংশিংগী থম্মোয় মোমোন নোকপা মায়থোঙ, থৌনাগী ঈহূল, লানফমদা চোকথবা নাইদবা চেৎলবা ফিরেপ, থাজবা অরেপ্পগী লেঙদ্রবা খোঙফম - শক্তম কয়াসীমক্না চূং ফীরাল চানা লেপখিবা অথৌবা অমনি। মরৈবাক মজাতিবু থম্মোয় শেংনা নুংশিজখিবা, ওৎপি-তুহৎপিরবা, লায়র-পিদোল্লবা, শোত্থরবা মীয়াম কাঙলূপকীদমক, মখোয়গী অশেংবা মীওইবগী নীংতম্বদু পুরক্লবগীদমক অমকপা য়াওদনা, অখাকপা লৈতনা কত্থোক্লুনা থেংনখিবা, মদুমক্তনা কায়নবা অৱাবা তমথীরবা চৈনাখোল কয়া কয়া মায়য়োক্ন দুনা পুন্সী লোমখিবা অথোইবা লুচিংবনি। মহাক্কীদি অনৌবা মণিপুরনি, অনৌবা দুনিয়ানি, অনৌবা যুগনি। পূমনৌ নৌবা অহোংবা অৱোনবা পুরকপনি (র‍্যাডিকেল চেঞ্জ) অনৌবা খুন্নাই লোনচৎ (সস্যাল সিষ্ট্যম) অমা পুরক্লবগী পান্দমনি - মদুদনি ইরাবতকী মীৎয়েং ৱাখল্লোন, থৌদাং। অসীগুম্বা শক্লোন অমগী কয়াৎ খূদীং চূং ফীরাল চানা শেমগৎনবা হোৎনরম্বদুনি। মসীনি ঐখোয়গী মাঙদা মহাক্না থমলিবা ফিদমনিংঙাই ওইরবা শক্তম ( মোড্যল) অদু।

## *ইরাবতকী পুন্সী ঃ*

ইরাবত ঈংকুমজা ১৮৯৬ সেপ্তেম্বর ৩০ দা পিশুমথোং ওইনাম লৈকাইদা পোকই। অপোকপনা হিজম ইবুংঙোহল অমসুং অপোকপীনা চোংথাম চনু থম্বালঙম্বীনি। লায়র - অনংগী চৈরক্তা অপোকপা ঙন্না লৈখিদে। অপোকপীনা অৱা পোৎলুম পুঙমদবনা পীক্লিবা মচাবু পুদুনা ইরাবতকী মনে ইবেম্মা শৌগাইজম ওঙবী ইবেতোনগী নাক মোইরাংখোম শৌগাইজম লৈকাইদা তাংজফম লৌরখি। অপোকপীসু অদুমক লৈখিদ্রে, নৌনা কায়নখ্রে। পিদোল্লবা পুন্সীনা থেংনবগী লানফমদা মায়য়োক্লবা তারকখি। মনেনা হোৎনবীদুনা মহৈ তম্বা হৌরকখি, অফবা মহৈরোয়নি। জোনষ্টোন স্কুলদা ক্লাস সেবেন ফাওবা তম্লল্লগা মখা তানা মনেগী মচাইবুংঙো সমরেদ্রনা ধাকাদা লাইরিক তম্বা চৎপদা তুংইন্দুনা মখা অমুক তমখি। অদুবু ক্লাস নাইন তম্লগা লোইশিনখি।

ধাকাদগী চৎখ্রবা ত্রিপুরাদা মতম খরা লৈরল্লগা মণিপুরদা হল্লকপদদি শৌগাইজমদা চঙখিদে। ৱাংখৈ নিংথেম পৃষ্ট্রী মপান মাইবম শমদেনগীদা লৈখি। ধাকা অমদি ত্রিপুরাগী খোঙচত্তা লৈরিঙৈ মতম অসী পৃথিবীগী অহানবা লাঞ্জাও, ভারত নীংতম ঈহৌগী খোঙজঙ, লোকমান্য তিলক্কী স্বরাজগী পাউজেল

কনশীল্লকপা মতমনি। তিলক্কী পাউজেনদা নীংতম্বা হায়বসি পোকপদগী যাওবক্কুবা হক্কী হাযবা অমসুং মীযাম্না অকিবা লৈতবা, মবৈবাক নীংবা অমমম ওইদুনা নীংতম্বা (স্ববাজ) ফংনবগীদমক কখোক্লবা শেম শাবসি হাযবা কয়া অসীনা ঈনখৎলক্লিবা ইবাবততা অকনবা ঈহূল পীখি।

ইবাবত মফম মতম ফীবম নিংথীনা যেংবা খম্বুবা ওম্বা মীৎযেং শান্না উবা অমনি। মবৈবাক মজাতিবু নুংশিজবা, নীংতম্বগী ঈথৌ লাংজবা খিবিক মীযামদা যৌহন্নবা শেম শাখি। মপূং ফাববা চাওখৎলবা জাতি অমা শেমগৎপদা তঙাইফদ্রিবা, ব্রাৎলীবা হীবম কযাদা মীৎযেং থমখি। মদুমক পুখৎনবা হোৎনখি। ১৯২০ যৌশীল্লকপা মখা তাবকপা চহীশিং অসীমক মণিপুবী জাতিনা নৌহৌনা যাকাযবকপগী মরূওইববা তাংকক অমনি। কলা সাহিত্য শান্ন খোৎনবা দ্রামা সমাজ শেলথুমদা নৌহৌনা যাকাইবোল খোম্থাং যৈবকপা তানজানি। পূম্নমকসিদা ইবাবত মশক থোক্লা শব্দক যাখিবনি, লুচিংখিবনি। ঈং ১৯২২ দা মণিপুবদা অহানবা ওইনা মণিপুবী চেফোঙ মহাক্লা ইদিট তৌদুনা খুৎনা ইদুনা ফোঙখি *'মৈতৈ চনু'*। মিংথোল অসীমক ইবাবতকী মমালৈবাক, মমালোল, মমালোলগী সাহিত্যবু যৌনা নুংশিজবগী নুংগী ওইবা মক্লবা ঈনোৎ অদুমক্লি। মতম অসীমক নোংচুপকী সভ্যতাগা নকশীন্নবকপগী অনৌবা মীবোল অমগী পুন্সীনা হৌবকপগী তানজা অমনি।

*শান্নবগী ঈহৌদা ঃ*

মতম অদুমক যেহ্লৌঙৈগী মমল লেপ্লগা লোযননা চঙশীল্লক্লিবা কযাগী অনৌবা মশকপুসু লৌশীনবগী লুববা তানজা অমসুনি। অদুঙৈগী মমলবু নিংথীনা ঙাকহৌদ্রবা অদুগা সভ্যতাগী অনৌবা মশকপুসু হৈশিংনা লৌশীনহৌদ্রবা জাতি অমগী অনৌবা মশক শেমগৎলকপদা অৱাৎপা খবদি অদুমক লৈহৌগদৌবিবনি। খোঙফম অসীদা ইবাবত চপচানা থৌদাং লৌখি। মহাক মৈতৈগী লেমজববা মশান্না *'কাং'* চঙখোন্না শান্নে। চেকফৈ তানবগী কাংফমদা মমীং চৎখি। শগোল কাঙজে, *মুক্না*, কাঙজৈ, শাবিৎশবাৎ পামজনা পুখৎখি। শাইবোং কাপ্পদা খূৎ চুন্মী। মসীনা জাতিসিগী লৈজবম্বা মশান্নশিং পুখৎনীংবগী, পুখৎখিবগী লেঙদ্রবা খূদমনি।

অদবু মালেম শীনথুংনা মশক নাইবক্লিবা মশান্না কযাদস্ ইবাবত থৱায যাওখি। ফুটবোল, হোকি, টেনিস, বেদমিন্তল, ক্রিকেটনচিংবা মচুতানা, চঙখোন্না

শান্নখি। লমদমসিদা মশক তাকখি। অহানবা শান্ন লূপ ইম্ফাল টাউন ক্লব লিংখৎপদা শরূক য়াখি (জুন, ১৯২২)। অফবা ফুটবোল অমসুং হোকি শান্নরোই ওইনা ক্লবসিগী মহূৎ শিনখি। অফবা ক্রিকেট শান্নরোই ওইখি। বেদমিন্টলদা থোইদোকপা মফম পন্নরি। তশেংনমক লমদম অসিগী শান্নবগী ইতিহাসতা ইরাবতকী মফম চাউনা কল্লি।

*থিয়েটরগী ঈহৌদা ঃ*

লমদম অসীগী ওইজবা থিয়েটরগী মওং কয়া লৈজরকই। অদুবু অনৌবা নোংচুপকী প্রোসিন্যম থিয়েটরগী ঈহৌদি কুনশুবা চহীচাগী হৌবকপথক্তুদা চঙলকখি। ঈং ১৯০২ দা সনা কোনুংদা ষ্টেজ শাদুনা শান্নখিবা বাংলা লীলা 'প্রবাস মিলন' অসীনা অহানবনি। মথং চহীদগী বাঙ্গালীশিংনা বাবুপড়াদা ড্রামা হোল লিংখত্তুনা বাংলা লীলাশিং শান্নরকখি। ঈং ১৯০৫ দা বাংলাগী 'পাগলিনী' মৈতৈলোনদা হন্দোক্তুনা শান্নরে। মণিপুরী মচা কয়া থব্বায় য়াওনা শরূক য়াবকখি। বাংলা ড্রামা *অভিমন্যু, দেবলাদেবী, কৌরব পারাজয়, কর্নার্জুন, রেজিয়া, তিপু সুলতান* অসীনচিংবা কয়া মৈতৈলোন্দা হন্দোক্তুনা শান্নরকখি। অসীগুম্বা থিয়েটরগী ঈহৌদা ইরাবত য়াওরকখি। বাংলা লোন্দা বাঙ্গালী মরক্তা শান্নবা যাওরকই। নুপীগী শক্তম লাংদুনা 'রাণী দুর্গাবতী' দা রূপমতী শাখি। দেবলাদেবী লীলাদা দেবগীড়ী কৌবা লৈবাক মচা অমগী নিংথৌ বলদেব অদুগা ভক্তবিল্বমঙ্গলদা বিল্বমঙ্গল শাখি।

ঈং ১৯২৫ দা লমদমসিগী ওইবা ৱারীদা য়ূমফম ওইজবা মপূং ফারবা মণিপুরগী অশেংবা ড্রামা গোবীন্দজীগী মাগুবতা শান্নখিবা *'নরসিংহ'* লীলাদা (অইবা লাইরেনময়ুম ইবুংঙোহল) কুমুদগী শক্তম লাংখি। লীলা অসিদা মরৈবাক নীংবগী এক্তিংদা অয়েংবশিং শুস্কৎখি হায়নৈ। মণিপুরী ড্রামাগী খোঙচন্তা অহানবা ওইনা টিকেট লৌদুনা শান্নবা অহানবা সামাজিক লীলা *'অবেপ্পা মরূপ'* (অইবা সোবোকখাইবম ললীত) হায়বসিদা নায়ক চন্দ্রসিং শাবদা থোইদোক হেন্দোক্লা মমিং চৎখিবগী ৱারী লীনহৌখি। ঈং ১৯৩০ মৈতৈ ড্রামাতিক য়ুনিযন (ঙসিগী মণিপুর ড্রামাতিক য়ুনিয়ন) শেমগৎলকপদা চাউনা থৌদাং লৌরকখি। য়ুনিয়ন অসীগী শক্তাক খূদম *'লাংগোল কারল'* মহাক্লা পুথোকখি। খূদম অসীগী মতাংদা হায়রমখি - ''লাঙ্গোলসিনা লৈবাক্তা খোইদূনা অরিবা কয়া থিদ্না, খোড়্না মদুদা

অনৌবা পাম্বী অমুক থাবগা ফজবা পোথোক লৌহৌনবনি। মণিপুরগী কলচবসি খোইবগা চাওখৎহনবা, অরিবা খোইদোক্লুনা অনৌবা মক্ষ হুল্লগা ঈনৌ নৌবা অমা শেমগৎনবগী খুদমনি”। মসীমক ওন্থোক্লা মক্ষ ওই। অবী অনৌগী থানফদ্রবা মশক্তু তাকই। ইবাবত ড্রামা লাইবিকসু ইবম্মী। মহাক্না ইবম্বা *“জয়মতী”* খুৎই ওইনা লৈবি। আর্টিষ্টশিংনা মনীং তম্না লীলা শান্নবগী থৌনাসু পীবম্মী। তশেংনমক লমদম অসীগী থিয়েটবগী ঈহৌদা শক্ষক যাবম্বদা নত্তনা অচৌবা মাযথোঙ অমগী লম্বীসু যাৎলমখি।

## *যুম্বালবগী পুন্সী শিনফম ঃ*

লমদমসিগী মশক নাইনকপশিংগী মফমদা নিংথৌ শাগৈগী মচা ইবেম্মশিং থাজবগী চৎনবী লৈবম্বা মতমদুদা মাযকৈ কযাদা ইবাবতকী থোইদোকপা মতীক মগুণ যেংদুনা মহাবাজ চুবাচান্দগী মযাম্বুংতোন চন্দ্রহাসকী মচাইবেম্মা অহল খোমদোনসনা থাজখি। মশাগী চহী ২৭ লোম শুবকপদগী যুম্বালবগী লম্বীদা খোঙদাখি। অহানবদা মোইবাংখোম ইয়ু পিদা ওজা ওইবম্বদগী মথংদা সদব পঞ্চাযগী মেম্বব ওইখি। ওজা অমা ওইনা ছাত্রশিংবু লুনা চান্না তৌখি। অফবা ছাত্রশিংগী মফম পী। শোথবিবশিংবুসু পুখৎনবা হোৎনৈ। মতমগী চাং নাইবা তমজহল্লি। ক্লাসতা মখুৎ - পাযদুনা ইবা তাকপী। রিপোর্ট অইবা শেমদুনা নুমিৎ খুদীংগী ছাত্রদুগী ফীবম মখোযগী অহল-লমনশিংদা খণ্ডহল্লী। ক্লাস মতমচানা হৌই, মতমচানা লোইশিল্লি। ছাত্র অমত্তদা চৈনা নত্রগা খুৎনা ফূখিদে। মখোযগী পুক্নীং ব্রাখল মহৈ তক্ষ-তক্ষনা শেমগৎনবা, মতমগী মমল খঙনা পঙ্গীবু লমজিংনবা হোৎনবম্বগী মশকনি।

সদব পঞ্চাযগী মেম্বব ওইদুনা বাযেল মপ ওইববসু মহাক মতম পূম্নমক্তা লাযব অতোনবা, খুনজা মীযামগী বাথলদা লূপচখি। অচুম্বা ব্রাযেলদা চপচানা লেপখি। শেনজা থুমজা অচান-মীবায খক যাখিদে। সমাজদা লৈখা তাহনবীববা অমদি লাযববা লৌমী শিন্মী মীযামগী মাযকৈদ অচম্বা থৌনাগী ব্রাযেল চথখি, মখোযগীদমক লেপ্তুনা থেংনখি। যাইস্কুল জন্মস্থানদা লৈববা মমাক ইবুংঙো, ইবাবত মেম্বব ওইববা মতম মুষ্ঠি ভিক্ষা লিংখত্নুনা নোংমগী চবাদগী চেঙ মুঠ অমমম খোমজিন্দুনা খাইগৎনবগা মদুদগী যংলকপা শেলফমদুনা মহৈ তমজবিবা অভাংশিংগী লাইবিক চে কলমনচিংবা লৈল [illegible] হমগী অভাংশিংগী মফ

মরোল থোনবীবা কয়া চথৈ। মুষ্ঠি ভিক্ষাগী মওংসি কোন্নথং কৃষক সভা, পার্টি লিংখৎলবা মতমফাওবদা চথ্বরকখি। থৌরাঙ অসীমক তোপ-তোপ্পা মচু তারবা, পূন্না শরূক য়ামিন্নবা, তেঙবাঙমিন্নবা, লায়র-ঈনাকখুনবা খূদীংমক্কা মান্ননা খাইগৎনবা ওন্থা থোংমান্ননা পুখৎপা অপূনবগী মশক অমনি। অপূনবগী ৱাখল্লোন শাগৎপদা অচৌবা মতেং অমনি। লায়র-পিদোল্লবশিংগী ঈজৎ থৌনাগী মায়য়োন্দনি। ইরাবত ১৯৩৮ ফাওবা সদর পঞ্চায় মেম্বর ওইরম্মগা ১৯৩৯ গী অঙনবা শরূক ফম থাদোক্কুনা সমাজগী সেবা অমসুং কম্যুনিষ্ট রিভোলুসন্যবি লুচিংবা অমা ওইনা পুন্সী লোমখি।

*অপূনবা লূপ শেমগৎলকপা ঃ*

ইম্পরিয়েলিষ্ট বৃটিশকী লোই লৈঙাক অমদি নিংথৌগী শূপ্নম লৈঙাক কয়াগী মরক্তা মীয়াম্না সমাজ, শেলথুম, সংস্কৃতি, রাজনীতিগী মীওৎ মীনৈ কয়া মায়য়োক্লরম্মী। য়ারেক শন্ত্রি দোলাইরেং, পিয়ন আমিন চাকথাক, জলসম্বন্ধী, মাসূল, খেন্না, ধর্ম্মগী মিংদা খায়বা চন্দন শেনখাই, ধর্ম্মগী থৌদোক কূম্মৈ কযাগী শেনখাই, পাচনাপেৎ, অমাং অশেংগী অকনবা চৈনা কয়া নল্লম্মী। অসীগুম্বা মতমসিদা অৱাবা খাঙলিবা মীয়ামগী অপূনবগী শক্তি শাগৎলক্লবা মীৎযেং থন্নকখি ইরাবত। মীৎয়েং অসীগী মখাদা ১৯৩৪ দা *নিখিল হিন্দু মণিপুরী মহাসভা* লিংখৎখি। মসীগী অহানবা মীফমদা ইরাবতনা হায়খি - "মণিপুরগী মনুংদা এসোসিয়েসন, সস্যাইটি, ক্লব অসীনচিংবা ঈবৈ লৈতে হাযবমক য়াই। হায়রীবশিং অসী লৈরবদি নিতিগী নত্রগা মবক মরক্তা মী মঙা তবাদং তিন্নদুনা পূক্নীংগী বা ফোঙদোক্লগনি, নুংঙাইবা অফবা দেশগী সমাজগী কান্নগদবা ৱাবী তৌনদুনা মী অমগা অমগা নুংশিনবগী থৌরীনা শোযদনা পুনশিন্নগনি। অসিনা পূম্নমক্কী অমত্তা ওইবা লম্বী অমা শোযদনা ওইগনি"।

অহানবা মীফমসিদগী হৌনা মণিপুরগী অশেংবা ইতিহাস ইনবা মনুং অমসুং মপানগী মণিপুরীশিংনা মণিপুরী লোল তম্নবা, থাঙ-তা, মূক্না কাঙজৈ চাওখৎহন্নবা, নুপীমচাশিং লাইরিক তমহন্নবা, নুপীগী ইজৎ কন্নবা, মৈতৈ মযেক হৈহন্নবা, মৈখু থকপা ঙাকথোক্লবা ৱারেপ কয়া লৌখি। মহাসভাগী অনীশুবা মীফম শিলচরগী তরাপুরদা ফমখি (ঈং ১৯৩৬) ইবাবতনা হায়খি - "ওন্থোকপা হীগায়রা

অমনা মী খূদীংগী নাকোংদা তত্তুনা কামলি" মৈতৈ অনী তিন্নবা য়াদে ... হীগায়ব্রা অসী পুম্মুৎ মূখত্তবা য়াদে, হীগায়ব্রা অসী - মন্ত্র ওন্দবা য়াদে ' মৈতৈ অনী তিন্নদবা য়াদে' মসীতনা মৈতৈগী লাইবক ফবা নুমিৎ মশেক খর খর থোরক্কদবনি। ... "হৌজিক মতম অমা লাক্লে মতম অসিদদি তিন্নবা অমসুং শেমগৎপনা মরূ ওইরক্লে। লনাইগী, শাগৈগী, লমগী নুংঙাইনদবা লৈরবসু জাতিগী ওইবদদি নুংঙাইনদবা লৈফম থোক্কে।" জাতিবু নুংশিবগী অমসুং চেৎনা তাশীন-খোমজিন্নবগী অকনবা পাউজেন্নি। অহুমশুবা ব্রহ্মদেশতা ফমখিবা মীফম (ঈং ১৯৩৭) দসু হায়খি " ব্রহ্মবাসী মণিপুরীশিংনা ব্রহ্মদেশতা পিক্তকপা মণিপুর অমা শেমদুনা লৈরবদা অব্রা ভদ্রলোকশিংগা পূকচেল খোয়জেল তিন্ননা থবক তৌমিন্নগনি। মসিদা অরুবদি ঐখোয়গী জাতিয়ত্ব ঙাক্লবা হোৎনবা তাই।" অসুম্না মীয়ামগী অপূনবা লূপ শাগত্তুনা জাতিগী লীপূন চেৎশীলহন্নবা তত্তনা হোৎনখি। জাতিগী অপূনবা, জাতিগী লোল, নাৎ ধর্ম্ম, সমাজগী লোনচৎ কয়াদা মীয়ামগী মায়কৈদা লেপ্তুনা থেংনখি। মখা তারকপা মহাসভাগী থৌদাংশিংগী মরক্তা মতম অদুদা ধর্ম্মগী মিংদা চত্থরম্বা মাংঙে হায়দুনা ঈল্লোকপিরবা শিংগীদমক থেংনখিবসীসু অমনি। ইরাবতনা লমজিংদুনা শেংদোকপা, শ্রাদ্ধ শোনবা মদুদা ঈশৈ শক্তুনা, ঈশৈ ফাওবা হন্দুনা চঙশীনখিবগী ৱারী লৈরি।

খোঙজঙ কয়াসীগী মরক্তা ১৯৩৬ য়ৌরকপদদি লৌমী কাঙলূপকী ওইবা অপূনবা লূপ শেমগৎলরে। নম্বোল মায়কৈদা যূমফম ওইদুনা অপূনবা লৌমী লূপ 'মণিপুরী কৃষী সম্মেলনী' লিংখত্তুনা লৌমীগী দাবীশিং ✪ লৌমীদগী লৌ শৎপা য়ারোই, উতোং ৬৪ না শঙবায় শাগদবনি ✪ সের ৪০ না মোন শাগদবনি ✪ য়ারেক শন্ত্রী মূথৎলু ✪ পিয়োন আমিনগী চাকথাক ককথৎলু ✪ দোলাইরেং পোত্থাঙ বেগার ককথৎলু ✪ চন্দন শেনখাই, পাচনাপেৎ শেনখায় লৌরোইদবনি, অসীনচিংবা কয়া পুখত্তুনা আন্দোলন শাগৎপা হৌরকখি। মসীনা মীয়ামগী পুক্সীদা অনৌবা জ্ঞান অমসুং ওৎশীরবা কাঙলূপ ওইরিবা লৌমীশিংদা নৌহৌনা মীৎ পাঙহল্লকখি।

ঈং ১৯৩৮ য়ৌরকপদদি *নিখিল হিন্দু মণিপুরী মহাসভা* হিন্দু ৱাহৈ লৌথোক্তুনা *নিখিল মণিপুরী মহাসভা* কৌদুনা রাজনীতিগী খোল্লাউশিং পুখৎলকপদগী রাজনীতি দল অমা ওইনা লৌরকখি। সরকারগী কর্ম্মচারী অমত্তা

য়াওবা য়ারোই হায়বদগী ইরাবত সদর পঞ্চয় মেম্বরগী ফম থাদোকখী। মহাসভাগী মরিশুবা মীফমদুনা (১৯৩৮, দিসেম্বর, ২৯, ৩০ চীংঙা) মণিপুরদা মীয়ামনা খনজবা মীহূৎনা লৈঙাকচবা মপূংফাবা হক ফংবা লৈঙাক্লোন লিংনবা তকশীনবা হৌরকখি। লাঙ্গোল য়ানবনা লৌগী মপু ওইনবগী খোল্লাউ পুখৎলকখি। অসিগুম্না লূপ অসীনা ১৯৩৯ গী নুপীলান লমজিংখি। অদুবু ইরাবতকা ব্রাখল্লোন খেন্নরকপদগী *মণিপুর প্রজা সম্মেলনী* অমসুং *মহিলা সম্মেলনী* লিংখত্তুনা মখাতাবা থৌদাং লৌখি। নুপীলান লমজিংলুবদগী চহী অহুমগী মিযাদ তাদুনা শিলেট জেলদা লৈখি। মদুদগী মহাক কম্যুনিষ্ট ওইরকখি কম্যুনিষ্ট পার্টি য়াওবকখি। মদুমক্তা জেলদগী থোবক্লবসু মণিপুর চঙহন্দবদগী কাছারদা লৈখি।

## *কাছারগী পুন্সীদা ইরাবত ঃ*

ইবাবতকী কাছাবগী পুন্সী অসী ঈং ১৯৪৩ মার্চ ২০ (শিলেট জেলদগী থাদোকপা) দগী ১৯৪৬ মার্চ অহৌবা মতমসিনি। কম্যুনিষ্ট অমা ওইনা ববাক তম্পাক্তা লৌমীগী অকনবা ঈহৌ শাগৎখি। লৌমী লুচিংবা অমা ওইনা মফমদুগী লৌমী লূপকী অকনবা ঈহৌ পুখৎখি, লোযননা চাথোক হেন্না পুথোক্কদবনি হাযবগী খোঙজঙ চঙশীনখি। মতম অসীগী মনুংদা কাছাব জীলা কিষান সভাগী জেনেবেল সেক্রেটবি অমসুং সরমা তম্পাক কিষান সভাগী প্রসিদেন্ট ফাওবা ওইখি। জমিন্দাবী প্রথা মৃথৎনবগী আন্দোলন পুখৎখি। ওল ইন্দিযা কিষান কনফবেন্সশিং ভাকনা (১৯৪৩ এপ্রিল), বিজবাদা (১৯৪৪ মার্চ) অমসুং নেত্রকোনা (১৯৪৫ এপ্রিল) যাওখি। নেত্রকোনার্দদি লৌমীগী ফীজোন্দা লৌমীগী ঈশৈ *"থাঙ্গোল অদু মযা থাংভু থৌনা"* শক্তুনা মীযামগা লোযননা জগোই শামিন্নখি। কাছাব সংস্কৃতিগী মাযকৈদা মমিং লৈববা হেমাঙ্গো বিস্বাশ লোযনখি। *'স্বদেশী গানেব দল'* (কোন্নথংদা ইন্দিযান পিপলস থিযেভব এসোসিযেসন ওল্লকখিবা) কৌবা লূপ শেমগৎমিন্নদুনা পুখৎমিন্নখি। লৌমী শিল্পীগী যাকাইবোল ঈশৈ কযা পুথোক্তুনা অনৌবা থৌনাগী ঈহূল পাখি। অসুম্না লৌমীগী আন্দোলন কযা শাগৎলকপদগী ১৯৪৪ সেপ্টেম্ববদা ফাদুনা সিলচব দিষ্ট্রিক্ট জেলদা থমখি। কাছাবগী পুন্সীগী মতমদসু মহাক অন্দবগ্রাউন্দ তাহনখি। ইবাবত কাছাবদা লৈবিঙৈ সিপিআইগী অহানবা কংগ্রেস যাওখি (১৯৪৩ বোমবে)।

ইবাবত কছাবদা বাজনীতির্গী লুচিংবা অমা ওইনা নোংম- নোংমগী মশক নাইবা হেঙ্গৎলকখি। মতম অমদা মণিপূবী অমত্তা শিলচব লোকেল বোর্দতা কাবা

ঙন্নমদবদু মহাক্কী মতমদা মরি কাবা ঙমখি। অসীগুম্বা মহাক্কী থৌদাংসিদগী ১৯৪৬ জানুৱারীদা পাঙথোকখিবা আসাম এসেমব্লি মীখলন্দা ইরাবত কম্যুনিষ্ট মীরেপ অমা ওইনা সিলচর জেনরেল কনষ্টিট্যুয়েন্সীদা লেপখি। অদুবু ভোট ১৩,৩৪৭ ফংদুনা অনীশুবদা লৈহৌখি। মহাক্কী সিম্বলনা লালটৈন্নি। অসুম্না লেল্লম্লবা মতুং মণিপুরদা চঙবা য়াবগী অয়াবা ফংদুনা ১৯৪৬ কী মার্চ অহৌবদা মণিপুর থোক্লকখি।

*মণিপুরদা রাজনীতিগী ঈহৌ ঃ*

অনৌবা যুগকী অনৌবা লুচিংবশিংনা মীয়ামবু হৌদোক্লুনা য়াকাইহনগনি, মখোয়গী লূপশিং শেমগত্তুনা থবক্তা পুশিনগনি, থৌদাং পীদুনা শরূক য়াহনগনি। মখোয়গী ওইবা পান্দম, মখোযগী নীংতম্বগী চক ময়েক শেংনা মাঙদা থমদুনা মদু ফংনবা থেংনবদা থৌনা পীগনি। মদুমক লমদমসিদা ইরাবতনা ওইখি। কাছারদগী থোক্লকপগা *মণিপুর প্রজা সম্মেলনী,* অমুকসু *মণিপুর প্রজা মণ্ডল* নৌহৌননা পুখৎতুনা, শেমগত্তুনা মীয়াম্না মায়য়োক্লবিবা অৱা অনং কযা কোকহন্নবগীদমক থেংনবা হৌরকখি। লূপশিং অসীগী মীফমশিং পাঙথোক্লুনা ইরাবতনা ভারত অমদি পৃথিবীগী ওইরক্লিবা ফীবমশিং নিংথীনা নৈনখি। মণিপুরবু ভারতকী অৱাং - নোংপোক ঙমখৈ লমদম অমা শেম্লকপদা পূনশীন্নবা হোৎনরকপবু যানীংদবা ফোঙদোক্লুনা মদুগী মাযয়োক্তা থেংননবা কৌখি। মীয়াম্না থেংনবিবা সমাজ, শেলথুম, বাজনীতিগী ৱাফমশিংসু তত্তুনা নৈনখি। ✪ অৱাং নোংপোক ঙমখৈ প্রদেশ শেম্বা য়ারোই, ✪ মণিপুবগী তোপ তোপ্পা শক্তম ঙাক্লদবনি, ✪ লালনা শোকহল্লবা চানিঙাই - শেৎনিঙাই লৈত্রবা মীয়ামগী যেংদুনা ফি, লং, কেরোসীন, নুংতিগী পুক্সীদা চঙদবা য়াদ্রবা চান -থক্লবা পোৎলমশিং মমল হোঙনা অমসুং মবাঙ কায়না ফংহনগদবনি হাযবা দাবী পুখৎখি। মসীগা লোয়ননা পুর্নদাথিত্বশীল শাসন, মীয়াম্না খনবা মীহূৎনা শেম্বা লৈঙাক শাসন, ভারত অসী ষ্টেট ময়াম্না পূনশীন্দুনা ফ্রন্ট অমগী মওংদা শেম্বা, ষ্টেটশিংদা মপূং ফাবা হক লৈহনবা, অসীনচিংবী ৱারেপ কয়াসু পুখৎখি।

মখা তানা মণিপুর প্রজা সম্মেলনী অমসুং প্রজা মণ্ডল পূনশীন্নদুনা *মণিপুর প্রজা সঙ্ঘ* শেম্লবা মতুং (১৯৪৬ অগষ্ট ২১) ✪ খুঙ্গং শীন্থুংনা স্কুল লিংনবা, ✪ ঈথৈ লৌখোঙ শেমগৎনবা ✪ লম্মাঙ লৌ নিনবা য়াহন্নবা ✪ মাশুল অমসুং একাগাড়ী খাজনা কক্লবা ✪ লৌগী খাজনা হন্থহন্নবা দাবী কয়াগী মথক্তা

✪ পুর্নদায়িত্বশীল শাসন লিংগদবনি ✪ চীং তম শাসন পূনগদবনি ✪ সাবালক ভোটনা মীহূৎ খনগদবনি ✪ নিংথৌ শাসন মূথৎকদবনি হায়বা রাজনীতিগী মপূং ফারবা দাবীশিং পুখৎখি।

১৯৪৬ চহীসিদা নম্বোলদা ফমখিবা কৃষী সম্মেলনীগী অনীশুবা মীফম্না *'মণিপুর কৃষক সভা'* হায়না মমিং ওন্দুনা ইরাবতপু প্রসিদেন্ট খনখি। অসীনসু প্রজা সঙ্ঘগী দাবীশিং অদু অমুক হন্না তকশীনবগা লোয়ননা লৌমীগী ওইবা ✪ লৌশীৎকী খাজনা কোকউ ✪ লৌয়াম চাবা মূখৎলু ✪ লাঙ্গোল পায়বনা লৌগী মপু ওইগদবনি হায়বা লৌমীগী অশেংবা দাবী কয়াসু পুখৎখি। অকনবা আন্দোলন কযা চঙশীনখি। চহীসিগী ওক্টোবর মবিদা নিখিল মণিপুরী মহাসভা, মণিপুর প্রজা সঙ্ঘ, মণিপুর কৃষক সভা পূন্দুনা অমত্তা ওইবা দল অমা শেম্নবা মীফম কৌখি। মীফমদুনা ৱার্কিং কমিতি অমা শেম্নবা খন্নবকপদা য়ানরক্তবদগী ইবাবত অমসুং মহাক্কী খোঙবুশিং মপাল থোরকখি। অদুদগী ওক্টোবর তকত্তা মণিপুর প্রজা সঙ্ঘগী মীফম ফমদুনা নৌনা শেমদোকখি, ইবাবতনা প্রসিদেন্ট ওইখি। সঙ্ঘ অসীনা শীন্দুনা ইহান হানবা ওইনা নুপীলান পালন চহীসিদা পাঙথোকপা হৌখি।

১৯৪৭ য়ৌরকপদা অনৌবা য়াৱোলগী মীৎয়েংদা *'অনৌবা যুগ'* চেফোঙ লিঠোদা নমদুনা পুথোক্লে। চেফোঙসিনা লৈঙাকপশিংগী অমোৎপা, থোরক্লিবা থৌদোক কয়াগী অশেংবা মশক, মীয়াম্বু নমথাক তৌরিবা কয়াগী লীচৎ, অপূনবা মণিপুরগী শক্তম কন্নবা, ওৎপীরবা কাঙলূপকী জ্ঞান মপূং ফাহন্দুনা থেংনবা ঙম্নক্লবা কয়া অসী নৈনদুনা চয়োলগী পাউচে অসী পুথোরকখি। মতম অসীদা মণিপুর ষ্টেট কনষ্টিটুসন এক্ট, ১৯৪৭ শেমদুনা মীয়ামগী মীহূৎ খন্নবা হোৎনবকপা অদুবু মপূং ওইরিবা চিফ মিনিষ্টরনা নিংথৌনা হাপকদবা ওইবা মপূংফাবা গনতন্ত্রগী চৎনকাঙলোন নত্তবা কয়া অদুবু য়ানীংদবা ফোঙদোকই। অদুম ওইনমক এক্ট অসীগী মখাদা ১৯৪৮ জুন - জুলাইদা পাঙথোকপা এসেমব্লি মীখলদা ইরাবত কৃষক সভাগী মীবেপ ওইনা উৎলৌ কেন্দ্রদা লেপ্তুনা কায, ভোট ১৯৫১ ফংখি। মথং তাখিবদুনা ৮৮১ ফংখি। ইবাবত মণিপুরদা ছাত্র সম্মেলনগী, মণিপুর যুথ লীগনচিংবা ছাত্র নহাবোলগী ওর্গনাইজেসনশিং লীংখৎখি। মখোয়গী আন্দোলন শাগৎখি।

ঈং ১৯৪৮ দা কলকত্তাদা ফর্মখিবা সিপিআইগী অনীশুবা মীফমদা ইরাবত য়াওখি। মীফমদুনা খুৎলায় পায়বা লালহৌগী লম্বী যাৎখি। মীফমদুদা ফ্রেটর্নেল

দিলিগেট ওইনা লাকখিবা বর্মা কম্যুনিষ্ট পার্টিগী লুচিংবা থাকিন থান তুনগসু উন্নবকখি। মসিগী মমাঙ আসাম প্রোবিন্সিয়েল কমিটি কনফরেন্সতসু শরুক য়াখি। অশুম্না আসাম প্রদেশ প্রোবিন্সিযেল কমিতিগী মখাদা দিষ্ট্রিক্ট ওর্গনাইজিং কমিতিগী থাক্তা মণিপুরদা অহানবা ওইনা কম্যুনিষ্ট পার্টি ১৯৪৮ অগষ্ট ২৩ দা ইরাবতনা লমজিংদুনা হৌদোকখি। অদুবু চহীসিগী সেপ্তেম্বর ২১ দা পুর্ব্বাচল প্রদেশ শেম্বা য়ারোই হায়বা ঈহৌগী থৌদোক অমদগী ইরাবতকী মথক্তা ৱারেন্ট থমদুনা অন্দরগ্রাউন্দ তাহনখি। কম্যুনিষ্ট পার্টিসু অন্দরগ্রাউন্দদা অমুক নৌহৌনা ওক্টোবর ২৯ দা রিওর্গনাইজ তৌখি।

*অন্দরগ্রাউন্দগী পুন্সী ঃ*

ইরাবতকী অন্দরগাউন্দগী পুন্সী অসী চহী অহুমগা নুমিৎ অরুক্নি (১৯৪৮ সেপ্তেম্বর ২১ দগী ১৯৫১ সেপ্তেম্বর ২৬) হিংলিঙৈ মতম অদুগা লৈখিদ্রবা মতুং চহী লীশাঙ শীৎনা ৱারেন্ট লৌথোকপীদনা থম্লকখি। অন্দরগ্রাউন্দা পার্টি শাগৎলকপদা তঙায়ফদনা খুৎলায় পায়বা লালহৌ চঙশীনবা তারকপদগী রেদ গার্ড কাউন্সীল শেমখি (১৯৫০ মার্চ ৯)। ইরাবত অন্দরগ্রাউন্দ তাদুনা লৈবা মতম থকসী খাসী য়াম্না কন্না ঙাক্লবা শীনখি। চিঠি ইদুনা মফম কয়াদা থিলহল্লী। চৎকদবা মফম মতম হায়দোক্কে, চৎসী হেক্তা হায। চৎপা মতমদা পোষ্টশিং খাযদোক্লুনা ভোলুন্টিয়রশিংনা মথং মথং শিন্নদুনা থিল্লি। লৈগদবা মফমদা হেক্তা থুংদে, মফম অমদা কুইথনা লৈতে, ইমুং অমা চঙবদা খোঙউপ লৌথোকই, চাবদা থুংলুবা মফমদা লৈবমবদু হাউই হায়দুনা হরাও হরাও চায়। রুলশিং শেম্মী - ৱা ঙাঙবদা নোল্লুকপা, থবকতা মীয়ামগা নিংথীনা চথমিন্নবা, ৱাইরুবা শীজিন্নরুবা পোৎ ফজনা হন্দোক্লম্বা, মীযামবু চৈথাংবা ফ্বা তৌদবা, লৌ-ঈঙ্খোলগী মহৈ মরোং শোক্তবা, নুপী অঙাংদা নত্তবা মীৎয়েং য়েংদবা, তৃম্বদা শীজিন্নবা ফিরোল নিংথীনা লোইশিল্লম্বা, মীয়ামগী মবল শোক্তবা, মফম অমা থাদোরকপদা থুংলুগদবা মফম খঙহল্লমদবা, মশক খঙদবা মফম চৎপদা অশেংবা হায়দোক্তবা, তৃম্বদা চেপ্লা নাগা-মোনগা তাইনবা, খুঙ্গংগী আন্দোলনগী থৌরাঙ, মীতিংনচিংবদা পীগদবা লাইন পীরম্লগা ওবর গ্রাউন্দা, ফ্রন্টেল ওর্গনাইজেসনশিংদা শিন্নরম্লগা থীম্ভদনা থাদোকপা কয়াগী চৎনবী লৈরম্মী হায়বসীনি।

অহল ওইশিল্লকপা লৈঙাকপশিংগী মায়কৈদগী রিপ্রেসিব মিজর কনশীল্লকপা অমদি পার্টিগী খোঙদাফম তঙদু লৈতাগদবা মফম য়েংদুনা মখা তাবা কেদরশিংগী ট্রেনীং শীল্লুবা য়ানবা ইরাবত খর হেন্না খুদোংচাবা য়েংদুনা ১৯৫০ (মে নত্রগা সেপ্তেম্বর (?)) দা বর্মাদা থিনখি। মতম অদুদা বর্মাগী মোলাইক দিষ্ট্রিক্টী অয়াম্বা শরূক, কবো তম্পাক্কী লমশিং লালহৌবা কাঙবুগী অচৌবা শক্তি অমা ওইরিবা পিপলস কমরেদ পার্টি (পিসিপি) গী লিবরেটদ জোন ওইরম্মী। ইরাবত বর্মা য়ৌবগা পন্থদনা পার্টিসীগী অৱাংথংবা ব্যুরো পুরিবা লুংচিংবশিংগা উন্নদুনা মহাক্না লাকপগী মরম অমসুং মখা তাবা পোরম য়াৎপদা শরূক লৌমীন্নখি। ইরাবতকী মিং বর্মাগী রিবোলুসন্যরিশিংদা নৌনা থোক্লমদে, হান্নবা খঙনরম্মী। মতম অমদা প্রোগ্রাম খরদা য়ানদুনা শেমখিবা য়ুনাইতেদ ফ্রন্ট অদু ১৯৪৯ দা কায়খিবদগী বর্মাগী লালহৌবশিং অমগা অমগা য়েংথীনরম্মী। মখোয়গী মনুংদা মরূওইবা পার্টিশিংদি পিসিপি, কম্যুনিষ্ট পার্টি ওফ বর্মা (সিপিবি) অমসুং বর্মা কম্যুনিষ্ট পার্টি ( রেদ ফ্লেগ) অসিনি। ইরাবত অসীগুম্বা পার্টিশিং পূনশীন্ননবা কন্না হোৎনখি। লোয়ননা পিসিপি লূচিংবশিংগা মণিপুর পার্টিগা লৈনগদবা মরীগী মতাংদসু ✪ মণিপুরগা তাইনবা পিসিপিনা লিবরেট তৌরবা মফম কবো ভেলিদা মণিপুর পার্টিগী রিয়র বেজ অমা লিংবা, ✪ মফম অদু মায়কৈ অনী পূন্না ঙাকমিন্নবা ✪ খূজূ - খূলায় মখল কয়াগী ট্রেনীং পীনবা শীনবা ✪ দরকার লৈরকপা খূদীং তেংবাংমিন্নবা হায়বনচিংবা য়াওরী।

অসুম্না বর্মাদা লেল্লকখিবা পুন্সীগী শরূক অদুনা ইরাবতকী অরোইবা তাংকক ওইখি। মণিপুরদগী থারকপা কমরেদ অনী সেপ্তেম্বর ১৩ ঈং ১৯৫১ দা মংসাদা থুংলদুনা উন্নখি। অদুবু য়েক্লবনা মথং মথং তকশীল্লকপদগী মফমদু অমুক থাদোক্লুনা খুদোংথীরবা কয়া মায়োক্লরমদুনা অঙ্গো চীংশাং পাংলকখি। সেপ্তেম্বর ২০ দা নোংচুপ থংবা চীংখোঙদা তাবা মোলনুম মোনোই খুন থাদোক্লুনা অমুক লাকপনা নোংপোক থংবা চীংখোঙগী তাংবো সেদো খুন্দা নুমিদাংৱাই থুংখি। অৱাবা খুদোংথীরবা খোঙচৎ কয়া মায়য়োক্লরকপদগী ইরাবত মফমদুদা মশা নারকখি। নুমিৎ মরি মঙানি নারম্লগা ইরাবত ১৯৫১ সেপ্তেম্বর ২৬ তা বর্মাগী তাল্লবা খুঙ্গং অদুদা পুন্সী লোমখি। মসীনি মরৈবাক মজাতি, ওৎপী তুহৎপিরবা মীয়ামগীদমক অমকপা, অথাকপা লৈতনা কখোকখিবা লুচিংবা অমগী পুন্সীনা লোমখিবা। ঙসিদি ওস্থোক্না মমল লৈরকই। পাম্মূরকই, নুংশিরকই, তারকই থম্মোয় ফূক্না শকচরম্বা ঈশৈগী খোম্থাং - *"হৌরো অৱাবা অহিংগী অমম্বা কোক্লুনা স্বাধিনতা নুমিৎ থোরক্লে মাঙদা"।*

# মণিপুরী সাহিত্যদা ইরাবত

মীওইবগী পুন্সীদি তেল্লী, অদুবু মীওইবগী লৌশিং- থৌনানা পুথোকচবা পোখোক কয়া অমদি লীশাঙশীংনা পুন্সীদুনা লৈহৌই। অমুকসু সাহিত্য-কলাগী চঙখোল্লবা মচলদি হেন্থোইনদুম মকালাম্না শন্দোকহৌই। সভ্যতাগী অহিংবা ইতিহাস ওইদুনা মীরোল - মীরোলশিংদা পাউজেলহৌই। মাঙজীল তাল্লিবা তাইবঙ-চাওখৎ খোঙজেলদা মচু তারবা থৌদাং লৌজে। মসীনা হৌখ্রবগী মশকপু লাকশীন্দুনা, ওইরিবা শক্তম্নু তরং-তরংনা পুথোক্লুনা, অদুগা তুংগী ওইরক্কদবা শক্লোনবু শক্তাক্লুনা তাইবঙ-মীওইবু তত্তনা মীকপ থোকহল্লি। অনৌবা মীরোলগী অনৌবা সভ্যতাগী লম্বী তাকই, অশেংবা পুন্সীগী মশক লেপ্পী। তশেংনমক মচু তানা মফম কল্লক্লিবা ফৃরূপ কয়া মহাক্কী সাহিত্যগী থৌদাং লোয়নরকই। মণিপুরী লোল অমসুং সাহিত্যনা নৌহৌনা অমুক য়াকায়রকপদগী জাতি অসীসু নৌহৌনা পূক্লীং মকা লামজবগী ঈথক-ইপোম হৌবক্লি। ওম্থোক্লা মমল লৈ। অদুগুম্বা য়াকায়রোল শৈশকখিবশিংদুগী মফমদা চাউনা লমন তোল্লবনি। অসুম্না অনৌবা যুগকী মণিপুরী সাহিত্যগী অনৌবা মশক অমা শেম্লকখিবা, য়াকায়রোল শৈশকখিবশিংগী মনুংদা কবিরত্ন হিজম ইরাবতসু অমনি। অনৌবা মীরোল অমগী অনৌবা সভ্যতাগী পাউজেল পীখিবা কবিনি। থোইদোক্লা মায়কৈ খোল্লবা শক্লাইরবা লুচিংবা অমনি। তরামঙাশুবা চহীচাগী মতমদগী চঙশীনবা হৌবকখিবা বৈষ্ণব ধর্মগী ঈনোৎতগী নাৎ, ধর্ম, পুন্সী মরেল কয়াদা পুরকখিবা অহোংবশিংগী মবক্তা মণিপুবী সাহিত্যগী মশাগী ওইজবা মশক্কী খোঙজেলদা পন্থহল্লুরে। অদুবু কুনশুবা চহীচানা যাঙশীল্লক্লবা মতমদদি মণিপুরী লোল অমসুং সাহিত্যগী মশক নৌহৌনা অমুক য়াকায়হল্লকখি। মশাগী ওইজবা অশেংবা মশক অমগী অনৌবা মমল থিবকখি। নৌহৌনা মীকপ থোক্লকপগী য়াকায়রোলনা নিল্লকখি। নোংচুপকী শিক্ষা ফংলকপা, মমালোলগীদমক কখোক্লরিবা, শৈশক্লরিবা জাতি কয়াগী অথোইবা অইবা কয়াগী মশক খঙলকপগা

লোয়ননা লমদম অসিদসু য়াকায়রোল শৈশক খূৎমাবা থোইদোকপা অইবশিং চোংথোক্লকখি। মসিদা ইরাবতসু অমনি। মমালোল, মজাতি, মমালোলগী সাহিত্যবু য়ৌনা নুংশিজবগী ঈনোৎনা থূব্দাৎখি। চোংথোক্লুনা থৌদাং লৌরকখি। খোঙফম কয়াদা শরূক য়াখি। সাহিত্যদা ইরাবতনা লৌরম্বা থৌদাং খরদং লৌখৎলবদা - (১) মণিপুরী লোলগী মফম কল্লকপা ঈহৌ, (২) ৱারেং সাহিত্য, (৩) জর্নেলিজম (৪) শৈরেং সাহিত্য, (৫) অনুবাদ অমসুং (৬) ঈশৈ পনবা য়াই। শান্ন- খোৎনবা অমসুং থিয়েটরগী ঈহৌদসু মাঙজীল থাখি।

লোল অমসুং ময়েক্কী ঈহৌদা ইরাবতকী মফম চাউনা কল্লি। মসীবু পুখৎনবা হোৎনবদা মহাক্কী থৌদাং নিংশীংফম থোকই। মহাক্কী চেফোঙ 'মৈতৈ চনু' (১৯২২, মণিপুরী অহানবা চেফোঙ) লোলসিবু চপচানা নুংশিজবা মণিপুরী জাতি অমসুং মসীগী সাহিত্যবু মপূং ফাগৎহন্নবগী অকনবা ঈহৌনি। শাফূ কল্লবা পূক্নীং ইথিন্নি। নিখিল হিন্দু মণিপুরী মহাসভা লিংখত্লুনা মসীগী অহানবা মীফমদা (১৯৩৪ মে ৩০) মহাসভা অসীগী ৱারেপশিং মৈতৈলোলদা ইদুনা মণিপুরীশিং খুনদারিবা আসাম, বঙ্গদেশ, ব্রহ্মদেশকী সরকাবশিংদা পীশীন্নবা ৱাবেপ পুখৎখি। অকনবা ঈহৌনি। মীফমদুদা মৈতৈ ময়েকপু মমল যাম্লবা মণি অমনি, মসিবু চেকশীন্না পুখৎনবা মহাক্কী ৱারোলদা পনখি। মহাসভাগী অহুমশুবা মীফম (মন্দলে, ১৯৩৭ ফেব্রুৱারি ২৮ - মার্চ ২) ইমালোলগী মতাংদা কল্লবা থম্মোয়গী ঈনোৎ অদু নৌহৌনা ঈহৌহনখি, হাযখি - "জাতিগী লোল হায়বসিনা জাতিব ফাজিন্নবা অকনবা থৌরীনি অমসুং চাওখৎনবগী লূববা থাক্লি। ঐখোযগী জাতিগী লোল, ঐখোয়না পোকপদগী ইমাগী তম্পাক্তা তল্লক্লবা 'ইমা' হায়বদগী হৌদুনা লোল্লক্লবা নুংশিরবা লোল অসীবু নিংথীনা কনবা ঙমদ্রবদি ঐখোয়গী জাতি অসী মাঙখ্রগনি হায়বদা চিংনবা লৈরোই" মজাতি, মমালোলবু য়ৌনা নুংশিজবা থম্মোয অমগী মপাউনি। কাছারদা লৈরিঙৈ (১৯৪৩-৪৬) মণিপুরী খুদীংমক ইমালোলনা লাইরিক তমগদবনি হায়বা অকনবা ঈহৌ শাগৎখি। ইরাবতনা খঙখি - নাইতোম হোৎনবনা য়ারোই, মীয়াম খোন্না চঙবা, অপূনবা লূপ শাগত্তুনা চঙশীনবা, মমালোলবু নুংশিবা পোকহন্দুনা মমালোলগী সাহিত্যগী সেবা তৌগদবা খোঙবু শেমগৎপা তঙাইফদে হায়বসী। শেমসু শেমগৎখি, লমদম অসিদা মাঙজীল থানা থোকখিবা সাহিত্যগী লূপ মণিপুরী সাহিত্য সম্মেলনী (মণিপুর সাহিত্য পরিষদ) লিংখৎখি (১৯৩৫ জূন) লূপসিগী জেনেরেল সেক্রেটরি ফাওবা ওইখি (১৯৩৭ - ৩৮)। মমল নাইদ্রবা দাননি মসীমক। লোলসিবু, মসীগী সাহিত্যবু নুংশিজরিবা পূম্নমক্কী থম্মোয়দা মতম চূপ্পগী ওইনা নিংশীংদুনা লৈহৌরগনি।

মণিপুরী ৱারেং সাহিত্যদা ইরাবতকীসু মফম লৈ। ওল্লিঙৈ য়াকায়রোল চেফোংগী ১১শুবা মশীং (অগষ্ট ১৯৩১) দা *মীহিনী* উপন্যাস ফোঙবা হৌখি। ললিত মঞ্জরী পত্রিকাগী অনীশুবা চেফোঙ ( ওক্টোবর ১৯৩৩) দা পুন্সী ৱারী *'লোকমান্য তিলক'* মথং - মথং ফোঙবা হৌখি। লাইরিক ওইনা চুরাচাঁন্দ প্রিন্টিং ৱার্ক্সনা ফোঙখি। *'দলীল অমসুং দরখাস্ত ইবা'* (চুরাচাঁন্দ প্রিন্টিং ৱার্ক্স - ১৯৩৩); *'মন্দলেগী খোঙফম'* (মণিপুরী সাহিত্য পরিষদ পত্রিকা - ১৯৩৭); *'হৌজিক তৌগদবা করিনো ?'* (য়াকায়রোল); *'কেপিটালিজম* ( প্রোগ্রেসিব লিটরেচর হাউস - ১৯৮৭) অসিনচীংবা লৈ। ড্রামাদা *'জয়মতী'* হায়বা অমসু ইরন্মী ( লোইশিন্দবা) অদুগা *'সিতা'* হায়বা অমসু লৈখি হায় (থিবদি ফংদ্রি)। ৱাহৈ-ৱাতাদা অপাবশিংনা হেক্তা খঙবা য়াবা খূৎইগী অচম্বা অমসুং ফজবা লোলদা শীজীন্নৈ। *লোকমান্য তিলকতা* কথোকপা, মীয়ামগী সেবাদা লূপচবগী মশক্তু চঙখোন্না ফোঙদোক্লি। হায় - "*ঐখোয়না অমুক্তা খন্দুনা য়েংসি,* মহারাষ্ট্রগী তিলক্লা করম্না ভারতকী তিলক ওইখ্রিবনো ? অসুক চাউখ্রবা ধর্ম্মবীর, কর্মবীর মহাত্মা অসিনা মশাগী নুংঙাইবা ওইজবতা থিদুনা পুন্সী লেনখিদে, অৱা অনংবা হুনজেক্তুনা জাতিগী অমসুং দেশকী মুক্তিদা মথ্বায় কৎখি। মসিনা হৌজিক্কী ধর্ম্মনি, বনদা, জঙ্গলদা, মন্দিরদা, মসজিদতা ভগবানবু থিবতনা থিবা চিংবা নত্তে, ইবুংঙো মহাকপু থিগদবা মফমদি ফি শেংনীংঙাই লৈতবা তোল্লবা মীখা পোল্লবা মীগী মরক্তা থিগদবনি। মখোয়গী সেবাতনা মীওইবগী অথোইবা ধর্ম্মনি হায়বসী লোকমান্য তিলকনা উৎলমলে" (*লোকমান্য তিলক* - লাঃ ২২)। অশেংবা পূনশীনগদবনি, তোল্ল-তারবা মীখা পোল্লবশিংবু থম্মোয় শেংনা নুংশিজবা, মখোয়গী সেবাদা কথোকপগী মপাউ অদু ফজনা তন্মী। তশেংনমক লোকমান্য তিলক থোইনা চাউদবা পুন্সী ৱারী ওইববসু কথোকপা, সেবা, কর্ম তৌবগী কল্লবা শাফূ পীদুনা পাউদম্লিবা অমনি।

" কেপিটালিজম " দসু কেপিটেলিজম অমসুং ইম্পেরয়ালিজম্না ওইরকপা, মসিগী অশেংবা মশক, মসিনা থোকহল্লকপা ৱাথোক লালথোক কয়া ময়েক শেংনা উৎলি। নুংতিগী থেংনরিবা শীজীন্নরিবা খ্বাইগী ওইবা লোলদা অমসুং খুদম শীজীন্নদুনা ই। মতমদুদা সমাজ চাউখৎ খোঙথাংগী কাঙলোন খঙনা কেপিটেলিজমগী অশেংবা মশক অমা ময়েক শেংনা ইথোক্লম্বসি অতাঙবনি। হেক্তা খঙহনবা য়াবা মফোঙদোকনি। হায় - "*শেনজাউ পায়বগী নীতি (কেপিটেলিজম) না থবক শূবশিংগী শেনফম হম্বহল্লগা লায়রহল্লি হাযবতা নত্তে, করি করিগুম্বদা মখোয়গী শেল ফংনবা লম্বী পূমথীং থিংলগা মী লীশিং লীশিংবু চাকনীবা*

*ওইহল্লি" (কেপিটালিজম* - লাঃ ৫)। হীরম অমবু মমূৎ তানা খঙনা, মীয়ামদা হেক্তা খঙহনবা য়াবগী লোলদা-পুদা কয়াসি খূৎলোয়না শীজীন্নবগী মওংনি। মসিদা নত্তনা রাজনীতি, সমাজ, সংস্কৃতিনচিংবগী হীরমশিংদা ইবা ৱারেংশিং চেফোঙ কয়াদা ফোঙখি। ড্রামাদসু *জয়মতী* হায়বা অদুদা-মীয়াম, তোল্ল-তারবশিংগীদমক কখোকপা, মশাগী, মহাক্কী, ঈমুং মনুংগী ওইবা পূম্নমক থাদোকপগী পাউজেল্লি। ইরাবতকী খূৎইশিংদা মহাক্কী কখোকথ্রবা পুক্নীগী মমি নিংথীজনা অদুম্মক তাই। তশেংনমক মহাক্কী ৱারেংশিং নৌহৌনা পুথোক্তুনা অমুক্কা হেন্না মশক তাক্লকপদা মতম কুইনা লঙশেকপিরুরবা মণিপুরী লোল অমসুং সাহিত্যবু য়ৌনা নুংশিজখিবা অইবসিগী মশক হেন্না ময়েক শেংলক্কনি।

জর্নেলিজমগী লমদদি ইরাবত লমদমসিগী ময়েক লারবা খূৎমাবনি। *মৈতৈ চনূ* খূৎই চেফোঙ পুথোকখিবসিনা (১৯২২) লমদমসিগীদি অহানবা চেফোঙনি। মহাক সস্যাল সাইকোলোজী অমসুং প্রোপেগেন্ডাগী মফম অমদি মমল চপ চানা খঙখি। মদুমক মহয় লৈনা শীজীন্নখি, *মৈতৈ চনূ*না শক্লায়রবা সাহিত্যকাব কয়াদা অকনবা ইথিন পীখি। কবি কমলমক্কী মণিপুরী সাহিত্যগী নুংশিববা য়াকায়রোল শৈরেং *'মৈতৈ চনূ'* চেফোঙসিমক্কী ইথিননি। কবি মীনকেতননসু ঙল্লিঙৈ কবিগী থম্মোয়দা অশৈবগী ঈহূল পীখিবসি ইরাবত অমসুং মহাক্কী *মৈতৈ চনু* নি হায়। ওস্থোক্লা মমল য়াম্মী। মশামক্লা সম্পাদন তৌবা নত্তনা ঙল্লিঙৈ থোক্লকখিবা চেফোঙশিং (*য়াকায়রোল, ললিত মঞ্জরী পত্রিকা* নচিংবা) হিংহন্নবদা চাউনা শকক য়াখি। মথংদা চয়োলপাউ *'অনৌবা যুগ'* মশামক্লা সম্পাদক ওইদুনা পুথোকখি (১৯৪৭ এপ্রিল ১৩) চেফোঙ অসিনা মতমদুদা লমদমসিদা মীয়াম্বু নমথরিবা, নমথনবা হোৎনরিবা, চীং-তম থুগায়নবা শীনবা, নিংথৌ অমদি লোইমপু বৃটিশকী শক্লোন, পৃথিবীদা চঙশীল্লক্লিবা য়াৱোল ঈহৌ, তমথিরবা ফ্যাসিস্টকী শক্তম পূম্নমকপু কোনশীন্না মেডিয়াগী চাউরবা থৌদাংদু লৌখি। ইরাবতকী চেফোঙগী মিংশিং ওস্থোক্লা অর্থ চেল্লি। মদুমক্কী পাউজেল চপচানা পী। তুংকোইনা খস্থনীংঙাই ওইরিবা চাউরবা খূদোল্লি।

শৈরেংগী মতাংদদি ইরাবতকী পুক্নীগা মহাক্কী শৈরেংশিংগা লীপক্লে হায়বা য়াই। মহাক্কীদি থম্মোয়গী মপাউখোল অদু শৈরেংগী খূথাঙদা তমজবা নত্তে, থম্মোয় অদুমক শৈরেং ওইনা থোক্লকপনি। ইরাবতকী পুক্নীবু মনুং হূৎচীন্না খঙগে হায়রবদি মহাক্কী *শৈরেং অমসুং ঈশৈ*থাদোকপা য়াদে। ইরাবতকী শৈরেং তাংকক অনীদা য়েংবা য়াই। অহানবদা - *'শৈদম- শৈরেং'*(১৯৩০ ফেব্রুয়ারী ৬, মণিপুর

১৫৮৮১

স্টেট লাইব্রেরী মেমো নঃ ৩২৪৮ গী মতূংইন্না ক্লাস ফাইবকী টেক্সবূক ওইখি হায়বনিনা ১৯৩০ গী মমাঙগী শৈবেংশিংনি), অদুগা অনীশুবা *'ইমাগী পূজা'* (ইবা ১৯৪২-৪৩শিলেট জেল, ফোঙবা ইবাবত লাইবিক ফোঙবা লূপ, ১৯৮৭) অসিনি।

শৈদম শৈবেংদা তাইবঙপানগী থৌদোক, মতমগী খোঙচৎ, পুন্সী, থৱায পানবা, অকোযবদা লৈবিবা পোৎশক, মীওই লীচৎ কয়াগী মতাংদা শৈথাদুনা ইবা শৈবেং ২৩ য়াওবি। তম্ন-লাইবিক ওইনা মীৎযেং থমখিবদগী পাউতাক পীবগী মওং শৈবেং খবদদি য়াউঈ। অদুবু শৈবেংশিংগী মপূংওইবা পাউজেলদি থৌনা পীবনি; মীওইবগী সেবানি; তোল্ল-তাববশিংগী তেঙবাঙদা কখোকপনি; অনৌবা য়াইফ-নুংঙাঈ তাইবঙপান অমগী পোবম যাৎপনি; মৈতৈ নুপীগী ৱাংলবা মমলবু শীংথাবনি; জাতিগী লীপূন শাগৎপনি। শৈবেংশিং খ্বাইগী ওইবা লোলদা শাগৎপনা মপূংনি। লাইবিক অসিদা *'অযুক অঙনবা'* হাযবা শৈবেং অমনা শৈহৌদুনা মণিপুরী জাতি অমসুং সাহিত্যগী অঙনবা অযূক অমগী অনৌবা মঙাল উৎলি। থৌদাং পাঙনবা পাউজেলনি। যাম্না ফজবিবা পাউজেল অমদি *'উনা'* শৈবেংদা তাইবঙগী সেবাদা মশাগী ওইজবা অমদি মশামকফাওবা কখোকচবগী মপাউ পীবসিনি। উনানা মপাল ফবিঙৈ উকম থূপলম্বশিংনা উনানা কেল্লবদা মখোঙনা নেৎপীবা মদুনা লমন শিংবীবর্বনি হাযনা কবিনা শৈশক্রদুনা তৌবীমল খঙদ্রবা মীওইবগী লীচৎপুসু উৎলি। মহাক্কী শৈবেংশিং মহাক্না পামজবা পুন্সীগী মশক অদুমক মমি তাবকই। উপাই লৈজদ্রবশিংবু কন্ননবা, মখোযগী মতেং পাংননবগী কখোকপা *"সীতা হুবদা জটায়ু'* শৈবেংদা মমি তাই। কবিনা লাযববুসু তবাম্না লৌশীনজে - *"লল মযাযনা তুংদা/বুদ্ধি মাঙলবদা,/খাম্বীযু ঐহাকপু/ লেম্বীদুনা নাক্তা/মতম পূম্বা লেঙদনা"* (লাযববা লাঃ ৬)। লাযববগী মিনুংশি, নাপন যাউদ্রবা পুন্সী অমবু খোযদাজে। পুন্সীদুমকসু শাগোন্নখি। ফম, সম্পতি, ঙম্না থাদোকখি। লাযববশিংগা লেনমীন্নজখি।

*'তেনৱা'* শৈবেংদা লোইচল্লিবা, নীংতম্বা মাঙখ্রবা পুন্সী অমগী অবাবদু শীংথাবদুনা মনীং তম্না পাইবিবা তেনবাবু মফমদুদা লাক্কনু হাযজে। *'কোকিলদা'* হাযবা শৈবেংদনা মৈতৈ নুপীগী হৌন- লোনচৎ, নীংথীজববী গুণ কযাবু পুখৎলদুনা কোকিলমক্না ঈকাযদুনা লমদমসিদা লাক্লিববা হাযনা ফোঙদোকই। অঙনবা অযূক্কী ফজববু অঙাংবা সিন্দূবনা লৈতেংবগুম লৌজে। লূপানা অশেংবা মীওইবগী পুন্সী খোঙচৎপু কাউহল্লে হাযজে। নোক্লবিবনা থৌনা লিংজেল হাপ্পা ওইহল্লি। ফজববা

থকশী-খাশীগী মশক লেপ্পী। খাওবা কনবা, অৱাবা-কায়নবা মৈচাক পুম্নমক খাওনবা লম্বী, অৱা-নুংঙাই অনীমক্তা পুন্সীবু থোংমান্ননা পুনবা মপাউ, প্রকৃতিগী খোঙচত্তা মূক্লরিবা অনীগী খোঙচৎ, শীল্লম খঙনা শিন্থাবগী মওং কয়ানা শৈরেং কয়াদা শাদোং ওইরি। কবিতাগী ফজরবা মরেক মহাউ চেল্লবা শৈরেং য়াওরি। অসুম্না লাইরিকসিগী অরোইবা শৈরেং *'মৈতৈগী ঈশৈ'* হায়বসিদা লৈবাক মীয়ামগী য়াইফববু থৌনিরদুনা অচেৎপা লীপূন অমনা পুনমিন্নদুনা লিংজেল মান্ননা অমত্তা ওইনা লেপ্লবা কৌজে। তশেংনমক শিংথানীঙাইনি।

অনীশুবা, শৈরেং ৪৯ য়াওরিবা *'ইমাগী পূজা'* গী শৈরেংশিংদদি পাকচাউনা মায়কৈ খোল্লবা, অকনবা থৌনা পীবা, অনৌবা যুগকী অনৌবা শৈরেংগী মশক কয়াসু থোক্লকই। লোলদি চম্না খ্বাইগী ওইবদনি। ওৎপীরবা মীয়ামগী পুন্সী মবক্তা চম্না লেনবা পামজবা মহাক্কী পুন্সীগী মশক্কুম্বনি। অদুবু বিপ্লবীক অমগী অকনবা থৌনা-লিংজেলগা লোয়ননা কথোকখিবা পুন্সীগী খোঙথাং অদুগুম মহাক্কী শৈরেংশিংদসু শাফূ কল্লবা, মচীন তুল্লবা পাউজেলশিং য়াওবি। অনৌবা মতমগী অনৌবা পোথোক, পৃথিবীগী থৌদোক, সমাজগী শক্তম, মফম-মতম কয়াগী মশকশিং অনৌবা মচুগা লোয়ননা য়েকই। *'কারখানা', 'ফিলম', 'টেলিগ্রাফ', 'সেল', 'জেল', 'ঈলেক্ট্রিক থাংমৈ', 'নাৎসীগী ফীরাল', 'ডিসেম্বর ১২', 'নিত্যাইপাৎ চিথেক্তা', 'ডিমাপুরদা'*, কয়াসিগী মথক্তা কায়নবতনা মশক্বক ওইরক্লবা পুন্সীদা মীরৈবাক্কী জেলগী সেল মনুংদগী থম্মোয় ফূক্লবা, মমা লৈবাকপু নুংশিজবগী অকনবা ঈনোৎনা য়ৈরবা শৈরেংশিং থোক্লকখি - *'ইমাগী পূজা', 'মৈতৈ লৈমা', 'উচেকমক্তা ওইরম্মবসু'।* ওম্থোক্লা নুংশি।

ৱ্লাডিমির ইলিচ লেনিনগী মীৎয়েংদা সাহিত্যগী খোঙচৎ অসি মীয়ামগী পুন্সীগা লীপক্লগনি; থোইদোক্লা নীংতম ঈহৌগা শাগোন্নগনি। সাহিত্যগী পান্দমদি মীয়ামগী পূক্লীং ঈহূলবু মপূং ফাগৎহনবদা থৌনা পীবনি; তেঙবাঙবনি; খূৎমাঙ চৎখৎলক্লিবা ইতিহাসকী পান্দম্ব উহনবনি; অদুগা অনৌবা অমসুং হেন্না নুংঙাইবা পুন্সী অমা শাগৎপদা মতেং পীবনি। খ্বাইদগী অথোইবা অইবদি বিপ্লবকী মরূওইবা পান্দম য়াওগদবনি হায়বসিনি। পান্দম অসিদা মণিপুরী সাহিত্যদা মাঙজীল থানা খূৎ থাখিবা অমনি ইরাবত। মহাক্কী *'নাৎসীগী ফীরাল'* শৈরেংদা নাৎসীজমগী মশক মযেক শেংনা য়েকই। অনৌবা বিপ্লবকী ঈনোৎ পী; শান্তি ফংলবা তাইবঙপান অমগী লময়াললি। *'ডিসেম্বর ১২'* শৈরেংদসু অচৌবা ঈহৌ অমগী অকনবা ইথিন পী, *'শম পুনশীল্লু দেবী / ঈফা ফারিবদো।/ডিসেম্বর ১২ অমা হৌখ্রে/*

*ডিসেম্বর ১২ অমা লাক্লে-কাউরব্রা ?'* (লাঃ ৪৯)। অকনবা পাউজেন্নি। থৌনানি। তাশীন খোমজীনবনি। লালবাউ অনৌবনি। মশামক্লা মখাতানা লমজীংখিবা, থৌদোক্তুমক্তদগী চহী অহুমগী মিয়াদ তাদুনা মীরমগী জেলদা খাণ্ডখিবা, ১৯৩৯ ডিসেম্বর ১২ নুপীলালবু চুম্না নীংশিংবত নত্তে; শৈথাবখক্তা নত্তে; ঙসিগী নুপী মীয়ামদা অফাবা শল্লাংগুম লৈফম থোক্লে, তাশীন- খোমজীল্লবা থৌনাগী অচেৎপা লীপূন তঙাইফদ্রে হায়বনি। অনৌবা নুপী লাল অমগী পাউজেন্নি। ডিসেম্বর ১২ নুপীলাল মীয়ামগী থৌনা অদুমক জাতিসিগী নুপী মীয়ামদা লোমনাইদনা লৈহনজনীংবদুনি। সস্যালিষ্ট আর্টকী ৰাখল্লোলদা তুংগী আশানা থল্লবা সস্যালিষ্ট রিয়েলিজমগী মশক হায়বদু ইরাবতকী শৈরেংদা তাই। আশা পী। সাহিত্যনা পীবা পুন্সীগী মশক অসিদি অইবদুনা য়েংলিবা তাইবঙ-মীৎয়েং অদুনা মশক লেপ্পী। ইরাবতকী মীৎয়েং, ৰাখল্লোল তোপ্পী, পাকই, লাক্কদৌরিবা মীরোলগী য়াইফ লম্বীদা শান্না য়েংই; যাৰোল অমগী থৌনা চেল্লি। মাক্সিম গার্কিনসু শীংথায় - *অইবা অমগী যুগ অসিগী থৌদাংদি অরিবা মীওৎপগী চৎনবীবু থুগাইদুনা - অনৌবা নুংঙাই-য়াইফ সমাজ অমগী পান্দম য়াৎপনি।* মসিমক ইরাবতকী সাহিত্যসুনি।

লমদমসিগী শীল্পীগী মশকপু য়েক্লি - *'নুংশানা অমুক ঈরুজগনি / নোংদা অমুক হুমাং ঙানগনি / তীমফা ককফৈনা য়াওন্নগনি / তুমীৎ কাঙনা শাগোন্নগনি / নুমীৎনা হন্না য়েংলন্নগা হনখিবদা / মখোঙ তিংথোক্কনি মাঙ্গোন্দা / মপূক শীৎপতনা শরুক ওইবা / শেগায়বা ফিতনা ফিথুংওইবা / মখোয়সিনি".* (মখোয়সিনি - লাঃ ২৩)। মসিদা নত্তনা কেপিটেলিষ্ট মীওৎকী মখাদা শুদৎপীরবা কারখানা শিল্পীগী মশক 'কারখানা' শৈরেংদা য়েকই। অসুম্না জেলগী সেল মনুংদা খাঙখিবা পুন্সী, জেল খোঙবু, থেংনরকখিবা পুন্সীগী থৌদোক, মফম, মীওই কয়া ঊৎলি। মীওৎ-মীনৈগী চৈনাখোল কয়া পল্লি। অনৌবা শৈরেংগী মশক কয়া থোক্লকই। *'শরুনা নোকই'* শৈরেংদা - *'লমখায় মোংফম লম্পাক্তা / ফজবী নুপীগী লূকঙ অমা / ভৌনা খিগৎপা ময়া পরেংদা / অকনবা নুংশিংনা হুম্বদা / নোক্লি শিথবা খোনজেন্না'* (লাঃ ২৫)। অমুকসু কায়নবতনা মশরুক ওইরবা মজাতি, মমা লৈবাকপু নুংশিজবগী য়ৌনা থম্মোয় ফৃক্লবা মপাউখোল মহাক্কী শৈরেংশিংদা চঙখোন্না য়াউরি। *'ইমাগী পূজা' - " হে লাইবক থীবা ! খোমলেন মণ্ডলান্দা / মপোক অসিগী / পলেমদো উরমই / লোৎখ্রে- লোৎখ্রেনে / মূর্ত্তিদো !"* (লাঃ ২)। তাল্লবা মীরৈবাক্কী জেল মনুংদৈ মমা লৈবাকপু নুংশিজবগী কয়াদা কনখ্রবা ঈনোৎনো । শোক্লমগদবা থম্মোয় অদু ওম্ভোক্লা মমল লৈরকই।

অমুকসু হায় - *"চহী ফানা কায়নরবা / থাবুম কয়া পাউ ফংদ্রবা / ঐগী নুংশিরবী মাতৃভূমি / ঐগী নুংশিজরবা দেশবাসী / কনাদনো হংগদবা / কনাদগীনো তাগদবা ?"* (উচেকমক্তা ওইরম্মবসু - লাঃ ৫৪)। মাতৃপ্রেমগী থিংঙমদ্রবা লূরবা ঈচেল অসি ঙসিদি অমুক্কা হেন্না ঈখৌ লাংলকই। পুন্সী অদো অদুমক অমুকসু মীরৈবাক্তা লোমখি - পোক্লফম, নুংশিজরবী মরমদমবু কৌজরদুনা।

ইরাবতকী শৈরেংগী অকনবা মপাউ অমনা নীংতম ঈহৌগী শাফূ অসিনি। লায়র-পিদোন্না, নৌনা অপোকপা-অপোকপী কায়না, শাইদাংনা হিংলকখিবা পুন্সীদা ফ্যুড্যাল নিংথৌ লৈঙাক অমসুং সাম্রাজ্যবাদী বৃটিশকী লোই- লৈঙাক অনীগী - ধর্ম্ম, সংস্কৃতি, সমাজ - শেলথুম, রাজনীতি ঙম্নমক্তা মীচমবু খমথেংনা তুহৎপীবগী চৈনাখোল মায়য়োক্লরকখি। অমরোমদা ২০শুবা চহীচাগী অচৌবা মায়য়োল ওইখিবা রুসকী গ্রেট ওক্টোবর সস্যালিস্ট রিবোলুসন (১৯১৭) মায় পাকখিবদগী মালেমদা অনৌবা ইতিহাস অমা হৌদুনা মীথা পোল্লম্বা জাতি কয়ানা হৌরকখিবা নীংতম ঈহৌগী অকনবা লাঞ্জাও তকশীন্নরকপা মতমনি। ইরাবত পূন্নমকসি মনুং-মপাল তূনা য়েংখি। শৈশকখি *'দেশ দেশ খুদীংদা লৈবাক্লা ওইরি জয় / মুক্তি লালবন্দা পাইরেনে ফীরাল / স্বাধীনতা নুমীৎ থোরক্লে / মৈতৈমচা নখোয় কদাই / ব্রাবনা পুক্লীং হল্লবরা / তাও, জয়ধ্বনি তারো লাউ !"* (স্বাধীনতাগী ঈশৈ - পরিষদকী মণিপুরী শৈরেং লাইরিক - লাঃ ৪৪)। তশেংনমক মীথা পোল্লবা মীয়াম, জাতি, ওৎপীরবা কাঙলূপশিংগী মুক্তিগী লালফম অমগী মপাউ তম্মী। চীনাগী শক্লাইরবা কবি লু-সুনগী মতাংদসু হায়খি - "জেনিন রিবোলুসন্যারি পোএট্রী মস্ট বি ড মোস্ট পব্বারফূল ভোইচ অফ ড এজ অন্ড মস্ট অ্যাডোপ্ট এ পোজিটিভ, অনএক্কিভোকেল অটিচুড টু মেজর স্ট্রগলজ, ফোর্সফূল্লী এক্সপ্রেসিং ড পোএট'স ব্রোন লভ অন্ড হেট্রেড।" ইরাবতসু চঙশীনখি। কবিদি মহাক্কী মীয়ামগী সেবা তৌবনি হায়বদুমক্লি।

অনুবাদ সাহিত্যদসু ইরাবত খূৎ থারম্মী। লমদম অমগী সাহিত্যগী মায়কৈখোন্না চাওখৎলকপদা অতোপ্পা লোলগী মপূং ফারবা সাহিত্যগী মচলশিং শকখঙবা অমসুং অনুবাদ তৌদুনা হেন্না পূক্কে চোলহন্নবা হোৎনবা তঙাইফদে হায়বসি খঙখি। মসিদা থৌদাং লৌখি। পূক্লীং ইথিন পীখি। মশামক্লা বাংলা সাহিত্যগী অথোইবা বঙ্কিমচন্দ্রগী উপন্যাস - *'কৃষ্ণ কান্তগী উইল'* অনুবাদ তৌরম্মী। লাইবক থীবদি থৌরাঙ অসি মপূং ফারমদ্রে। উপন্যাস অসিগী তরানীথোইশুবা মতাং ফাওবদং হন্দোক্লুনা থম্লম্বা খূৎই অমা নত্তনা ফংদ্রে। অদুবু

লমদমসিগী শক্লাইরবা অনুবাদক, লৈখিদ্রবা শ্রীযুক্ত অয়েকপম শ্যামসুন্দরমক্লদি অনুবাদক অসিনা অনুবাদ তৌবা হৌখিবা, মসিগী পূক্লীং ঈহূল পীদুনা থৌনা হাপ্লীখিবসি ইরাবতনি হায়না য়াম্না নুংশিজনা হায়। ঙসিদি অসিগুম্বা অনুবাদক অসিগী মপান্দগী ঐখোয়না বাংলা সাহিত্যগী শক্লাইরবা বঙ্কিমচন্দ্র, শরতচন্দ্রনচিংবগী মমল নাইদ্রবা মচল কয়া ঈবোলদা পাবা ফংজরি। অথোইবা অইবশিংবু শকখঙনরকলি। মায়কৈ অসোমদা তুংইন্দুনা অনুবাদক কয়ানা থল্লায় য়াওনা চঙশীল্লক্লি। অচৌবা দাননি।

মীওইবগী থস্মোয়বু খূদুমচনবা, থৌনা পীবা, কখোকপা ঙমহনবদা ঈশৈগীসু চাউরবা থৌদাং লৈ। লৈবাক মীয়ামগী ঈহৌ য়াল্লোল লালহৌগী তাংকক কয়াদা ঈশৈগী মফম চপচানা লৈখি। ঙল্লিঙৈ মীওইবনা হিংননবা পায়রকপা পাঙ্গলগী শিঙ্খা কয়াদা তাম্থা নাইরবা খোন্থাংনা অমত্তা ওইবা খোঙচৎকী খোঙবু ওইনা পূনশীলহন্দুনা শীনথা পাঙবা ঙমহনখি। অসুম্না মী ওইবা সভ্যতাগী মায়য়োন কয়াদা মীয়াম্বু য়াকাযহন্দুনা থৌনা পীবকপদা ঈশৈসু কল্লবা খূৎলাই অমা ওইরকখি। মসিমক ইরাবত খঙখি। লমদমসিদা মহাক্কী ঈশৈশিং শাফু লৈখি। ময়েক শেংই। তুংগী লম্বী নীংথীনা তাকই। ওৎপীববশিংগী মুক্তি লালফমগী ঈনোৎনি। শীন্মী- লৌমীগী চেৎলবা খূৎলাইনি। লেফ্ট কলচবেল মুভমেন্টকী শরূক অমনি। লমদমসিদদি অহানবনি। থস্মোয় কয়া জয় তৌই, কয়া মায়থীবা পী। মহাক্কী ঈশৈদি মথস্মোয়মক্লা থল্লায় হাপচবনি। পুন্সীদুমক ঈশৈ মযেকশিংগা হিংমিন্নরি হায়বা য়ায়। মীযামগী থস্মোয়, ঈশৈগী শক্তি তূনা খঙখি। শীজীন্নখি। বৈষ্ণব পদাবলি নট সঙ্কীর্ত্তণগী শৈশক্তা লূপচবা মণিপুরীশিংদা বিপ্লব কীর্ত্তণগী মহাউ তংহন্নবা হোৎনখি, শকখি *"শকউ শকউ জয় জয় / অপূনবগী জয জয / কিগনু অপূনবা / ওইনি জয় ওইনি জয় / মীখা পোনবা ঐখোয়দি অপূনবনা খূৎলায়নি / অপূনবা নত্তনা করি লৈরি থেংননবা"।* পুন্সীগা হেন্না নকশীন্নবকই। পুন্সীদুসু নাইতোম নত্তে অপূনবনি। নীংতম্বগী অকনবা পাউজেলনা লম্বী তাকপনি।

অমুক্কা হকচীন্না কাঙলূপ-লালগী অকনবা শাফু পীখি - *"চৎলো চৎসি ইচীন-ইনাওশা / লৌমীগী লৈবাক শেম্লুসি।"* ওৎপীববশিংগী কখোকপগী ঈখেংবু মমল লেপ্লকই *"হাইগৎশি ব্লাংনা ফীরালসি ঙাঙলবা / লায়রবশিংগী ঈনা / ঙাঙখিবা মালেম কনাগী ঈনো / লাযববশিংগী ঈনা "* শেমশাবগী অকনবা য়াকাযরোন্নি - *"অহিং হৌখ্রে হৌগৎলো লৌমী / নুমীৎ থেংখ্রে / লৈবাক লৈবাক্তা হৌখ্রে লৌমী।"* নীংশিংহল্লি। থৌনা হাপখি - *"থাঙ্গোল অদু*

*ময়া থাগুণ্ড থৌনা / হে লৌউবা / ... লৌখাউ মতম ওইরগা খাওনি সনা ফৌ / মীনায় য়োংহ্লিং কোক্কনি/ মীখাপোনবা ঐখোয়গী।"* নুংগী অর্থদু ওন্থোক্লা শাফূ লৈহল্লি। অসুম্না রিবোলুসনরি কবি নজরুল ইস্লামসু শকখি, *" পিজেন্টস অফ ড ৱার্লড ! ৱেক অপ ! হোলড হার্ড ড প্লাউ !"* বাঙ্গালগী খুনজাশিংদা অকনবা খোন্থাং য়ৈখি। ভারতকী তৃহৎপীরবশিংদা থৌনা পীখি। শৈশকখি নুপী মীয়ামগী মুক্তিগী ঈশৈ *"নখোয় লাউ য়েংহৌরো লাউনে / নুপী কয়া লালদা চণ্ডলীদো / চান্দবীবী দূর্গা পদ্মীনী লক্ষ্মীবাই ঝাসী রাণী / লৌমীগী য়ুমদা মখোয়গুম্বী লীশিং লখা পোক্লিদো ।"* অনৌবা পাউনি। অৱাংবা থাক্কী মহারাণী, শক্লায়রবী কয়াদুগী ইতিহাস নত্তে। মীচমগী পুক্নীলক্তা পোক্লিবী থৌনা ফরবী কয়াগী মফম কল্লকপনি। মখোয়গী ইতিহাস শেম্লকপনি।

তশেংনমক ইরাবতকী ঈশৈশিং তুংগী আশানা থল্লি। অৱাবদু তেংথাবা নত্তে, চুম্লত শৈথাবা নত্তে, থৌনা পীবনি। মীয়ামগীনি। ওৎপীরবশিংগীনি। নাইতোমগী নত্তে, মীয়াম খোনবগীনি মীয়াম পুন্না শৈশকপতনা মহাক্কী ঈশৈগী অশেংবা মশক থোক্লক্কনি, মচি ওইবদু ফংগনি। থম্মোয়বু লালঙম ফীরাল য়ুংহল্লিবা থিংঙমদ্রবা ঈনোৎনি। অনৌবা পাউজেন্নি। থম্মোয়শিংদা শোয়দনা পানগনি - খন্থরবদি। হৌদোক্লম্মী নুংশিরবা খোন্থাংনা - *" হৌরো অৱাবা অহিংগী অমম্বা কোক্তুনা / স্বাধীনতা নুমীৎ থোরক্লে মাঙদা।"* হৌগৎপগী মতমদুনি। স্বাধীনতাগী নুমীত্তুনি।

ইরাবতকীদি লমদম অসিগী পুক্নী ইতিহাসকী অশেংবা মশক্তুনি। খুন্নাইগী দাবীদুনি। থৌনা অমসুং অচুম্বদুনি। মদুনা মীনম্বা, নমথাক কয়াগী অমম্বা ফক্লাংবু থুগাইবনি। মুক্তিগী লম্বী তাক্তুনা মীয়ামগী সেবা তৌবনি। পোর্টুগিজ অইবা অমনা হায়খি, *"মক্তনা শেংলবা সাহিত্যদি অচুম্বা য়াউদ্রবদা ওইথোক্তে; অদুগা অচুম্বদি মতম পূম্নমক্তা মীয়ামগা শাগোন্নজে।"* ইরাবতকীসু অচুম্বদুনি, মীয়াম্লক্তনি, মীয়ামগীদমক্নি। অসুম্না ইরাবত মণিপুরী লোল অমসুং সাহিত্যনা নৌহৌনা মনীংতম্বা হনজীনজদুনা মকালান্না হিংজনবগী নীংতম ঈহৌদা শরূক য়াখিবনি। ওৎপীরবা কাঙলূপকী সাহিত্য, বিপ্লবীক সাহিত্যগী অনৌবা মচল শেম্নবা হোৎনজরম্বা লমদমসিগী অথোইবনি। মচুতারবা সভ্যতাগী অনৌবা মীওই কাঙলূপ অমা শেম্নবা হোৎনজরম্বনি। মতম কুইনা লংশেকপীরুরবা তুং, ঙসিদি কয়াদা মমল লৈরক্লবা। তৌবীমল খণ্ডবসিমক চাওখৎলবা সভ্য জাতিগী মশক্নি।

## মতেং লৌজখিবশিং ঃ


১। ইরাবত হিজম ঃ শৈদম শৈরেং - ২শুবা খুৎনম ষ্টেট লাইব্রেরী, ১৯৪৬

২। ইবাবত হিজম ঃ ইমাগী পূজা - ইরাবত লাইরিক ফোঙবা লূপ, ১৯৮৭

৩। ইরাবত হিজম ঃ লোকমান্য তিলক - চুরাচান্দ প্রিন্টিং ৱাৰ্ক্স

৪। ইরাবত হিজম ঃ কেপিটালিজম - প্রোগ্রেসিব লিটরেচর হাউস, ১৯৮৭

৫। ইরাবত হিজম ঃ কৃষ্ণকান্তগী উইল (অনুবাদ, খূৎই)

৬। ইরাবত হিজম ঃ জয়মতী (ড্রামা খূৎই)

৭। এস এফ/ ৱাই এফঃ বিপ্লবীক য়াকায়রোল ঈশৈ

৮। ইবোয়াইমা এল ঃ ( সেমিনাবগী চেশিং)

৯। য়াইমা লোইতাম, মাইপাকসনা বাজকুমাব ঃ নিখিল হিন্দু মণিপুরী মহাসভা

১০। মার্ক্স এঙ্গেলস ঃ ওন লিটরেচব অন্দ আর্ট ঃ পিপি মোস্কো ১৯৭৮

১১। ডব্লিউ জে এফ জে ঃ লূসুন সেলেক্টেদ পোএমজ; ফোরেন লেংগ্বিজ প্রেস, বৈজিং।

১২। ওক্টোবব রিভোলুসন ইমপেক্ট ওন ইন্দিয়ান লিটবেচব ঃ স্টর্লিং পব্লিসর্স নিউ দিল্লী।

১৩। গোর্কি এম ঃ ওন লিটররেচব ; পিপি মোস্কো

১৪। লেনিন এন্দ প্রোব্লেমজ অফ লিটবেচব ঃ পিপি মোস্কো

১৫। পরিষদকী মণিপুবী শৈবেং ঃ মণিপুবী সাহিত্য পবিষদ

১৬। ঈচেল ঃ নোহাখোল, ১৯৯৩ এপ্রিল অমসুং ১৯৯৬ এপ্রিল ইসুশিং।

১৭। খোল্লাও ঃ ১৯/৬/৯৬, ২০/২/৯৬


***

# ঈশৈ শৈরেংদা শূজ-নোমজরিবশিংগী মফম

কবিবত্ন হিজম ইবাবতকী সাহিত্য, থোইদোক্লা ঈশৈ অমসুং শৈরেংশিংদা ফংলিবা শূজ-নোমজবিবশিংগী মফম অসীমক ওহ্নোক্লা মমল লৈ। লমদম অসীগী সাহিত্যদা খুমাঙ চৎখৎনা মাঙজীল থাববা অনৌবা মাযযোন অমনি। মপান্থোংগী শৈথাবঙাক নত্তে, পূম্নমক কথোক্তুনা থেংনখিবা পুন্সী অমগী মতুবা থম্মোযদগী হক্লা থোক্লকপা মপাউখোলদুমক থম্মোয কযা ফাওনা পাউদম্লকপনি। মপাঙ্গল থাংদোক্তুনা শূজ-নোমজবিবা লৌমী-শিন্মী মীযামগী অশেংবা পুন্সীগী মশক, খুন্নাই চৎনপথাপশিংদুগী মখাদা ফংলিবা মীওৎ-চৈথেং, মদুনা পীবকপা শাফু, মদুদগী নাম্থোক্তুনা অবানখুবম মুক্তি ফংনবা মায়যোন মযেক শেংনা পীবি । ওৎপীববশিংগী লাম্হেংগী পোবম, থেংনবগী থৌনা, অপূনবা লীপূন, তবং-তবংলবা য়াইফপম্বুং মদুমক্কী মপাউনি। মালেম শীনবগী মীৎযেং মখাদা অমত্তা ওইনা শাগোম্নদুনা শূজ নোমজবিবা লাযব-পিদোল-তুহৎ-নৈহৎপিববশিংগী পাঙ্গল অমসুং পুন্সীগী অশেংবা মমল লেপ্পনি। মখোযগী যাইফ-নুংঙাই পম্বুং অদুমক্কী মপাউ পুবা অনৌবা যুগকী অনৌবা লানবাউ অমনি।

তশেংবমকসু মীওইবা সভ্যতাগী ইতিহাস অসীমক শূজ-নোমজবকপা মীযামগী মপাঙ্গলনা পুথোকচবকপা মচাক-মবল খ্বিবক্কী মহযনি। মদুমক্লা মীওইবগী পাঙ্গলবু (লেবব) মমল খঙনা লেপখিবা, লেপ্লীবশিংনা মখোযবু খ্বাইদগী ব্রাংনা থাঙ্গত্তুনা ইকাই খূম্লে। শাগী তাইবংদগী তোখাইবক্তুনা মীওইবগী মশক লেপ্লকখিবা অসীমক শূজ-নোমজবকপা পাঙ্গলগী মহযনি হাযনা শীংথাবিবনি। মদুমক্তুনা মীওইবা মশামক অসীসু শেমগৎলক্লিবনি হায়না মমল লেপ্লীবনি। মসিদগীনি মখোযগী মপাঙ্গল হূমাংমলগী চপ-চাবা মমল লেপ্তুনা ফংহন্নবা, মীওইবগী শেংলবা

ইতিহাস অমা পুরক্লবগীদমক অথোইবা অথৌবা কয়ানা মাঙজীল থংনা চোংথোক্লুনা পূম্নমক কখোক্লুনা থেংনরকখ্রিবসী। ইরাবতসু মখোয়শিংদুগী মনুংদা অমনি। লমদমসীগীদি তোপ-তোপ্না নাইতোম লংলিবা লময়ানবনি, লুচিংপুরেন্নি, কবিরত্ননি। খৃষ্ট কুমজা ১৮৪৮ মালেমদা ঈহান-হানবা ওইনা শূজ-নোমজরিবা মীয়ামগী চপচাবা মমল লেপ্তুনা কার্ল মার্ক্স অমসুং ফ্রেদরিক এঙ্গেলসনা লাউখি *"মালেম লৈবাক পুম্নমক্কী শূজ-নোমজরিবা শিন্মী মীয়াম পূল্লো !"* । গ্রহ অসী শীন-থুংনা খোঙ্খাং য়ৈরকখি। খোঙ্খাং অদুমক লমদমসিদা য়ৈহনখি ইরাবতনা।

'সমাজগী মনুংদা লায়রবা অনংবশিং অদুদি চাবা থুংনবা কারখানাদা, খোংদা অমসুং লৌ-ইংখোল শূনবা কোইথি থি। মরমদি মখোয়গী মখুত্তা লুপা পৈশা লৈতে, লম-তু লৈতে মখোয়গী হায়ববু মখোয়গী মপাঙ্গল অদুতনি। অদুনা মখোয় অদুদি মখোয়গী মরল ওইবা মপাঙ্গল অদু শীজিন্নদুনা হিংই। মখোয় অসীনি থবক শূবা কাঙবু (মজদুর) অদুনা মখোয়সীবু *'পুমকোক কোকপা'* অমদি নোমদুনা চাবা (প্রোলিটরিয়েট) কৌই"। (কেপিটালিজম - লাঃ ৩) ইরাবতনা প্রোলিটরিয়েটপু য়াম্না মচাতানা মশক তাকই অমদি *লায়রবা* হায়না কৌরিবা অসীমক অঙনবা মতমগী রোমানশিংনা শীজিন্নরম্বা *প্রোলিটরিয়েট* হায়বদি ফ্রী সীতিজেনশিংগী মরক্তগী খ্বাইদগী লায়রববু খঙনরম্বা অমসুং পলিটিক্যাল ইকনমিদা মখা তানা মখোয়গী শূজ-নোমজবা ঙম্বগী মপাঙ্গল অদু য়োন্দুনা খুনেক শূজরগা হিংজবা মরল মথুম তাক্লবা পুমকোক-কোক্লবা শিনশূবশিংবু খঙনরম্বা অদুবুনি। অদুনা মহাক্কী ঈশৈ শৈবেংশিংদা শীজিন্নরিবা *লায়রবা* অসীমক পুমকোক কোক্লবা মপাঙ্গল য়োল্লগা ফংজরকপা খুৎশূমলনা হিংজরিবা প্রোলিটরিয়েটশিং অদুনি হায়গনি। মহাক্না লায়রববু তরাম্না ওকখি, চেৎনা শাগোন্ননা কোনশিনখি, প্রোলিটবিয়েট অদুমক ওঙ্খোক্লা পামজখি -

"কনা লৈবিবগে মরূপ নঙগা মান্নবা।

লল্ ময়াইনা তুংদা বুদ্ধি মাঙলবদা, খাম্বীয়ু ঐহাকপু

লেপ্পীদুনা নাক্তা। মতম পূম্বা লেঙদনা লৈবীয়ুনে নাক্তা।

(ঙসি) মীৎ অনীমক পাঙজরে নহাক্কী থৌজান্না।

('লায়রবা', শৈদম শৈ্রেং - লাঃ ৬)

লায়রববু পুন্সীগী লেঙদ্রবা খ্বাইদগী হকচিল্লবা মরূপ অমা ওইনা শাগোন্নজে। মহাক্কীদি লায়রবগী অৱাবা নত্তে লায়রবগী অপেনবদুনি। লায়রবনা পীবা জ্ঞান বুদ্ধি লৌশিং অদুনা মঙাল অমা ফংলবা মীৎ পাঙলবা তাইবংপান অমগী মশক লেপ্পদুনি। ওৎপীরবা লৈত-লায়র পুমকোক কোক্লবা কাঙলূপকী জ্ঞান ফাওরকপনি। মীওইবগী যূম্বালবা, সনা কোনুংগী নুংঙাইবা পূম্নমক থাদোক্লুনা কথোকখিবা বুদ্ধদেবনা তোল্ল-তারবশিংগী অরান খুবমগী মঙাল *নিৰ্ব্বাণ* ফংখিবগুম ইরাবতকিসুনি - নির্ব্বাননি। মীৎয়েং অসী পাকথোরকই হেন্না ময়েক শেংলকই মহাক্কী ঈশৈদা -

"হাইগৎসি ৱাংনা ফীবালসে ঙাঙলবা লায়রবশিংগী ঈনা।

ঙাঙখিবা মালেম কনাগী ঈনো লায়রবশিংগী মায় ঙাকপদা

লেনিননা রূসতা লান ঙমদুনা জগৎতা পুরকপা কনাগী মায় লায়রবশিংগী ঈনা।"

মালেম শীনবগী লায়রবা প্রোলিটরিয়েটশিংগী মুক্তি লাম্থোংবু মমল লৈনা পুখৎলী। খৃষ্ট কুমজা ১৯১৭ শুবদা লেনিননা লুচিংবা বোলসেবিক পার্টিগী লমজীং মখাদা পাঙথোকখিবা গ্রেট ওক্টোবর সস্যালিষ্ট রিবোলুসনগী মাযপাকপবু মাঙদা থমদুনা লায়রবশিংগী মমল লেপ্পী। লমদম অসীদা মীনা মীবু ওত্তবা মীওইবগী অশেংবা নীংতম্বদু পুবক্লবা অপূনবা শক্তিগী মীয়াম ঈহৌ শাগৎনবা কৌখি। জাতি খুদীংমক্কী শূজ-নোমজরিবা মীয়াম্না মখোয়গী লাম্থোং অদু অতৈ জাতিশিংগী শিন্মী মীয়াম্না থেংনরিবা লাম্থোং অদুগা খক লাপথোক্লবা য়াদে। মখোয়গী য়েক্লবা অসী মরৈবাক মবমদম অদুখক্তংগী শেঙ্গাও মপু, লৌয়াম মপুদুঙাক নত্তে অতৈ লৈবাক্কী শেঙ্গাও মপুশিংদুসুনি। মালেমগী শূ-নোম্লিবা লায়ববা মীয়াম ঙম্নমক্কী মুক্তিগী পান্দম, ফিবেপ ৱাখল ঈহূল, ওৎপিরিবা খুৎওৎ চপমান্নে। পুম্নমক্কী নীংতম্বা শান্তি-য়াইফ-নুংঙাই থোংমান্ননা হিংমিন-পানমিন্নবা হায়বসীমক মালেম শীনবগী ওইনা তেঙবাঙনদুনা থেংনমিন্নফম থোকই। জাতি শকচু লোল লমখৈ খেন্নবা, অচৌবা শক্তিগী নাপন্দা অতোপ্পবু তুহৎনা য়েংবা, জাতি লমগী অখূবা মীৎয়েং, পুম্নমকসী লায়রবা মীয়ামগী অপূনবা শক্তি অশেংবা অরান খুবমগী লানজঙবু শোম্থহন্নবা, নাথৈদুনা পুখিনবগী শরৌনী হায়বসী ময়েক শেংনা খঙহন্নবা হোৎনৈ। মালেমগী শক্লাইরবা কবি কয়ানা তরাম্না ওকখিবগুম তাইবঙদা মীওইবগী অশেংবা নীংতম্বা নুংঙাইয়াইফ নন্দন কানন অমা পুরকখিবা ওক্টোবর রিবোলুসনবু ইরাবত তরাম্না

ওকখি। অসীগুম্বা সস্যালিষ্ট লৈবাক অসীনা লানবন ওইনা লেপ্তুনা মালেমদা পুবকখিবা *অনৌবা যুগ* অদুমক খোয়দানা পামজখি। মদুনি মহাক্কী *অনৌবা যুগ, অনৌবা দুনিযা !*

"অনীশুবা লাঙ্গাও লোইখ্রে। লানগী অহানবা হৌখিবগা লোইবা মবোইগদা পৃথিবীগী মওঙ অমা ওনখ্রে। পৃথিবী অপূম্বা উপ্তুনা পানগে লোইনা মীনায ওইহনগে হাযনা ইউবোপ্তা হিটলাব, মুসোলিনীনা অনীশুবা আল্লসকী চীংখোঙদা মীথা পোনবা পামদবা মী কয়াগী শক্তনা অনীশুবা আল্লস অমা শাগৎনবা তুক্কচববা থৌবাং, নোংপোক্তা টোজোনা মীশাতনা প্রশান্ত মহাসাগব ফুন্নবা খুজীলনা পৃথিবী অপূম্বা থক থক নীকখ্রে। হিংচাবশিং অসীবু লাইদৌনা নীংনখ্রবনি। ১৯৪৫ ঈংদা লান লোইবগা হিটলাব মুসোলিনী উৎ ওইখ্রে, টোজো মতীকচাবা মনা ফংখ্রে। মনীংতম্বা পাম্বা লৈপাক মীয়াম্না জয ওইখ্রে। অমবোমদা সাম্রাজ্যবাদকী মপাঙ্গল শোন্থখ্রে। পৃথিবী অপূম্বা ঈনৌ-নৌবা লৈপাক্কী শক্তিগী ঈচেল অমনা *অনৌবা যুগ* অমা ওইবে"। ('অনৌবা যুগ' চযোলপাউ ১বা মশীং এপ্রিল ১৩, ঈং ১৯৪৭)

অসীগুম্বা শূজ-নোমজবিবা মীযামগী অশেংবা নীংতম্বা ফংজববা *অনৌবা যুগ* পান্দম অসীমক্তি ঙল্লিঙৈদগী মহাক্কী শৈবেংশিংদা পাউজেন্দুনা লাকখি। অদুগুম্বা দুনিযা অদুবু ঈখৌলাংনা ঙাইজখি। অদুবু মহাক্তি ঙাইনা ঙাইনা চৎখি। ঙাইজবম্বা মপাউদুদি অসুম্মক লৈহৌবি খোন্থাং যৈনা -

| | |
|---|---|
| "লাপ্না - যাম্না লাপ্না, | অনৌবা দুনিযাগী মাযকৈদা |
| অতিযা মম্না কাবীবা | হাইগৎলিবা উফূল টবগা |
| শিববা ঈংলবা ভকচাংদা | চোংলকই আশাগী মিন্থন্না। |
| খুদোংথীবা অমম্বা অহীংদা | ঙাইবি দিউটী পাযদুনা।" |

('ঙাইবি' - ইমাগী পূজা, লাঃ ৬৬)

কুনশুবা চহীচাগী অহানবা তংখাইগী অঙনবা শক্তগী থোক্লকখিবা ভাবতকী শক্লাইনবা কবিশিংনা মখল অমা নত্রগা অমদা সস্যালিজমবু তবাম্না ওকই। মান্দন। যেংবা মখোযগী মীৎযেংশিং থম্মোয ফাওনা ফোঙদোক্লবকখি। হিন্দী

উপন্যাসকী নিংথৌরেল হায়না ইকাইখুম্নরিবা মুন্সি প্রেমচন্দমক্তি মশামক বোলসেবিক্তা চপ চানা লূপচখি। খৃষ্ট কুমজা ১৯১৯ ফব্রুয়ারিগী 'জমানা' চেফোঙদা ইখি, ' অনৌবা যুগ অসীদি শৃজ-নোমজরিবা শিন্মী অমসুং লৌমীগী খুত্তা লৈরে। পৃথিবীগী ওইরক্লিবা ফীবমনা মসীমক প্রমান তৌরে। ফীবম অসীদা ভারতনা খক নাম্থোক্কুনা লৈহৌবা ঙমলোই। ব্রাংলবা হিমালয় চীংশাংনা মসীবু খক থৎপা ঙম্লরোই। মীয়ামগী ওইরক্লিবা ফীবম মতাবু খক লান্না লমজিংগনু। রাসিয়াদা বিপ্লব থোক্লিঙৈ মমাঙদা মীয়ামগী মরাঙকায়রবা শক্তি অসীবু কনানসু মাঙজৌননা উবা ঙমখিদে।" অনৌবা যুগ অসীমক্লি ইরাবতনা তরাম্না ওকখ্রিবা অমসুং পামজনা থমখ্রিবা পান্দমসু । মহাক্তি বোলসেবিক থোয়দাজবদা নত্তনা বোলসেবিক কম্যুনিষ্ট অদুমক ওইখি। ইরাবততি পলিটিকেল্লি অমসুং সস্যয়েল্লি কনস্যস ওইখিবা কবিনি। মতমদুগী পৃথিবী, ভারত অমদি মণিপুরগী ওইখিবা সমাজ শেলথুম রাজনীতি সংস্কৃতি খুদীংমক্তা মশাগী চপচাবা মীৎয়েং অমসুং অচেৎপা ফিরেপ লৈখিবনি।

উর্দু কবি ইকবালসু শকখি ওক্টোবর রিবোলুসনবু তরাম্না ওকখি। শিন্মী লৌমীশিংবু শীংথাখি থৌনা পীখি - 'হৌগৎলো মালেম অসে অনৌবা য়াৱোল লাক্লে নোংপোক নোংচুপ শীন-থুংনা নহাক্কী যুগকী ফিদুপ হুল্লক্লে।' ইরাবতসু শকখি - 'মায়কৈ খুদীং কোয়না য়েংঙু, মীয়াম্না ওইরি জয়।' ওক্টোবর রিবোলুসন্না পুরকখিবা অনৌবা মায়য়োন অদুবু য়েংলগা কবিগুরু রবীন্দ্রনাথ ঠাকুরনা হাযখি- 'সস্যলিষ্টশিংনা লনথুম অসী মীওইবা পুম্নমক্তা য়েন্থোক্লবা হোৎনৈ। মসী ওইথোকপরা ওইথোক্তবরা খঙদ্রি। অদুবু মসী ওইথোক্লবা অদু ওইরবদি তশেংনমক মীওইবা জাতিগী খমথেংলবা লাইবকথীবা হায়বদুনি।" কবিগী মচাশিং থোকপা সুরেন্দ্রনাথ ঠাকুরনসু মখা তাখি - "বোলসেবিজমনা রাসিয়াদা লানঙম ফীরাল থেৎখিবা অসীনা শেঞ্জাও মপু কেপিটেলিষ্টশিংবু য়ৈথরো, লৌয়াম মপু জমীন্দারশিংবু য়ৈথরো মখোয়গী মহুত্তা মশাগী হুমাংমন্তনা লনগৈ চোন্না পুথোকচরকখিবা মখোয়শিংদুগী মখুত্তা নুংঙাইয়াইফ পূম্নমক শিন্নরো হায়বা খোল্লাউনা মহাদেশ কয়া তক্লা খোন্দুনা নিল্লক্লে। অসীগুম্বা ঈহৌগী পাউথাঙ অসীমক ঐখোয়গী অতূম্বা লৈবাক অসীফাওবদা য়ৈররে।' মসীমক তূন্নীবা লমদম অসীগী মীয়ামদা মীওৎ-মীনৈ মীখা পোনবগী অমস্বসিবু কোক্লবা অনৌবা সভ্যতাগী নুংশা মঙালগী মশক ওইরবা শক্তি জ্ঞান থৌনা অমনি মসীবু কৌখি ইরাবতনা -

"নুংশাও থোবক্লো উকম লৈমা চঙখবো
নুংশানা অমুক কিদনবা থেৎলিগদ্রা ?
'ফেসিষ্ট লাক্তে - কিফম লৈতে -
নুংশাও থোবক্লো' অতূম্বগী লৈবাক্তা।"

('অতূম্বগী লৈবাক্তা' ইমাগী পূজা - লাঃ ৫৮)

মীওইবা সমাজদা, পীক্লবা লমদমদগী মালেম শীনথুংবদা থোক্লিবা *অনৌবা* হাযবা খুদীংমক্লা কবিগী থম্মোযবু চিংশিল্লী হাযবসীমদি পূম্নমক্লা খঙনবিবনি। মসীমক্লা মাঙলমচৎতা ফংখিদ্রিবা আধ্যাত্মিক অমসুং এষ্টেটিক ভেল্যুশিং নৌহৌনা পুথোক্তুনা হেন্না মশক থোকহল্লী। কযাম্না শোকচিন যৌশিনবা ঙম্বগে - ঙমদবগে হাযবদুনা অমনি। মপাঙ্গল থাংদোকচবকখিবা মীযামগী হূমাংমন্না শেমগৎচবকখিবা মীওইবগী সভ্যতা অসীমক পুমথু-থুগাইদুনা পূমশূপ-শূপনা পান্নবা তেমশীংলকখিবা ফেসিষ্ট জর্মননচিংবগী কাইহৌদা থোক্লকখিবা পৃথিবী লাঞ্জাওদা ইবাবতকী মীৎযেং ময়েক শেংই। যাদবত নত্তে মীযামগী শক্তিনা মাযথীবা পীদুনা মীওইবা সভ্যতাবু কন্নবনি। মীযামগী মায়পাকপগী মপাউ পুবনি। লমদমসিদদি অনৌবা মীৎযেং, অনৌবা খুৎপুথোক, অনৌবা মপাউর্নি।

"রাইফল, তোপ মখোল মবক্তা/মীকপ মীবা ওখোন্না থল্লবা/অশিবনা হাঙদ্রবা মোংফমদা/তাবী নাৎসী জযধ্বনি। শাগৎলী চীক্লবা-যুবোপকী থবাক্তা/ মীকোক্কী ব্রাংলবা আল্পস অমা/ ঈনা (চোৎনা) লূপ্লবা হিটলাবনা/লাউবি নাৎসী জযধ্বনি। ... মীকোক কযা কযা পুবক্লি / অতৈ কযা অমসু খোমজিল্লি/ফীবাল মখোঙদা হাপকৎলী/ লাউবি নাৎসীগী জযধ্বনি।"

('নাৎসীগী ফীবাল' ইমাগী পূজা, লাঃ ৩৬,৩৭)

সাহিত্যগী চৎখৎলিবা খোঙচৎ (প্রোগ্রেসিব) হাযবসীমক্তবু তশেংনা ওইবক্লিবা অনৌবা মশক অদুবু মীওইবগী ব্রাখল পুক্লীং থম্মোযনুংদা চিংশিন্দুনা শকতাকপনি। ইবাবত মতমদুদা মহাক্কী ইষ্টেটিক পর্সেপসন অসীসু পাকচাউই। ইতিহাসকী অনৌবা যাব্রোল অমসুং খোঙচৎ নিংথীজনা খঙখি। পৃথিবী মীওইবা জাতিগী পুক্সীদা ওইবকখিবা বিবোলুসন্যাবি ওইবা অহোংবা কযা, থোইদোক্লা

কুনশুবা চহীচাগী চাউরবা মায়য়োন লেপখিবা ইতিহাসকী লংলবা মণ্ডাল, মৈজাওশিং নিংথীনা উখি, মশক খণ্ডখি। মীয়ামগী শক্তি, শক্তিদুগী মায়পাকপদা চপচানা থাজবা থমখি। মখোয়গী মপাঙ্গলতনা পৈখৎচরক্লবা সভ্যতাগী লনগৈবু ঙাক-শেন্দুনা থম্নবা, হেন্না মপূংফানা পূখৎনবা মীৎয়েংগী মখাদা মমল লেপ্লী। তুংগী নুংঙাই-য়াইফ শান্তিগী তাইবংপান অমগী মপাউ তস্মী -

"মকোক ময়ামগী শীন্থুরকপা/ ফোঙ-ফোঙ শাবা ঙাঙলবা ঈনা/ চেন্থুরক্লী ফেসিষ্ট লৈপাক তম্না/উরগা নোক্লি নাৎসী নায়কনা থাক্লা। ঈহৌরকপা ঈগী ঈচাওদা/থূম্লগনি মীকোক্কী আল্পস/তাউরগনি নাৎসীগী ফীরাল/লূপ্লগনি ফেসিজম ভূমধ্যসাগরদা। জগৎ অপূম্বা নিনগনি মতমদুদা/'শান্তি' 'শান্তি' 'শান্তি' খোঞ্জেলনা। মতুংদা লাক্কনি শোয়দনা/'শান্তি''শান্তি' গী লম্বী জগৎতা।"

(মথক্কীসীমক - লাঃ ৩৭, ৩৮)

ফেসিজমগী মশক অসী মহাক্কী ব্লারেং লাইরিক *"কেপিটালিজম"* অসিদদি নিংথীনা ময়েক শেংনা তাকই "ইটালিদা শ্রমিকশিংনা শাউরক্লুনা কল মালিকশিং তান্থোক্লুনা কল কারখানা অপূম্বা মখুৎ চল্লি। শ্রমিকশিংগী আন্দোলন অসী উবদা কেপিটালিষ্টশিং মকোক ঙাওই। মখোযনা মতম অদুদা থবক শূবশিংবু নমথদুনা মখোয়গী সম্পতি কন্ননবা লাক্লরকই। থবক অসীগীদমক মখোয়না মতীকচাবা নুপা অমা ফংই। মাগী মমীং মুসোলিনী কৌই। মুসোলিনী অসী অহানবদদি থবক শূবশিংগী লুচিংবা অমা ওইরম্মী। লাল হৌরকপগী অদুদা কেপিটালিষ্টশিংগী মীচঙ্ ওইখিদুনা লাল য়াওই। থবক শূবশিং লাল য়াও হায়না হায়। মদুদগী মাবু থবক শূবা কাঙবুদগী তান্থোকই। মানা লালদগী হল্লক্লগা করি তৌসিগে হায়না খল্লম্মী, মতম অদুদা থবক শূবশিংনা হৌরকইবা অদুদগী কেপিটালিষ্টশিংবু কন্ননবা থবক মঙোন্দা তারে। মানা থবক শূবশিংবু নমথনবা দল অমা শেম্মী দল অদুগী মিং *'ফেসিষ্ট'* কৌই।" ফেসিজম অসীমক শূজ-নোমজরিবা মীয়ামবু নেৎথদুনা পান্নবা শেঞ্জাও মপুশিংগী মীচঙদা থোকখিবনি হায়বসী য়াম্না ময়েক শেংনা পল্লী। মদুমক্লা মীয়ামগী মায়কৈদা *লেপচখিবা ইরাবতনা খমথেংনা য়াদে, চপচানা থেংনৈ।* ফেসিজমনা পুবকখিবা অনীশুবা পৃথিবী লাঞ্জাওগী হৌরকফম ওইখিবা জর্মনগী মশক, লাঞ্জাও অদুদা মখোয়গী মীচঙ ওইদুনা শরূক য়াখিবা জাপান্না মণিপুর য়ৌনা লান্দাশিল্লকখিবা পূম্নমক ময়েক শেংনা হায়

- "হিটলারনা খুত্তা ৱায়েন্‌লগী তার হেক ফংবগা অহানবা থবক্তা থবক শূবা (শ্রমিক) শিংগী আন্দোলন মাঙহন্নবা হোৎনরে। শ্রমিক নেতাশিংবু ফারগা বিচার শুকতৌ-তৌদনা "কনসেনট্রেসন কেম্প" হায়না জেলখানা জাৎ অমা শেমদুনা থম্মী, লোন্না কয়া অমবু হাৎলী। ..."অহানবা থবক লোইরগা নাৎসীশিংনা হুন্দকমুক্তি ফেসিজমগী অনীশুবা থবক হায়বদি কোলোনি মুন্নবা হোৎনবগী থৌরাঙ তৌরে। কোলোনি মুন্নবা তারবদি লাল তৌবা তাই। অদুনা জর্ম্মান জাতিবু লালগীদমক থৌরাঙ তৌনবা থবক্তা কন্না হোৎনরক্লে। ... ইটালিগী ফেসিষ্টশিংগুম্না নাৎসীশিংনা লাল ৱা ঙাঙবতা নত্তনা মতবাদ অমসু হৌদোক্লে। ... জার্ম্মান খুদীংদা তস্নীবা হৌরে, "জার্ম্মান জাতি অসি পৃথিবীগী মনুংদা খ্বাইদগী চাউবা জাতিনি। অতৈ জাৎ পুন্নমক্কী মথক্তা মপু ওইনবা জার্ম্মান জাতি শেম্মকপনি। মরম অসীনা শিংলিদা জার্ম্মানগী ঈ চেল্লীবা মী খুদীং জার্ম্মান জাৎকী গৌববকী মশক ওইবা থবক্কীদমক থৱায পীগদবনি।" অরায়বা ৱাহৈদা "থৱাযনা পোন্থা ওইদুনা লাল তৌরগা জার্ম্মান কেপিটালিষ্টশিংগীদমক কোলোনি লৌশীল্লু" অসীনা নাৎসী শিক্ষাগী মূলমন্ত্রনি। ... " জাপান্দসু জাপাননী মার্কা ফেসিবাদ লিংলে, কোলোনি লৈতবা লৈপাক অহুম অসী মরূপ চেৎনা ওইরে; কোলোনি লৌবদা মখোয় অমগা অমগা মতেং পাংবা য়ানরে। অসুম্না থৌরাঙ লোইরগা মখোয়না লাল হৌরে। হুন্দক্কী লাল অদু অসুম্না হৌখিবনি।" (কেপিটালিজম, লাঃ ২০, ২২)

ফেসিজমবু তাথীবদ নত্তনা মশামক চোংথোক্তুনা মীয়াম হৌদুনা পাঙ্গল থোক্লা থেংনগে ফাওবা হায়খি। চহী অহুমগী মিয়াদ লোইদুনা শিলেট জেলদগী থাদোক্লবা ফাওবা মতমদুগী নিংথৌগী শরৌদগী মণিপুর চঙহন্দদুনা আসামগী কাছারদা লৈবিঙৈ (মার্চ্চ ১৯৪৩ দগী মার্চ্চ অহৌবা ১৯৪৬) অনীশুবা পৃথিবী লাঞ্জা ও মনুং ১৯৪৪ ডিসেম্বরদা আসাম সরকাবগী চীফ সেক্রেটবিদা ইবা চেরোল অমদা অবোইবা ঈরীক ফাওবদা জাপানবু থিংনবা মণিপুরগী মীয়াম্বু কৌখিবা অমসুং মহাকপু মণিপুর চঙহনবীয়ু কল্লবা ভোলুন্টিযর লাম্মী লীশীং কুন শাগত্তুনা লান্দারক্লিবা জাপান থেংনগে হায়বগী ৱাফম নিংশীংদুনা পল্লী। মসীগী মমাঙ মীরমদম জেল মনুংদুদা লৈরিঙৈদা লাঞ্জাওনা শোকহল্লবা পোক্নফম লমদম য়ৌনিংবগী ঈখৌলাংবদু জেল মনুংদা ইখিবা শৈবেং লাইবিক ইমাগী পূজাগী *'উচেকমক্তা ওইরম্মবসু'* হায়বা শৈবেংদা থম্মোয় শেক্লা শৈথাজৈ। ফেসিষ্ট লানফমদুগী তমথীরবা মীহাৎপু লাকশীল্লী -

"চহী ফানা কায়নরবা/থাবুম কয়া পাউ ফংদ্রবা/
ঐগী নুংশিরবী মাতৃভুমি;/ঐগী নুংশিরবা দেশবাসী/
কনাদনো হংগদবা ? কনাদগীনো তাগদবা ?
... ফেসিষ্টকী বমগী মনুংদা, / য়াওরক্লবসু মাতৃভুমিগী বার্ত্তা/
হোগাই হোগাইদুনা থিগনি/বম লক্ষা লক্ষাগী মরক্তগী।"

('ইমাগী পূজা', লাঃ ৫৪, ৫৫)

ঙসি মীরম করাম্বশিংনা অনৌবা লাল্লোংগী অনৌবা শক্লোন্দা অনৌবা ফেসিষ্টকী লানজঙ অমনা মালেম অসীবু শূপ-পায় পায়শীন্দুনা মখোয়গী খুবামনুংদা লোইলম কৈথেল ওম্বোক্লবা শীংনরক্লিবা, মখোয়না পুনিংবা মায়কৈদা নম-চিংদুনা পুবা য়াবা খুঙ্গং অমগী পান্দমগুম লাকশিন্নবা হোৎনরক্লিবা, মীওইবা জাতিগী নীংতম্বদগী মখোয় খরদংগী শেন্দোংনা হেন্না মপূং ওইবগী লীচৎ মতোয়না মথোই কারকপা, মীওইবগী নীংতম্বগী ব্রাহম্বোকপু করিসু লৈহল্লক্তবা, অশোনবা অতোনবা লায়রবশিংবু নেথদুনা নমথরক্লিবা মতম অসীদা শূজ-নোমজ মপাঙ্গলতনা শেমগৎচরকখিবা মীওইবা সভ্যতাবু কন্ননবা মীয়ামগী হেন্না চেৎপা লীপুন অমুক্তা হেন্না তঙায়ফবক্তে হায়বসীমদি শেংই। জর্মননা অথোইবনি হায়বা খোল্লাউগুম লৈবাক অসীদা থোরক্লিবা কম্যুন্যাল ফেসিষ্টকী মরায় হাইগৎলক্লিবসীমক য়েখায়নবা, জাতিগী অপূনবা শক্তম ঙাক-শেন্নবা পাঙ্গল থোক্লা থেংনদবা য়ারক্তে। অসীগুম্বা মতমদা কবিরত্ন ইরাবতকী মপাউখোল হেম্বোইনা মরু ওইরকই।

মীওইবগী মমলবু শেলদা লেপ্পা, শেলগীদমক মীনা মীগী মফমদা অমনা অমবু কৈশালগুম তমথীনবা, খৌরীচরম মেৎখায়দুনা ঈ চূপ্পা ঙম্নবা বুর্জব্রা মোরোলীটিবু ইরাবত খক য়াদে। মহাক্কীদি তশেং-তশেংলবা মীওই লীচৎনি মিনুংশিনি মীয়াম্বু থম্মোয় লূপ্না নুংশিজবদুনি মখোয়গীদমক কথোকচবনি। মীগা -মীগগী মরক্তা মরূপ-মপাং মচীন-মনাও ওইবা মীৎয়েং, পুন্সীগী অবোইবা খোঙফম ফাওবদা অরৈ-লৈত তেঙবাঙনদুনা হিংমিন্নবগী ব্রাখলনি। লূপাগী মযায় শেলগী নাপন্না মদুবু খক মাঙহনখিবা পামজখিদে।

ঙক্লিঙৈ মহাক্কী শৈরেংদগী হৌরকখি -

"তাকু মীহাৎপশিংনা মখুত্তা থাঙশাঙ পায়দুনা,

নুংশিবা লৈতনা থব্রায় কয়া কয়া হাৎলীবা,

মীগী মপোৎ সনা, লূপা, হেরা মুন্দুনা লৌরীবা;

পূম্নমকসী কনাগীদমক্তনো, লূপা!

লৈতে নঙোন্দগী হেন্না নুংশিবা মীওইবনা,

নত্রবদি করিগী শিন্নগদগে মচাগা নঙগা।

... হে লূপা! নঙদি মপোক অসীমগীদমক্তনি,

হিংলিঙৈগী মতমদা লৈমিন্নগদবা ললনি।

হে লূপা ! কাউহল্লে মীওইববু নহাক্লা"

('লূপা', শৈদম শৈরেং, লাঃ ৩২)

তরামাপলশুবা চহীচাদগী ইম্পরিয়েলিষ্ট বৃটিশনা ভারতপু লোই-চন্দুনা লাকখি। কুনশুবা চহীচা হৌরকপদদি মপূংওইবা কেপিটেলিষ্ট লৈবাকশিংনা মালেম অসী শায়েন-ঙায়েন্নদুনা পায়নরম্মী। গ্রেট বৃটেননা লোইলম খ্বাইদগী চাউনা পাযবা লোইমপু ওইরম্মী। পৃথিবীগী শরূক মরি থোকপগী অমদি মহাক্কী লোইলমনি। মশাগী মবমদমদগী শরুক ৭০/৮০ হেন্না চাউবা লমদমশিং খুদুম চল্লম্মী। মণিপূরসু খৃষ্টকুম ১৮৯১ দা বৃটিশকী মখুৎ চন্দুনা মখোয়গী লোইলম ওইখি। ইম্পরিয়েলিষ্টশিং অসীনা লৈবাক কয়া লোইলম ওইনা খুদুম চনশিনবগা লোয়ননা মীয়ামগী য়েক্লবা খ্বাইদগী মীথীঙ্গায় ওইবা কাঙবুবু শৌগত্তুনা থাংগৎলি। ফ্যাড্যাল লোর্ডশিং (নিংথৌশিং) অমদি মীনায মপুশিংবু শৌগত্তুনা মখোয়গা খুৎশম্নৈ। মণিপূরদসু মখোয়গী খুৎচাবী নিংথৌ হাপ্তুনা ইম্পবিয়েলিষ্টশিংগী লোইলম মীওৎ-মীনৈগী মথক্তা ফ্যুড্যাল লৈঙাক্কী অওৎ-অনৈ কয়াসু অদুম্মক চথহনখি। খাজনা, মাসুল, পাৎশেল, খেব্রা, জলসম্বন্ধী, য়াইরেক শন্ত্রী, দোলাইবেং কয়াগী মথক্তা অমাং-অশেং, চন্দন শেনখায়, পাচ নাপেৎ, লাই-তীন-ধর্ম্মগী মিংদা শেলখায়, পুবা-থাংবা ব্রারবা পোৎলুম কয়া মীয়ামদা নল্লম্মী। শূজ-নোমজ মপাঙ্গল

থাংদোকচরক্লিবা, লমদমসিগী ইতিহাসপু শেমগৎচরক্লিবা থোইদোক্লা লৌমী মীয়ামদা হেম্থোইনা লূপ্লবা চৈথেং নল্লখি। পূম্নমকসি ইরাবত নিংথীনা খঙই, খাঙদুনা লৈবা ঙমখিদে; মুক্তিগী লম্বীসু ময়েকশেংনা উখি। মদুগী লাপ্লোঙ শীনবসু ঙম্মী, মদুগী থৌনাসু পীখি। মহাক সমাজ চাওখৎ য়াব্রোলগী জ্ঞান নিংথীজনা লৈখি। লৌমীবু উই -

"ওয়দা শাজৈ, য়েত্তা লাঙ্গোল/অর-তিতি থৌরি মখোয়গী ষণ।

য়েৎকী খোঙনা য়োৎচীন্দা হাপু কাওরী/মীৎনা য়োৎলম মুন্না মুন্না য়েংলি/

য়েন্দা ক্লাক্লা কোকথক্তা তুবৎ পাই। অম্বনা হন্না য়েংলগা হনখি/

নুংশিৎনা মতুং কোয়ইন ইল্লি। নুমিৎনা চাগদবগুম য়েংলকই।

নুমিৎনা কোকতোন্দগী য়েংথরকপদা/ষণশিংনা কামদুনা নাপী থৎকনি।

নুংশানা অমুক ঈরুজগনি। নোংদা অমুক হুমাং ঙানগনি।

নুমিৎনা হন্না য়েংলম্লগা হনখিবদা/ মখোঙ তিংথোক্কনি মাঙ্গোন্দা।

মপূক শীৎপতনা শরূক ওইবা/শেগায়বা ফিতনা ফিথুং ওইবা/

মখোয়সীনি।।" (মখোয়সীনি, ইমাগী পূজা, লাঃ ২২, ২৩)

কেম্বমখৈ শূরগা, পোত্থাবা ফংজদবমখৈ নোংজু-নুংশা, কুম্বী-কালেন খাক্তনা চহী চূপ্পা নোমজরগা মপূক থন্না চাবা ফংজদ্রবা শেৎপা নীংথুংদ্রবা অব্রাৎপা অব্রাবতনা মশরূক ওইরবা লমদমসিগী লৌমী মীয়ামগী পুন্সী শক্তম অমা শৈরেং মতেক্কী ক্যনব্যাস অসিদা ওম্থোক্লা মচুথোক্লা য়েকই। লৌমীবু থম্মোয় ফাওনা নুংশিজবগী মশক থম্মোয় কয়া য়ৌশিন-শোকচিন্ন তল্লিবা মপাউখোলগী টোন অদু য়ৌনা ময়েক শেংনা পুথোকই। মসীনা পেন্দে -

"চৎলু চৎসী ইচীন-ইনাওশা/ লৌমীগী লৈপাক শেম্লুসী/

ইখুত্তা থাঙ্গোল লেংবান্দা লাঙ্গোল/নীংজবা মরূ হুল্লুসী।"

"থাঙ্গোল অদুময়া থাংঙু থৌনা হে লৌউবা

লৌখাও মতম য়ৌবগা খাওনী সনা ফৌ

মীনায় যোৎহুিং কোক্কনি মীখা পোনবা ঐখোয়গী"

মীওৎপা ওৎপিববা কাঙলূপ নাইবা সমাজদুদা কাঙলূপকী মীৎযেং অমসুং জ্ঞান নিংথীনা লৈখি। মদুমক ওৎপীববা কাঙলূপ লৌমী মীযামদা ফাওহন্নবা হোৎনখি। শেংলবা কাঙলূপকী লান (ক্লাস ষ্ট্রগল) শাগৎনবা, মদুগী মায়পাকপনা মীযামগী অশেংবা নীংতম্বদু পুবক্লবা সস্যালিষ্ট বিবোলুসন অমগী পাউজেল পীখি।

*"মালেমগী লৌমী মীযাম যাকাযবো/লাঙ্গোল খুৎপায চেৎশীল্লো।"* বিবোলুসন্যবি কবি নজরুল ইস্লামসু শকখি। মতম অদুগী বেঙ্গলগী লৌমী মীযামদা যৈথী। নজরুল মশামক্কা ইডিট তৌবা *'লাঙ্গল'* (লাঙ্গোল) চেফোঙদা ইস্পবিযেলিষ্টশিংবু যৈথদুনা ইবা সস্যালিষ্ট শৈবেং *'বিদ্রোহী'* ফোঙখি। মদুনা বেঙ্গল শীল্লুংবদা কল্লবা ঈনোৎ পীখি। ইবাবতসু মশানা ইডিট তৌদুনা মখুৎমক্কা ষ্টেস্পীল কক্লবা লীচৌদা নমদুনা ফোঙখি চযোল পাউ *'অনৌবা যুগ'।* ওৎপী তুহৎপিববা, থোইদোক্লা লৌমী মীযামগী মপাউ পুবনি। থৌনা পীবনি, তাশীন-খোমজিনবনি।

কবি লৈজদ্রবা শূজ-নোমজবিবা মীযামগী ইতিহাসকী পন্থুংদি (হিষ্টবিক মিসন অফ দ প্রোলিটবিযেট) সস্যালিষ্ট বিবোলুসন মাযপাক্কুনা মীনা মীবু ওৎপা মীওৎ-মীনৈ খুদীংমক মুথৎলবা অনৌবা সিষ্ট্যম অমা শেমগৎপনি। মসীদি অতৈ সমাজ যাব্রোন ঈহৌ (সস্যাল বিবোলুসন) পূম্নমক্তগী তোপ-তোপ্পী। অতৈগীদি মীনা মীবু ওৎপা মীওৎ মখল পূম্নমক মূথৎপা নত্তে, মওং মতৌদা থবদং শেমদোকপদনি । কাঙলূপ মীওৎতি অদুম্মক চথৈ। যূমফম ওইবিবা পোথোক মবীদা (প্রদক্সন বিলেসন) মপূং ফানা হোংদুনা মীযাম্না মপু ওইবা থোংমান্ননা যেন্নদুনা চামিন হিংমিন্নবা হাযবদুদি ওইদে। সস্যালিষ্ট সিষ্ট্যমগীদি শূজ-নোমজবিবা মীযামগী খুত্তা বাজনীতিগী শক্তি পাযবনি, অনৌবা শেলথুমগী মবী অমদনি। সমাজ অপূম্বনা পোথোক খুৎলাযশিংগী মপু ওইমিন্নবা (সস্যাল ওনর্সিপ অফ দ মিন্স অফ প্রদক্সন) হাযবসীনা শেলথুমগী যূমফমনি (ইকনমিক ফাউন্ডেসন)। বাজনীতিগী যূমফমদনা শূজ-নোমজবিবা কাঙলূপনা মকোক থোংদুনা মীযাম্না লৈঙাকপনি। মসিদদি ওৎপিববা কাঙলূপনা (এক্সপ্লোইটেড ক্লাস) ওৎলীবা কাঙলূপপু (এক্সপ্লোইটিং ক্লাস) মশক খঙনা থেংনদবা যাদে। কাঙলূপকী জ্ঞান (ক্লাস

কন্সসনেস), কাঙ্জূপকী মীৎয়েং (ক্লাস অউটলুক) নিংথীনা লৈগনি। শেলথুম-রাজনীতি - ব্রাখল্লোন অহুম্মক্তা ক্লাস ষ্ট্রগলগী খোঙজেল য়াঙখৎহনদবা য়াদে। অসীগুম্বা লাল্লোঙ অসী লমদম অসীদা ইরাবতনা পুখৎখি। লৌমী মীয়াম্বু কাঙলূপকী জ্ঞান নিংথীনা লৈহন্দুনা শেলথুম রাজনীতি ব্রাখললোনগী মায়কৈ অহুম্মক্তা ফিরেপ চেৎনা থেংনবা ঙম্নবা পুখৎখি। মদুমক মহাক্কী ঈশৈ শৈরেংশিংদা পী -

"মীশক খঙনা ভোট পীয়ুনে হে লৌউবা

লাক্লে ঙসি মীরেপ মীখল ঐখোয়গী মাঙদা

লৌমী খুনীংকায় লৌমী লুব্রাওবা চৈরম্বা কাঙবুদো

ভোটকী মতম য়ৌবদা লৌমীগা মরূপ শারবে।"

মীয়ামগী রিবোলুসন্যারি ওইবা ঈহূলশিংবু য়াকাইহন্দুনা পুখৎনবা হোৎনবদা নীংহন্নবা লৈতনা পূন্নমক কথোকখিবা অথোইবা ইরাবতনা ঈশৈ-শৈরেংশিংবু মফমচানা শীজীন্নখি। শৈরেংদি ঈশৈদি অপাবা অতাবশিংগা থম্মোয় -থম্মোয় ফাওদোক্লদুনা অৱা -নুংঙাই শরূক য়ামিন্নবনি। অমুকসু হায়নৈ অশেংবা কলাদি পুন্সীগী মশকপু তশেং-তশেংনা ফোঙদোকপদুনি। পুন্সীগী মরমদা অরানবা ব্রাখল্লোন পীবদু নত্তে। অচুম্বা অফবা য়াইফ-নুংঙাই মঙ্গলগী মপাউনি। পুন্সীদা থেংনরিবা মূক্লবা, লাম্থেং, ঈনোৎ-ইথিল, মায়পাকপা-মায়থীবা, মীওইবগী অশেংবা মিনুংশি, মীওইবা পুন্সীবু নুংশিবগী মশক, পাঙ্গল-শক্তি, খুদীংমকসীবু খঙহনবনি হায়রীবনি। চাওখৎ মায়য়োন লেপ্তুনা খুৎ থারিবা কবিশিংগীদি অমুক্কসু তোপ-তোপ্পী। ইরাবতকী খুৎইগী পান্দমসুনি ওৎপী তুহৎপিদুনত লাক্লবা পূন্নমক্কী মমল লেপ্তুনা অনৌবা থৌনা অনৌবা মায়য়োন পীবনি। শকখি -

"নখোয় লাউ য়েংহৌরো লাউনে/নুপী কয়া লান্দা চঙলীদো।

চান্দবীবী দুর্গাবতী পদ্মীনী/লক্ষ্মীবাই ঝাঞ্চী রাণী/

লৌমীগী য়ুমদা মখোয়গুম্বী/লীশীং লক্ষা পোকখিদো।

... নুপী ঐখোয়বু হায়রনু অবলা/শান্নপোৎ ওইবীনু নুপীগী থব্রায়না

শেঞ্জাও পায়বগী তমথিবা নীতিনা/মুনখরে ঐখোয়গী শেৎন-চানবা।"

ওৎপি - তুহৎপিরক্লবী লৌমী মীয়াম্লক্তগী থোক্লকখিবী নুপীশিংগী মফম পীবনি। থৌনা ফবগী ঈহূলশিং অদু মশক তাক্কুনা নৌহৌনা য়াকায়হনবনি, থৌনা পীবনি। লৈমা নিংথৌকোলগী মহারাণী য়ায়তোঙ-ফমথোনবশিংতগী ওইনা শাগৎখিবা মীওৎপা খুজোক খরদংগী ইতিহাস অদু লোইশিন্নবা মায়য়োন লেপ্পনি। থৌনাগী লানবাউ কনশীনখি, পূনশীনখি, হেন্না থৌনা পীখি, শেম-শাহনখি -

"ঙসী অহীং লেপ্লে/নুমিৎ অমা চৎখ্রে,

শম পুনশিল্লু দেবী/ইফা ফারিবদো।"

('ডিসেম্বর ১২' ইমাগী পূজা, লাঃ ৪৯)

সাহিত্যদা শৃ-নোম্লিবা মীয়ামগী ঈহৌবু অকনবা শাফৃ পীদুনা পুখৎপা রিবোলুসন্যরি ব্রাখল্লোন পুবা ঈশৈ শৈরেংগী মমল অসী পেরিস কম্যুনগী মতমদা ময়েক শেংনা থোক্লকখি। নুমিৎ খরনি শক্তি পায়খিবা মীয়াম ঈহৌগী মায়পাকপা পুবকখিবা ঈহান হানবা অনৌবা ইতিহাসকী তাংকক অদুগী মতমদগী ওৎপীরবা চাকথুং-ফিথুংদ্রবা মীয়ামগী মালেম শীনবগী ঈশৈ (প্রোলিটরিয়ান ইন্টর্নেসন্যল সোং) *'ইন্টর্নেসনাল'* পোক্লকখি। ওৎপিরবশিংগী য়াকাইরোল, অপূনবা, অমত্তা ওইবা, থেংনবগী থৌনা পীবা, তূংগী মায়পাকপগী মায়য়োন পীবা ঈশৈনি। মায়কৈশোমদর্নি ইরাবতকী ঈশৈসু। মালেমদা অহানবা শিন্মী লৈঙাক ডিক্টেরসিপ অফ প্রোলিটরিযেট লিংখৎখিবা পেরিস কম্যুন তেন্না হিংলম্লবসু বুর্জৱাগী মায়য়োক্তা সমাজ শেলথুমগী অহোংবা পুরকখিবা মীয়ামগী খুত্তা লৈঙাক চুক্লী পাযবা ঙম্মী হাযবা উৎখিবা অমনি।

অদুমকপু শিন্মী ঈহৌগী ইতিহাস য়েংলুবদা শিন্মী মীয়াম পূনশীন্নদুনা অচেৎপা লূপকী লীপূন শেমগৎলকপা অমসুং অশেংবা মুক্তিগী লানফমদা চঙশীল্লকপদি অদুক হাক্লা ঙনখিদে। তরামাপলশুবা চহীচাদা কোঁপিটেলিষ্ট লৈবাকশিংদা শিন্মী খোঙবুগী লূপশিং শেমগৎনরকখি। খৃষ্টকুম ১৮৩৬ মাঙজীল থারবা শিন্মী অমসুং খুৎহৈবশিং পূন্দূনা লণ্ডনদা *'ৱাকিংমেন্স এসোসিয়েসন'* শেমদুনা ব্রাকৎ পবেং থাঙ্গৎখি। চার্টিষ্ট মুবমেন্ট হায়না খঙনখিবা ঈহৌদুনা শিন্মী মীয়ামগী ফীবম ফগৎনবা, নীংতম্বা অমসুং বাজনীতিগী হকশিং ফংহন্নবা তর্কশিনবা হৌবকখি। অপূনবা জ্ঞান ফাওখি রাজনীতি ঈহৌগী থাক য়ৌবকখি। প্রোলিটবিযেটশিংগী মীয়াম খোল্লবা রাজনীতিগী ঈহৌ ওইখি। মালেম শীনবগী

অমত্তা ওইবা লীপূন, পুক্লীং-ঈহূল অমসুং ব্রাখল্লোন পোক্লকখি। মথং পেরিসতা অরোনবা রাজনীতি দল অমা ওইনা 'লিগ অফ দ জষ্ট' লিংখৎখি। মদুদা রাজনীতি অমসুং ব্রাখল্লোনদা নিংথীনা খঙ-হৈরবা য়ুরোপকী লৈবাক কয়াগী শিনমীশিং মথং-মথং য়াওরকখি। মীয়াম ওৎপগী মায়য়োক্তা থেংননবা থৌদাংগী মখাদা, 'মীপূম খুদীং ইচীন-ইনাওনি' হায়বা খোল্লাউ পুখৎলকখি। অদুবু কার্ল মার্ক্স অমসুং ফ্রেদরিক এঙ্গেলস য়াওরবা, মসীগী ব্রাফোঙচে পুথোকনবা মখোয় অনীদা শিন্নরবা মতম ১৮৪৭ লন্দনদা ফমখিবা মীফমদা মথক্কী খোল্লাউদুগী মহুত্তা "মালেমগী লৈবাক খুদীংমক্কী শূরী-নোম্লীবা শিন্মী মীয়াম পূল্লো;" হায়বসীনা মহুৎ শিল্লকখি। মমাঙগী য়ুটোপিয়ান ওইবা ব্রাখল্লোন্দগী সাইন্টিফিক ওইরবা, কাঙলূপকি জ্ঞান, কাঙলূপকী লানগী মায়য়োন্দা চপ-চানা চঙশীল্লকখি। প্রোলিটরিয়েটশিংগী অশেংবা নীংতম্বগী লানফমদা মায় পাক্লবগী খোঙফম লৌরকখি। প্রোলিটরিয়ান ইন্টর্নেসনেলিজম অমসুং মসিগী হিষ্টরিক মিসনগী খোঙহৌনি। থেঙলবসু থেঙনা কুনশুবা চহীচাগী তঙ্খায় চনশিল্লকপদা ইরাবতনা লমদমসিদা পাঙ্গলথোক্লা পুশিল্লকখি। শৈশকখি -

"শকউ শকউ জয় জয়/অপূনবগী জয় জয়/

কিগনু অপূনবা/ওইনি জয় ওইনি জয/

মীখা পোনবা ঐখোয়দি/অপূনবনা খুৎলায়নি /

অপূনবা নত্তনা/করি লৈরি থেংননবা .../

মায়কৈ খুদীং কোয়না য়েংঙু/অপূনবনা ওইবি জয়.../"

...

"লৈবাক লৈপাক খুদীংদা মীয়াম্না ওইবি জয/

মুক্তিগী লানফমদা পাইরিনে ফীরাল/

... তারো তারো মুক্তিগী মন্ত্রি

বন্দিগী খোল্লাউনা নিল্লেনে কৈশূমশঙ ...

... মশেল খৎনবদা লূপ্পদুনা

য়াইফবা লাক্লিবা থোঙদা হনখিদরা ।"

কেপিটেলিষ্ট লৈঙাক হৌরকপা মতমদা শিন্নীশিংবু থবক শীজিন্নবগী মতম অসী ওস্থোক্লা শাংলম্মী। নোংমদা পুং তরামরিদগী কুন ফাওবনি। মথা তানা শিনশঙ মপুশিংনা তত্তনা ওৎপিদুনা লাকখি। শিন্নীশিংবু কাহেন্না ওৎপা শিনশঙগী শিনফমদা ওস্থোক্লা ৱানা পাঙ্গল থেক্লা শূ-নোল্লম্মী। শাংলবা মতম শূজ-নোমজরবসু অৱাৎপা-অৱাবতনা শরুক ওই। অদুগুম্বা শিন্নীগী মশক অদু ইরাবতনা মহাক্কী শৈরেংদা ময়েক লানা পুথোকই -

"চীংলেম্বা চীং খেৎনা চৎপা/লৈঙাঙ লম্বী মনাক্তা মী খর/

নুং থুগাইরি 'কেক' 'কেক'-নুংথংনা/ কালেন নুংশা কক থোকপদা।

... অয়ুক্কী নুমিৎ অমা উবদগী/তারমদাইগী অমা উবা ফাওবা /

মখোয়গী নুংথং মখোল লেপ্ত্রী,/ অতিয়াগী অঙাঙবনা ৱাউরকপদা/

মখূৎনা লাইবক্তগী হুমাং তৈথোক্কনি।"

('মখোয়সীনি', ইমাগী পূজা, লাঃ ২২, ২৩)

মসীদা নত্তে কল কারখানাদা মরু কেন্নমখৈ থবক শূরীবা শিন্নীশিংগী কেল্লবা পুক্সীগী মশকশিংসু মহাক্কী শৈবেংদা মতীংথোক্লা ফোঙদোকই। মখোয়গী তুহৎপিরবা নুং-পানগী শক্তমশিং মেগনেফাইং লেনস ফাওনা মহাক্কী শৈরেংগী ক্যানব্যাসতা য়েকই -

"অতিয়া-মৈখু-মচু শঙলে/নুংশাসু মৈখু মচু শঙখ্রে।

থোঙদা মৈখু চুবা মীনা -/মুসুক মূসুক ভূতপ্রেতকুম্না /

চৎথোক চৎশীন তৌরি,/মখোয় লোইনা মৌনিনি।

(মখোয়গী) মৈখু চুবা থবাক্কী হুমাংদা-মশীং উৎলী মথং মথং।

লূখম পক্লবা মীৎতা/য়াল্লি শেগাইবা মৈখু চুবা পা।

মপূক্লা য়াঙ্ তপনপখ্রে;/খূজৈনা তৌরা মওইরে।"

('কারখানা', ইমাগী পূজা, লাঃ ৫১)

চাকথুং-ফিথুংদ্রবা মতম চুপ্পা শিনশঙদা লেনখিবনা কারখানাগী মৈখুনা মশাপূম্বা মচু শঙখ্রবা, শরু পোলাং ওনশীল্লকুবা মীৎনা লুখম পকথ্রবা থবাক্কী শরু পোলাং কাপখৎলবা, চাদবনা মপূক য়াঙ পল্লবা খূজেনা তৌরাগুম্লবা শিল্পীগী মশক অমনা সিম্বল ওইদুনা উৎলীবা অসীমক কেপিটেলিষ্ট এক্সপ্লোইটেসনগী মখাদা ওৎপীরবা খমথেংনা চৈনা ফংলবা শিল্পীগী মশক অদুমদি নুং-পান ফাওনা ময়েক শেংনা উৎলে।

শিল্পীবু কেম্বমখৈ শীজিন্নবা শেঞ্জাও পায়বা শিনশঙ মপূ, মখোয়গী মায়কৈদা লেপ্তুনা ঙাকশেল্লিবা লৈঙাক পথাপকী মাযয়োক্তা শিল্পী মীযাম্মা থেংনদুনা *'নোংমদা পূং নীপাল থবক শূবা, পূং নীপাল হবাও তবাম লেনবা, পূং নীপাল পোখ্খাবা'* হাযবা মীওই পুম্নীগী মহৌশা পূক্লীং ঈহূল, থরায় হকচাং অনীমক্কী থোংমান্নববা পাঙ্গল শক্তিবু নিংথীনা ঙাকশেন্দুনা হিংনবগী অশেংবা মফোঙদোক অসী তরামাপলশুবা চহীচাগী অনীশুবা তঙ্খায চনশিল্লকুবা মতমদগী পাকশন্না শন্দোবকখি। মসিদগী পোক্লকখি মালেমগী শিল্পী মীযামগী থেংনবা অমসুং অচেৎপা লীপুন শাগৎপগী নুমিৎ *'মে ডে'।* নুমিৎ অসীবু গ্রহ শীন-থুংবদা নীংশীংনবকখি। এসিয়া মহাদেশকী লৈমাযদা ইন্দোনেসিযানা ১৯১৭ ঈংদা, ভাবতনা ১৯২৩ দা অদুগা মণিপুরদনা ১৯৩৯ মে নুমিত্তা ইবাবতকী লমজিং মখাদা মে ডেগী থৌবম পাঙথোকখি।

মে ডে পোক্লকখিবা শিল্পী ঈহৌগী খোঙজঙদুদা লুচিংলুবগীদমক ফাঁসী তৌদুনা হাৎপিখ্রবা শিল্পী লুচিংবা স্পাইজনা বিচাব লোযশঙদা থৌনা ফনা মচীন তুম্লবা পূক্লীং ঈনোৎ পীবদুনা হাযখি - "ঐখোযবু থৌবী যান্দুনা হাৎলগা হৌবক্লীবা শিল্পীশিংগী ঈহৌ অসীবু নমথগনি খল্লবা ... অদুগা লৈখা তানা তুহৎপিববা, অবাংবা লৈত-লাযব অমদি অরাবগী মীওৎ-মীচৈ নংলবা মিলিযন-মিলিযননা অবান খুভমগী আশাগা লোযননা হৌবক্লিবা ঈহৌ অসীবু যৈথবা ঙম্লগনি নীংলবা - মসীমক্তা নহাক্কী ব্রাখল ওইববা অদু ওইবর্বাদ ঐখোযবু ফাঁসী তৌদুনা হাৎলু। মসিদা নহাক্কা মৈবীক অমদি মুখুৎখিবা যাই; অদুবু মফম -মফমদা, নঙগী নমাঙ অমসুং নুংদা মাযকৈ শীননা মৈজাও খোন্না হৌবক্কনি। ... নঙনা মসীবু মুখুৎপা ওন্না নুদি থক ওইথোক্লোই। ... নযনা মতোঙনা মহোৎনববা মীয়াম্মা শিবগী নন্দি হেন্না কংখিবদি যাই মবমদি অচুম্বদু লীবম্লবগীদমক চেৎলবা খোঙফমগী ফিবেপ মখোযদা লৈ।" মখাতানা অবোইবা পৃংফম ফাঁসী শগাইথক্তগী লাউবমখি - "ঙসি

নখোয়না যৌবীচবম মেত্তুনা তৃমীন্না লৈহনখিনবা হোৎনবিবসীনা নোংমদি মসিদগী হেন্না শক্তি লৈববা হৌববা খোম্থাং ওইবকখিগনি।" খোম্থাং অদুমক তাল্লবা চীংলমদম মণিপুব যৌবকখি। খোম্থাং অদু পুবদুনা আশাগী মঙাল পীখি -

"কবম্বা কালদা নীংনখ্রবা, / কনাগী মঙদা মঙখ্রবা /

মী লক্ষা লক্ষাগী অপূনবা / অনৌবা দুনিযাগী মুর্ত্তি অমা।

অপূনবগী ওইবা কাবখানা / মৈখু চুবা অৱাউবগী লৈপাক্তা।

('কাবখানা', ইমাগী পূজা লাঃ ৫২)

মতাংসিদা যান্না মযেক শেংনা হায 'অপূনবগী ওইবা কারখানা' শেঞ্জাও পাযবা শিনশঙ মপুশিংনা পোত্থোক উপাই (মিন্স অফ প্রদক্সন) ঙম্নমক মখোযগী লনাই মবল ওইদুনা শেন্দোং তাল্লী, শিল্পীশিংবু ওৎলী, মপাঙ্গল হুমাংমল মৎপিদুনা নৈহৎপি। মসীবৃ মুখৎনবগী অশেংবা লানলোংনি সস্যালিষ্ট বিবোলুসন। লৌমীগী খুত্তা লৌফম, শিনমীগী খুত্তা শিনশঙ, পোত্থোক উপাই খুৎলায খূদীংমক লনাইগী মহুত্তা মীযান্না মপু ওইবদুনি। মসীমক্তি ইবাবতকীসু। মীনায লোইবা যুগতগী হৌদুনা চত্থবক্লিবা মীনা মীবু ওৎপগী মীওৎ-মীনৈ লোইশিন্দুনা মীওইবগী অশেংবা নীংতম্বগী পান্দমদনি মহাক্কী অনৌবা দুনিযা।

সাহিত্য হাযবসীমক পুন্সীগী ইতিং-তিংবা মশক অমা মতৌ তম্বখক্তা নত্তে, পুন্সীবু মশক শেমদুনা হেন্না মপৃংমবৈ ফাববা অনৌবা মাযকৈ অমদা পুবক্লবগী থৌদাং লৌবীবনি। শৈবেং হাযবসীমক পুন্সীগী মশক তাকপনি, পুন্সীবু হোংহল্লক্লবগী পাম্বৈ অমসুনি। হাযনৈ-পৃথিবীগী ফাওববা কবিশিংনা পুন্সী খোঙচৎপু হেন্না চাওখৎপা মাঙলোমদা চৎখৎপা মাযযোন অমদা অহোংবা পুবকপা পাম্মী। মসীনি ইবাবতকী শৈবেং, ইবাবতকী ঈশৈ। অশেংবা মীওইবগী সভ্যতাবৃ লোমনাইদনা ফুগাযনা লৈশাৎ তমহন্নবা পান্দমদনি। শূজ-নোমজবিবা মীযামদা মখোযগী অচেৎপা অপূনবগী লীপূনদা থাজবা থমদুনা অনৌবা যুগ অমগী লম যানবনি। মখোযগী সাহিত্যনি, শৈবেংনি, শৈশক্লি। কবি লৈজদ্রবশিংগী অইন (প্রোলিটবিযান বাইটব) শিংনা মপাঙ্গল থাংদোকচদুনা শূজ-নোমজবিবা মীযামগী ইতিহাসকী পন্থুং (হিষ্টবিক মিসন অফ দ প্রোলিটবিযেট) অসিদ খমথোংনা লেপ্পদনা থম্মী। মদুগী মাযপাক্লব মাযযোন লেপ্পী। মখোযগী মুক্তি অবানখূম্বগীদমক কত্থোকই। লমদমসিদা মসীমক ইবাবতনি। মহাক্কীদি মিসন অমনি। অনৌবা

অনৌবা দুনিয়া অপূনবগী ওইবা কারখানা অমগীদমক্তি। মহাক্না শীজিন্নরিবা থাঙ্গোল লাঙ্গোল নুংথং অসীমক শূজ-নোমজরিবা মীয়ামগী পাঙ্গলগী মমল লেপ্পনি; অঙাঙবা ফীরাল অসীমক মখোয়গী থেংনরকপগী খোঙচত্তা কখোকখিবা ঈগী মচু অদুনি।

য়েংবীগদবাঃ

১। হিজম ইরাবত 'ইমাগী পূজা' ফোঙবা ঃ ইরাবত লাইরিক ফোঙবা লুপ, ইম্ফাল, ১৯৮৭

২। হিজম ইরাবত 'কেপিটালিজম' ফোঙবা ঃ প্রোগ্রেসিব লিটরেচব হাওস, ইম্ফাল, ১৯৮৭

৩। হিজম ইরাবত 'শৈদম শৈরেং' অহুমশুবা খুৎনম, ফোঙবাঃ নহাবোল সাহিত্য প্রেমী সমিতি, ইম্ফাল, ১৯৯৬

***

# ইরাবত অমসুং মহাক্কী ঈশৈনা মীয়ামদা পীবা ইথিল

ঈশৈগী হীরমদা খণ্ডজদে। অদুবু ঈশৈনা থম্মোয়দা য়ৈরকপা ঈথক-ইপোমদগীদি খক নাম্থোকপা ঙমহন্দে। তশেংনমক ঈশৈগী মগুণদি পূম্নমক্লা শীংথানৈ। লাকণ্ডম-ফাঙমদ্রবা অৱা-চৈথেং কয়া খাঙবা ঙমহল্লী, হরাও-তয়াম্বগী নুংঙাইরবা অপেনবগী ঈহূল কয়া হেম্থোইনা মশক থোকহল্লী, পুক্নীং হকচাংবু শুদ্ধত্তুনা য়াকায়হল্লী, কয়াৎ খুদীংদা ঈথক-ইপোক হৌহনবা ঙম্মী। হৌখ্রবগী মপাউ লোমনাইদনা তমদুনা নৌহৌ-নৌহৌননা ময়োল চোংহল্লী, তুংগী আশাগী মউ লিংহল্লী। ঈশৈনা থম্মোয় কয়াবু জয় তৌদুনা অদুগা কয়াবুনা মায়থীবা পীদুনা প্রলয়গী মৈরিদগী কনবা ঙমহল্লী; লানফমদা চোংশিন্দুনা কথোকপা ঙম্বগী ঈনোৎ হাপ্পী, অনৌবা মায়য়োনগী লমজিং মায়কৈ তাকই। থম্মোয়গা থম্মোয়গা ফাওনহন্দুনা অমত্তা ওইবা অপূনবগী চেৎলবা লীপুন্না পূনশিল্লী, মুক্তিগী লানবন্দা থৌনা হাপ্তুনা খোঙফম চেৎনা লেপহনবা ঙম্মী। ভক্তিগী লূরবা অমৃত অমদি শান্তিগী ঈংলবা লাইজ খীকপিদুনা তাইবংদা য়াইফ মঙ্গলগী মশক ওইরবা চঙখোল্লবা মিনুংশিগী মহাও অদু ফংহল্লী।

মীওইবগী সভ্যতা অমসুং পুন্সীগী থাংখাং খুদীংদা ঈশৈনা থৱায় হাপ্তুনা লাক্লি; মশেক মঙাল থোকহল্লক্লি। ঙল্লিঙৈ মীওইবনা মীওইনা হিংনবা পাঙ্গলগী শিল্পা পাঙলকপা অপূনবগী শিনবাঙনবা থৌদাদা তাম্থা নাইরবা শৈহেক্লা চাউরবা মতেং ওইরকখি। তাম্থানা খোঙবু ওইনা পূনশীন্দুনা চঙশীনব, থেংনবা ঙমহল্লী, পাঙ্গল থোকহল্লী। হিংবগী অমদি সভ্যতাগী লাম্থেংদা মথৌ শঙলবা খুৎলায়গী শরূক অমা অদুম্মক ওইরকই। অহানবা ঈশৈগী খোঙহৌদি অপূনবা খোঙবুদগীনি হায়বা য়াই। হায়নৈ - মীওইবগী অৱা নুংঙাই কপ্পা-নোকপা পুন্সীগী খোঙফম খুদীংদা ঈশৈনা থাদোক্লম্বা লৈতে শাগোন্নদুনা কপমীন্নে নোকমীন্নে অৱা-অনা শরূক

য়ামিন্নে, লানফমদা কথোকমিন্নে, মায়পাকপগী উরোং খিনমিন্নে। মদুমক্নি থম্মোয় কয়াবু জয় তৌখিবা, জয় তৌগে খল্লীবা অথোইবশিংনা ঈশৈবু ওস্থোক্লা মমল লৈনা লৌখিবা অমদি মশক থোক্লা শীজিন্নখিবা। মসীদনি ঈশৈ অমসুং ইরাবতকী মরীসু।

ইরাবত ঈশৈগী মমল খঙখি, খঙনা শীজিন্নখি। থোকখিবা থৌদোক, মীওইবগী য়াইফনবা পান্দম, পুন্সীগী অশেংবা লান্থেংদগী মহাক্কী ঈশৈগী ঈহৌরকফম ওইখি। ইরাবতকী পুন্সীগী মতম (১৮৯৬-১৯৫১) অসী কুনশুবা চহীচাগী অহানবা তংখায়নি। মতম অসীমক পৃথিবী, ভাবত অমসুং মণিপুরদা অরা-নুংঙাই থল্লবা ইতিহাসকী শক্লাইরবা থৌদোক কয়া থোকখি। অহানবা অমসুং অনীশুবা পৃথিবীগী লাঞ্জাও (১৯১৪-১৮ অমসুং ১৯৩৯-৪৫), কসকী চাউরবা ওক্টোবর সস্যলিষ্ট রিবোলুসন (১৯১৭), ভারত নীংতম ঈহৌ, চাইনিজ রিবোলুসন (১৯৪৯), অহানবা অমসুং অনীশুবা মণিপুরগী নুপীলান (১৯০৪ অমসুং ১৯৩৯), অসীনচিংবা চাউরবা থৌদোকশিং থোকখিবা মতমনি।

মে ডে (মে নুমিৎ মে ১) পোক্লক্লুনা (১৮৮৬) পৃথিবী শিন্মী মীয়াম তাশীন-খোমজিল্লকপগী মখাতানা মালেম শীন্না চথবকখিবা ঈহৌ অমদি লৈবাক কয়াদা মায়পাকপগী খুদম উৎপা হৌনরকখিবা মতমগী তাংকক্নি। পূন্নমকসি ইবাবত খোয়জঙনা খোয়দানা য়েংখি, খঙখি, মমল লৈনা লৌখি। তাইবংপানসিদা পীক্লবা লমদমদগী চাউববা মালেম শীনবদা থোক্লীবা অনৌবা থোইদোকপা থৌদোক-থৌদৌ খুদীংমক্লা অইবশিংগী থম্মোয়বু চিংশিল্লী হায়বসীমদি ঙম্নমক্লা খঙনৈ। মসীমক্লা মাঙলমচত্তা ফংখিদ্রিব আধ্যাত্মিক অমসুং ইস্টেটিক ভেল্যুশিং নৌহৌননা পুথোক্লুনা হেন্না মশক থোকহল্লী। ইরাবতকীসু অনৌবা যুগ অনৌবা দুনিয়া অনৌবা মণিপুর অনৌবা লৈবাক শেম্বনি, অনৌবা সভ্যতাগী অনৌবা মায়য়োন্দনি।

পুন্সীদি ওস্থোক্লা নুংশি - কায়নবনি, পিদোল্লকখিবনি, থবক্নি, থেংনবনি, কথোকপনি। থম্মোয়দি - অখাঙ কনবনি, মিনুংশিনি, তোল্ল-তারবশিংগী অরান খুবমগীদমক লানফমদা মৈ ঈকপনি, থাদোকপা অমসুং কথোকপগী মৈরিনি। লৈত-লায়র ইমুংদা অহানবা তাইবং ফাওরকপা (১৮৯৬ সেপ্তেম্বর ৩০) ইকান-কান্নদনা অপোকপা (হিজম ইবুংঙোহল) লৈখিদে। পোকফম পিশুমথোং ওইনাম লৈকায থাদোক্লুনা অপোকপীনা (চোংথাম চনু থম্বালঙানবী) ইরাবতকী মনেইবেম্মা (শৌগাইজম ওঙবী ইবেতোন) গী নাক মোইবাংখোম শৌগাইজমদা পুদুনা য়োকখি।

কুইবমদে অপোকপীসু তাইবংপান থাদোকখি। মনেগী নাক্তা চাউবকখি, মহৈ তম্লকখি। জোনষ্টোন স্কুলদা ক্লাস সেবেন তম্লবা মতুং মনেগী মচাইবুংঙোগী মহৈতম্বা মতুংইন্দুনা ধাকাদা ক্লাস নাইন ফাওবা তমখি। হম্লকপদদি ৱাংখৈ নিংথেম পুখ্রীমপান মাইবম শমদেনগীদা লৈখি। মসীনি পুক্সীনা হৌবকপগী লীনবিবা ৱাবী।

সাহিত্য-ড্রামা, কলা-সংস্কৃতি, শান্ন-খোৎনবা, সমাজ সংস্কাব বাজনীতিগী য়াৱোল পূম্নমক্তা মাওজীল থানা লুচিংখি। লমদমসিদা অহানবা মৈতৈলোনগী চেফোঙ *মৈতৈ চনু* পুথোকখি (১৯২২), টেক্সবুক *শৈদম শৈবেং* ইখি (১৯২৯), অহানবা সাহিত্যগী লূপ *সাহিত্য সম্মেলনি* (ঙসিগী মণিপুবী সাহিত্য পবিষদ) লিংখৎখি (১৯৩৫) জেনেবেল সেক্রেটবি ফাওবা ওইবকখি। শান্ন-খোৎনবগী মাযকৈদা *ইম্ফাল টাউন ক্লব (১৯২২), ক্রিকেট ক্লব (১৯২৭)* লিংখৎপদা শব্দক যাবকখি, অফবা শান্নবোইস্ ওইবকখি। মৈতৈ মচাশিংগী অহানবা ড্রামা খোঙবু *মণিপুব ড্রমাতিক যুনিযন (১৯৩০)* লিংখৎমিন্নবকখি। বাংলা লীলাশিং কযাদা নত্তনা ইহান হানবা মপূং ফাববা মণিপুবী (মৈতৈলেন) ড্রামা *নবসিংহ* (অইবা লাইবেনমযুম ইবুংঙোহল (১৯২৫) লীলাদা কুমুদ, অহানবা সামাজিক লীলা *অবেপ্পা মকপ* (অইবা শোবোকখাইবম ললিত) ড্রামাদা নাযক চনদ্রসিংগী শক্তম লাংদুনা কাউঙমদ্রবা অভিনযগী ৱাবী থম্নমখি। তোপ-তোপ্পা থোইদোকপা মগুণ খঙবদগী মতমদুগী নিংথৌগী মযাম্বুংতোনগী মচাইবেম্মা খোমদোনসনা থাজখি, সদব পঞ্চায় মেম্ববগী ফম পীখি। মমাকহবুংঙো অমসুং মেম্ববগী ফম ওইদুনসু মীযামগী মীচঙদা, অচুম্বগী মাযকৈদা অদুম্মক লেপখি। মণিপুবী জাতিগী অপূনবা অচেৎপা লীপূন শাগৎলকখিবা অহানবা মীযামগী লূপ 'নিখিল হিন্দু মণিপুবী মহাসভা' লিংখত্তুনা (১৯৩৪) জাতি অসীগী অনৌবা মশক শেমগৎনবা হোৎনবকখি। নিংথৌ অমসুং লোইমপুগী শূপ্নম লৈঙাক লোইশিন্দুনা মীযাম্না খনজবা মীযামগী মীহুৎনা লৈঙাকচবা লৈঙাকলোনগী খোল্লাউ পুখৎলি হায়বদগী মহাসভা অসীবু বাজনীতি দল ওইবে (১৯৩৮ চীংঙা মীফম, নিখিল মণিপুবী মহাসভা কৌখিবা) মসিদা সবকাবগী অমসুং সবকাবনা মতেং পীবা স্কুলশিংদা থবক তৌবা মীওইশিং যাওবা যাবোই হাযবকপা, কযা অমা মহাসভা থাদোক্লগ্রবা, ইবাবত অমসুং এলাংবম তোমপোক অনীদি সবকাবগী ফমশিং থাদোকখি। মীযামগীদমক পাঙ্গল থোক্লা মহাসভাবু পুখৎখি। ইবাবতকীদি বাজনীতি, সমাজ শেন্থুম সংস্কৃতি পূম্নমক্কী মীৎযেং, পান্দম মীযামগী মাযকৈদনি; মীযামগী যাইফ-নুংঙাই যাবোলগী মাযযোন্দনি।

ইরাবত শৈশকপনি, শৈরাংবনি, কবিনি। ১৯৩০ চহীশিংগী মতম মতমদুগী অমাং-অশেংগী কল্লবা চৎনবীনা মাংঙে হায়দুনা ঈস্থোকপিরবা পোৎলোইবা য়াহনবীদ্রবা কয়া চঙদুনা লোয়নখি, পোৎলোয়খি, মশামক ঈশৈ শক্তুনা, ঈশৈফাওবা হন্দুনা শ্রাদ্ধ শোনখি হায়বগী থৌদোকশিং লৈরি। শৈরেংখি, শৈরেং লাইরিক ইখি - *শৈদম শৈরেং, ইমাগী পূজা (১৯৪১-৪২)*। মসীমক্লা ঈশৈদা পুক্লীং থমখি হায়বসি ময়েক শেংই। ওৎপিরবা মীয়াম কাণ্ডলূপকী জ্ঞান, অপূনবা খোঙবু, অরান খুবমগী বিপ্লব শাগৎনবা পান্দমদা হোৎনখি, কখোকখি। লমদমসিদা মসীগী কাণ্ডলূপ লৌমী মীয়াম তাশীন-খোমজিনখি। অহানবা লৌমী লূপ *কৃষি সম্মেলনি* শেমখি (১৯৩৬)। হক তানখি, বিপ্লবকী থৌনা পীখি, মালেমদা তোপ-তোপ্পা মশেক নাইরিবা ১৯৩৯ নুপীলান লুচিংলুবগীদমক ফাদুনা জেলদা থমখি। চহী অহুমগী মিয়াদ পীদুনা শিলেট জেল ফাওবদা থাখি। মদুমক্তি ইবাবতকী পুন্সীদা অনৌবা মায়য়োনগী লংলবা তাংকক অমা ওইখি। শিলেট জেলদগী করি লৈজদ্রবা ওৎপিরবা মীয়াম কাণ্ডলূপকী অরান খুবমগীদমক লেপ্লীবা মার্ক্সিজম-লেনিনিজমগী নীতিদা খোঙফম চেৎনা থাজবা থমদুনা মসীগী খোঙবু ওইবকখি। নীতি অসীগী মখাদা মীনা মীবু ওৎপা মীওৎ মখল খুদীং লোইশিন্দুনা মান্ননা-নুংঙাইমিন্নবা নুংশি-চান্ন তেঙবাঙননা তঙদু-লৈতা হিংমিন্নবা খুন্নাই লীচং পান্দমদা শাগৎলকখিবা সোবিয়েট সমাজদা খোয়জঙনা য়েংখি। মসীগী নীতি অমসুং বিপ্লবপু মায়পাক্লা পুখৎলকখিবা মহাপুরুষ লেনিনগী থৌদাং থোইদোক্লা খোয়দাখি। জেলদগী থাদোক্লবা (মার্চ ১৯৪৩) মতুং পোক্লফম মণিপুর চঙহন্দবদগী কাছার লমদমদা লৈদুনা সুবমা তম্পাকী লৌমী মীয়াম শাগৎখি, লুচিংখি, আন্দোলন হৌখি। মদুদসু ঈশৈনা অকনবা ঈনোৎ হাপখি। *স্বদেশী গানের দল* নীংতম শৈশকলুপ শেমদুনা বিপ্লবীক শৈরোল কয়া পুথোকখি, বিপ্লবকী অনৌবা খোম্থাং য়ৈহনখি। ভারত লৌমী মীয়ামগী চাউরবা *নেত্রকোনা* মীফমদা ইরাবত মশামক মৈতৈ লৌমী ফিজেত্তা খুত্তা ফৌ চরোং পায়দুনা লৌমীগী জগোই শাখি। অসীগুম্বা পুন্সীগী খোঙচৎ মীৎয়েং পান্দম কয়া অসীনা মহাক্কী ঈশৈগী শিয়োমনি। পুন্সীদা থেংনখিবা কয়ানি মহাক্কী ঈশৈগী কয়াৎ। ওৎপিরবা মীয়ামগী ঈরিক্তগী শাগৎপনি। অদুবু পুন্সীদি বিপ্লবনি থেংনবনি কায়নবনি। কায়নখি অপোকপী, পোক্লফম ইমা, মখোয়গীদমক কখোকচখিবা মরমদম লৌমী মীয়াম, নুপী মীয়াম, মবৈবাকচা পূম্নমক। অরোইবা য়াহিপ তানখি তাম্লবা মীরম বর্মাগী অঙ্গো চীংখোঙ খৃষ্টকুম *১৯৫১ সেপ্তেম্বর, কুনতরুক!* নিঙমখিদে!

ইবাবতকী ঈশৈনা মীয়ামদা পীবা ইথিলগী মীক্রম য়েংলুববদি মীনায লোইবা খুন্নাই লোনচৎ হৌবকপদগী মীওই খুজোক খবনা মপাঙ্গল থাংদোক্লুনা মপু শাদুনা লীশাংশীৎনা ওৎপীদুনা লাক্লবা, মখোযগী মপাঙ্গলগী শূজ- নোমজ মহয়না মীওইবগী সভ্যতা পুবক্লিবা, মশাগী হক হুমাংমলগী মহয় ফংজদ্রবা, মীয়াম পূম্বগী অবান-খুভম-ঈহৌ-য়াকায়বোল শৈশকশিংগী পবীং নীংশীংফম থোকই। ফ্রেঞ্চ বিবোলুসন (১৭৮৯) মতমগী মীয়াম যাকাযবোল শৈশক, খৃষ্ট কুমশীং ১৮৩০ অমসুং ১৮৪০ চহীশিংদা হৌবকখিবা মালেম শীনবদা ওৎপীববা কাঙলুপকী অনৌবা জ্ঞান পীখিবা ইংলেণ্ডগী চার্টিষ্ট ঈহৌ মতম থোমাস হুড্কী ঈশৈশিং, থোইদোক্লা 'বৃটেনিযজ সন্স ডো স্লেব্স যুবি/ গোড্ য়োব ক্রিযেটেব মেড্ যু ফ্রী/ টু অল্ লাইফ্ এন্দ ফ্রীডম গেব্/ বট্ নেবব, নেবব মেড্ অ স্লেব্...' সমাজ অমসুং বাজনীতিগী হক তাল্লকখিবা শিল্পী, মীযামগী থম্মোয়দা যৈদুনা যাকাযহনখি, অনৌবা যাৱোলগী অনৌবা থৌনা পীখি। শিল্পী মীযামগী সাহিত্য

৫৫

থোইদোকপা অমনা পৃথিবী শূজ নোমজবিবা মীযামগী ঈহৌদা অহানবা মাযপাকপগী উবোং খিল্লমখিবা পেবিস কম্যুন (১৮৭১) অসীনি । মসিনা প্রোলিটবিযেটশিংগী নীংতম্বগী ঈহৌ অসীমক বাজনীতি শক্তি তঙায়ফদে হাযবদু মযেক শেংনা তাক্লকখি। মতমদুগী শৈবেংবা কবিশিংনা মালেম মীযামগী সাহিত্যদা খুন্নাই যাৱোল পুবক্লবা যাৱোল ঈহৌগী ব্রাখল্লোন পাউজেল পুবা ঈশৈ শৈবেংশিং পুথোক্লুনা অনৌবা খুদোল তল্লমখি। বিপ্লবকী অচেৎপা লীপুনগী ইথিল পীবা ঈশৈগী ঈনোৎনা মীযামগী থম্মোয যাকাযহনখি, নীংহন্নবা চোকথবা নাইদনা থেংনবা ওস্বগী থৌনা পীখি। মতমদুগী পেবিস কম্যুন ঈহৌদা চাউনা থৌদাং লৌখিবা শিল্পী কবি Eugene Pottier (১৮১৬-১৮৮৭) গী ঈশৈশিং কল্লবা ঈথক ইপোমগা লোযননা থম্মোয কযাদা আশা-থৌনা পীবখি। মহাক্কী অহানবা ঈশৈদি লোং লিব লিবর্টি (১৮৪৮) নি। মহাক লাযববা ঈমুংদা পোকখি, লাযবনা লেনখি, প্রোটিবিযেট্ ওইখি। কম্যুনগী মশক নাইবা মেস্ববনি। কম্যুন কাযখ্রবা মতুং ইংলেণ্ডদা চৎখি, খুন্নাই যাৱোল ঈশৈ ভোল্যুম অনী ফোঙখি। কম্যুন তুখিবা (১৮৭১ মে) হেক মতুং জূনদা মালেম শীনবা শিল্পী মীযামগী যাকাযবোল ঈশৈ ওইবিবা *'ইন্টর্নেসন্যাল'* - 'হৌগৎলো লাম্বনা তৎলবা বন্দীশিং ...' ইখি। পোট্টবগী ঈশৈশিংদি কেপিটেলিষ্টকী চৈথেং, শূজ-নোমজবিবা মীযামগী অবা চৈনাখোল,

ওৎপী নৈবীবা, অমদি শোয়দনা মায় পাক্লগদবা মখোয়গী পম্বুংগী লম্বীদা চপচানা থাজবা পীবা অসীনি। মীক্লম অসিদনি ইরাবতকী ঈশৈ। পূন্সীসু ওম্থোক্লা মান্নে পোট্টর ব্রানা নংনা লায়রনা শিখি, অদুবু মহাক্কী ঈশৈগী শাফূদি মালেম শীনবদা য়েহৌরি।

লমদমসিদা ইরাবতসু শকখি, শকমীন্নখি 'শকউ শকউ জয় জয়। অপূনবগী জয় জয়। কিগনু অপূনবা। ওইনি জয় ওইনি জয়। মীখা পোনবা ঐখোয়দি। অপূনবনা খুৎলায়নি। অপূনবা নত্তনা। করি লৈরি থেংননবা।' পুন্সীগা হাকথেংনরকই। মদুসু নাইতোম নত্তে অপূনবনি। বৈষ্ণব কীর্তনগী শৈবোল শৈশক্তা লুপচরবা মণিপুরীশিংদা বিপ্লব কীর্তনগী মহাও তংহন্নবা হোৎনখি, তংহনখি। 'জয় জয় রাধে। গোবিন্দ রাধে' রাধা গোবিন্দগী জয়গী খোম্থাংলক্তা অপূনবা মীয়ামগী জয়গী খোম্থাং পুশিন্দুনা মায়াগী তাইবংদগী পুন্সীগী অশেংবা তাইবংদা মায়য়োন লেপ্পক্লবা হোৎনখি। কবি লৈজদ্রবা মীয়ামগী চেৎলবা খুৎলায়নি, ওৎপীরবশিংগী নীংতম লানজং ঈনোৎনি। লমদমসিদা খুৎমাবনি, লেফ্ট কলচবেল মুবমেন্টকী শরূক অমনি। তশেংনমক ইরাবতকী অহিংবা অশেংবা পুন্সীগী মশক অমদি মহাক্কী ঈশৈশিংগা লোয়নদুনা লৈ। মহাক্কী অনীংবা অপাম্বা থৌনা ফিরেপ পান্দম খুদীংমক মহাক্কী ঈশৈদা য়াওরী। শাফূ লৈ, মযেক শেংই, তুংগী মায়পাকপগী লম্বী তবং-তরংনা তাকই। ওৎপিরবশিং তাশীন-খোমজিল্লকই, কাঙলূপকী জ্ঞান (ক্লাস কন্সসনেস) পীনবা হোৎনরকই, লম যাল্লকই - 'চৎলো চৎসী ইচিন-ইনাওশ।/ লৌমীগী লৈবাক শেম্লুসী/ইখুত্তা থাঙ্গোল লেংবান্দা লাংগোল/ নীংজবা মন্ধ হুল্লুসি। ঐখোয় ইচিন-ইনাওনি / ইমা অমত্তনা পোকপনি/ হিন্দু-মুস্লিম চীং-তম/ ঐখোয় মশেল পূল্লসী'। মহাক্কীদি জাৎ বিজাৎ চীং-তম তোখাই নত্তে, লৌমীদি কাঙলূপ অমত্তগী ইচিন-ইনাওনি ... যবা কাঙলূপকী জ্ঞান অদুনি। লীশাং শীৎনা ওৎপীদুনা লাক্লবা মীয়ামগী অশেংবা নীংতম্বগী মশক্তুনি। হেন্না থৌনা হাপ্লকই -'হাইগৎসি ব্রাংনা ফীরাল্সি ভাঙলবা/লায়রবশিংগী ঈনা/ ভাঙখিবা মালেম কনাগী ঈনো/ লায়ববশিংগী মায় ভাকপদা/ লেনিনবা কসতা লান ঙমদুনা/ জগৎতা পুরকপা কনাগী ... / লায়ববশিংগী ঈনা'। লাযববশিংগী ঈগী মমল লেপ্পুনা মায়পাকপগী মপাউ তম্মী। ...সকী ওক্টোবর বিপ্লব তরাম্না ওকই। কবিগুরু টেগোরসু ওকখি, হিন্দী উপন্যাসকী নিংথৌরেল প্রেমচন্দসু ওকখি, পৃথিবীগী অথোইবা, মীওইবগী অশেংবা নীংতম্বা পামজবা কবি পূম্নমক্লা খোয়দানা লৌশীনখি।

ইরাবত ওৎপিরবশিংগী নীংতম্ববু হেন্না ঈখৌ লাংলকই ঙাইঙল্লক্তে - 'অহীং হৌখরে/হৌগৎলো লৌমী/ নুমিৎ থেঙখরে/লৈবাক লৈবাক্তা হৌখ্রে লৌমী/ নঙদি তূমদুনা লৈরে থৌশাদনা/খঙদ্রবরা মাঙলীবসে/ করম্বা নরম্নো?' লোইলম, নিংথৌ লৈঙাক, লৌয়াম মপুগী মীওৎ, শূজ-নোমজরিবশিংগী পুক্নী অমদি মীওইবা সভ্যতাগী খোঙচত্তা থাঙ্গোল-লাংগোন্না লৌরী থৌদাং, মীয়ামগী পাঙ্গলতনা শেমগৎচরকপা সভ্যতাগী মমল, অশেংবা মুক্তিগী পান্দম, পূম্নমক শেংনা তাক্লকই। অনৌবা তাইবংগী অনৌবা পাউনি। মীওৎপা অমসুং ওৎপীরবা কাঙলূপ (এক্সপ্লোইটর এণ্ড এক্সপ্লোইটেড্ ক্লাস্যস) লাইখায় তানা মশক শেংহন্নবা হোৎনৈ। ওৎপীরবশিং চেকশীলহল্লি 'চেকশীল্লু হায়! চেকশীল্লু হায় ফৌদো/ থাঙ্গোল অদু ময়া থাংভু/ লৌমীগী থব্রায় লৌমীগী মায়/অমুক য়োল্লরোই অমুক য়োল্লরোই/ঈনা শুম্বা ফৌসে /'খোয়গী থব্রায়নি ...। খঙলে নশক খঙলেদো/ উরে নতৌ-উরেদো/ খুগ্রাং তোংবনা নোম্লগা/ খোঙউপ তোংবনা চাবনি।' তশেংবা মরল, তোম্থ-নোনজবগী তুকথবা কোক্নুনা অশেংবা মপুগী হক খঙহল্লী। তকশীনবা লেপ্তে - 'লৌসু লিংঙি ফৌসু খাওই/ থাঙ্গোলনা মরূপনি / ময়া থাংভু থৌনা থাংভু/ থাংভু তোয়না তোয়না ।... থাঙ্গোল লাংগোল ষণপোৎ ষণ/ লৌমীনা মপুনি।' অমুকসু মখা তাই - 'থাঙ্গোল অদু ময়া থাংভু থৌনা/ হে লৌউবা ।... লৌখাও মতম ওইবগা/খাওনি সনা ফৌ / মীনায় য়োৎহিলং কোক্কনি/ সনা লৈবাক ইমাগী।... একটানা চিনগী মীনা পাঙ্গল কনখরে/চহী নিপাল জপানবু/মকোক মমৈ খঙহন্দে।' নুংগী মপাউ শাফু কল্লী। থাংগদৌরিবা থাঙ্গোল ময়া, লোক্কদৌবিবা সনা ফৌ, কোক্কদৌরিবা মীনায় য়োৎহিলং নুংগী ব্রাহম্বোক ওম্বোক্লা হকই। লোইচন্দুনা লৈবাক জাতি কয়া নমথরম্বা লোইমপুশিং মীনায় ওইরম্বা কযাগী অপূনবগী শক্তিনা মাযথীবা পীখিবগী থৌনাদুনি। ওৎপিরবশিংগী মফমদা ঈশৈ অসীগী শাফূ, মসীগী ব্রাহম্বোক্কী মমল য়াম্মী। বিদ্রোহী কবি নজরুল ইস্লামসু শকখি- 'মালেমগী লৌমী মীয়াম/খোমলেন মীকপ থোক্লো/ লাংগোল খুৎপায় চেৎশীল্লো।' বেঙ্গলগী খুনজাশিংদা অকনবা খোম্থাং য়ৈখি। খুবাম চেৎনা পায়খি। ভারতকী তুহৎপিরবশিংদা অনৌবা থৌনা হাপখি।

ইরাবত ক্লাস ষ্ট্রগলগী ফোর্ম অহুম্মক মফম মতম তানজা চানা শীজিন্নখি। রাজনীতি শক্তিগী তঙায়ফদবা খঙনা রাজনীতিগী লানফমদা চঙই। রাজনীতিগী লানফমদা শাগোন্নরিবা ব্রাখল্লোনগী লানজঙদা ঈশৈ খুৎলায় অমা ওইনা শীজিন্নখি।

১৯৪৮ মণিপুরগী অহানবা এসেমব্লি মীখন্দা মশামক উৎলৌ কেন্দ্রদা লেপখি। মহাক্কীদি মতম পূম্নমক্তা লৌমী শিগ্মী ওৎপীরবা মীয়ামগী মায়কৈদনি। শকখি - 'মীশক খঙনা ভোট পীয়ুনে/ লাক্লে ঙসী মীরেপ মীখল/... লৌমী খুনীংকায় লৌমী লুব্রাওবা/হায়রম্বা কাঙবুদো/ভোটকী মতম লাক্লবদা/লৌমীদা মরূপ শাররে।' ইরাবত মহাক্লা পুখৎচরিবা মীয়াম্বু নুংশিজৈ, মখোয়গী য়েক্লববু তুক্কচৈ তাথীনা লৌই। মখোয়গী ইতিহাস মখোয়গী মুক্তিগীদমক থেংনখি। ১৯৩৯ নুপীলানগী ইতিহাস মশক থোক্লা পুখৎনবা হোৎনখি। শীংথাখি- 'নখোয় লাউ য়েংহৌরো লাউনে/নুপী কয়া লান্দা চঙলীদো/চাঁদবিবী দুর্গা পদ্মিনী/লক্ষ্মীবাই ঝাঁসি রাণী/ লৌমীগী য়ূমদা মখোয়গুম্বী/লীশীং লখা পোক্লিদো/... শেনজাও পায়বগী তমথীবা নীতিনা/মুনখরে ঐখোয়গী শেৎন-চানবা/নুপী লান্দা নুপী কয়া/ থব্রায় কৎখিদো।' তুহৎপিদুনতা লাক্লবী নুপী মীযামগী মুক্তিগী মপাউনি। অনৌবা খোম্থাংনি। অরাংবা থাককী ইকাই খুম্নরিবী মহাবাণী, নিংথৌকোলগী শক্লাইববী মখোয়দুখক্তগী ইতিহাস নত্তে। মীচম খুনজা লৌমীলক্তগী পোক্লকখিবী থৌনা ফববী লীশীং লখা কয়াদুগী মফম কল্লকপনি। মখোযগী ইতিহাসনি। মখোয়গী অবান খুবমগী লম য়াল্লকপনি। নুপীগী মমলবু নেথরিবা শেঞ্জাও লৈঙাকপু শীংনরকপনি। শোন্থু-ব্রাখল থাদোক্কুনা নুপী মীয়াম থৌনা লৈনা থেংননবগী মপাউনি, অশেংবা মুক্তিগী মঙালনি।

তশেংনমক ইরাবতকী ঈশৈ মীয়ামগীনি, ওৎপী তুহৎপিরবশিংগীনি। মখোয়দা থৌনা পীবনি, অচুম্বগী লিংজেল পালহনবনি। অরানবা তৌবশিংগী মায়য়োক্তা লৈবা পাঙ্গল থোক্লবা খুৎলায়নি। মীওৎলিবশিং অমদি সমাজগী অরানবা তৌবা পূম্নমক্কী মায়য়োক্তনি। মহাক্কী ঈশৈদি অপূনবগীনি, থৌনা পীবনি, মায়পাকপগী লম্বী তাকপনি, মীওৎপশিংদা খক ঙক নোনজদবনি। ওৎপিরবশিংগী মুক্তিগী মন্ত্রনি। মীওইবগী অশেংবা নীংতমবা অমগী য়াকায়রোম্নি - 'হৌরো অব্রাবা অহীংগী অমম্বা কোক্কুনা/স্বাধীনতা নুমিৎ থোরক্লে মাঙদা। লানবাউ অসীনি। 'শকউ শকউ জয় জয়/অপূনবগী জয়' পাউজেল অসীনি। ওৎপিরবশিংনা অরানখুবম ফংদুনা নুংশি চান্ন-চিন্না তেঙবাঙননা মরূপ মপাঙ মীনা মীবু ওৎপা মীওৎ-মীনৈ খুদীংমক লোইশিন্দুনা শান্তি ওইনা নীংতম্না হিংমিন্নবা *'অনৌবা যুগ' 'অনৌবা দুনিয়া'* অনৌবা খুন্নাই অমগী পান্দমনি। মসীগী ইথিলনি। হৌজিক্তি মীকপ থোকপগী মতমনি । হৌজিক্তি অপূনবগী মতমনি।

***

# মণিপুরগী অপূনবা শক্তম কনবদা ইরাবত

মণিপুব চীং-তমগী অপূনবা শক্তমগী ৱাফম অসী চহী খবসিদা অমুক্কা হেন্না মকুওইবক্লি। মপূং ওইবদি চীংগী লমদম খবা যুমথংনবা নাগালেন্দ ষ্টেটতা তিনশিননীংবা নত্ৰগা অৱাং-নোংপোক লমদমশিংগী নাগা তাবা লমশিং পূনশীন্নদুনা নাগা লমদম অমা শেম্বা পাম্নগী ঈহূল অমসুং ঈহৌ লাকখিবা অমদি মদুগী মখাতাবা থৌৰোং খবদগীনি। ১৯৯৭ তা ভাবত সবকাবগা এন এস সী এন (আই এম) গা শান্তিগী ৱাবী শানবা হৌবকখিবদগী এন এস সী এননা পাম্লিবা নাগা লমদমগী ৱাফমদা চৎখ্ৰগদবা হাযবদগী তম্পাকলমদমদা মীযাম হৌদুনা মণিপুবগী অপূনবা শক্তম কাযহনবা যাবোই হাযবা ঈহৌ লাকখিবদগী অমুক্কসু কনশীল্লকখি। মখা তানা ২০০১ জুন ১৪ দা বেঙ্কোক্তা ভাবত সবকাব অমসুং এন এস সী এন (আই এম) মীহুৎশিং ৱাবী শানদুনা যান-চেবোল সহী তৌনবকপদা সিজ ফাযবগী অকক্লবা লমখৈ থমদবা হাযবা ৱাফম যাওবকপদগী মীয়াম হৌবক্লনা মিলিনিযম অসীগী অহৌবদা ঙমখৈ ৱাথোক্কী চাউববা জুন ১৮ গী থৌদোক লৈখ্রে। হৌজিকসু মসীগী নুংনাংবদুনি।

মতাং অসিদা তঙাযফবক্লিবদি মণিপুবগী চীংলমদমদা খুন্দাবিবা চীংমীশিংগী মবক্তগী শাংলবা মাঙলমচৎকী মতমদগী পূনমীন্নবক্লিবা মণিপুবগী অপূনবদা যাওনীংলক্লিবগী ঈহূল ফাওবক্লিবসী কবিদগীনো অমদি অপূনবা অমত্তা ওইবগী লৈচীংদা মখাতানা পূনমীন্ননা চান্ন-চিন্ননা কবম্না লৈমিন্নগদগে হাযবা ৱাফমসীনি। তোখাইনীংলকপগী ঈহূল ফাওবকখিবগী মতাংদা পীনবিবা ৱাফম খবদি -ফ্যুড্যাল অমসুং কোলোনিযেল ডোমিনেসনগী মতমদা পীবম্না চৈথেং অমসুং কাম্লম্না হূগী পেন্দবা খোযশাওনবা অমসুং খাইবুং-খাইবুংনহনবগী মহূ কোক্তবা, (২) ত্ৰাইবেলশিংগী মাযযোক্তা যেংবা সমাজগী তাথী তাৰোইবা মানবা

মীৎয়েংশিং, (৩) কেপিটেলিষ্ট সিষ্টমগী থোংমান্নদবা খুৎচাওখৎকী মওং, (৪) শেমগৎ-শাগৎপগী মতাংদা থওইদবা, (৫) লালহৌবগী ঈরাং, (৬) নাগা নেসনেলিজমগী ঈহূল অমসুং নাগা নেসনহুডকী ৱাফম, অসীনচিংবনি। ফীবম অসিদা জননেতা হিজম ইরাবতনা মহাক্কী পুন্সীগী মতমদা লৌরম্বা থৌদাং করি লৈখি, মণিপুরগী অপূনবা কন্নবদা মহাক্কী ৱাখল্লোন, পান্দম অমসুং থবক করিনো, মদুবু নিংশীংদুনা মখা তানা পুথবগী তঙায়ফদবনা করিদগীনো হায়বসী নৈনবা তারিবনি।

ইবাবতকী মতমদসু মণিপুবগী অপূনবা শক্তমদা শোকহল্লকপা য়াবা মতাংশিং লৈখি। মদুদা মহাক চপচানা শরূক যাদুনা লমজিংদুনা শান্তাইননবা অমসুং শোকহনবা কায়হনবা য়ারোই হাযবগী ঈহৌশিং পুখত্তুনা থেংনখি। শিলেট জেলদগী থাদোক্লবসু মণিপুর চঙহন্দনা কাছারদা লৈরকখিবা মদুদগী চঙবা য়াবগা মণিপুরদা থীন্থদনা হল্লকখি। হল্লকপগা লমদম অসীগী, মীয়ামগী অমদি অপূনবা জাতিগী মশক চেৎশীন্না পুখৎনবগী থবকশিংদা লমজিংখি। ১৯৪৬ এপ্রিল ৫ দা ৱাংখে অয়াঙপল্লিদা ফম্বা মণিপুর প্রজা মণ্ডল অমসুং নিখিল মণিপুরী মহাসভা অনীগী অপূনবা মীফমদা মতমদুদা ওইরক্লিবা লৈবাক্কী শক্তম লেঙদনা থম্মবা অমদি অরাং-নোংপোক ঙমখে লমদমশিং পুনশীন্নদুনা ষ্টেট অমা শেম্বা হায়বদুদা য়াদবগী ৱারেপশিং লৌখি। ১৯৪৭ তসু কোহিমাগী নাগা পরিষদনা মণিপুরগী ঙমখৈদা লৈবা মাও, উখ্রুলগী শরূক্লচিংবগী লমশিং নাগা জাতিগী মনুং চলহন্নবা মহারাজদা হায়জবা চে থাখ্রে, নাগা জাতিগী লম চহী তরাগী মতুংদা মনীংতম্বা য়াহন্দ্রবদি ডিসেম্বর ৬ কী মতুংদগী ভারত্তগী তোপ্না লৈবগনি হায়বা ৱাকৎচে ভারত সরকাবদা পীশিনখ্রে হাযবগী মতাংদা ১৯৪৭ 'অনৌবা যুগ' কী ৩৩শুবা মশীংদা ইরাবতনা মমুৎ তানা ফোঙদোকখি। ভারত্তগী তোখাইনীংবগী ৱাফম থোবক্লিবসী ভাবত অমসুং মহাক্কী নেতাশিংনা থব্রোইবীদবদগী থোক্লকপনি। কবিগুম্বা তোখাইখিবা তারবদি মফমসিদা বৃটিশ অমসুং আমেরিকাগী তৃংফম ওইখিগনি। মসীনা চীং-তম চান্ননা পূন্না লৈমিন্নবগী নুংঙাইবা মাঙখিগনি। মসীদা ভাবত অমদি আসাম সরকারনা খুৎ থিংজিন্নবা ইম্পরিয়েলিষ্টকী তোখাই-তোখাইনহন্নবগী থৌশীল মায় পাকহন্দনবা হোৎনবীয়ু হায়খি। থম্মোয়গী ওইবা শেংলবা মহাক্কী ৱাখল্লোন অমদি পান্দম অদু অসুন্না ফোঙদোকখি - 'নাগা হিলনা কবিগুম্বা তোপখিবা তারবদি চীং লৈবাক্তা মদুগী ঈরাং অমা লাকপা য়াই। মসীমক থোক্কনি হায়বা ঐখোয়না থাজদে করিগুম্বা

থোক্লবদি মণিপুবগী অর্থনীতি অমসুং বাজনীতি মায়কৈ অনীদা অকনবা চৈফ্ অমা লাক্লনি। অসুন্না লাক্লবদা মদুনা মণিপুবতগী ওইগদবা নত্তে, নাগা হিল অমসুং নাগা হিলদা তিন্নবা দাবী তৌবিবা মণিপুবগী চীং লৈবাক্কী লমসুনি। অবস্থা অসিদা ঐখোয়না হায়জনীংই, শ্রীযুৎ মহাবাজনা থুনা দায়িত্বশীল শাসন পীবীয়ু। দাযিত্বশীল শাসনগী দাবী অসী প্রজা খবতগী দাবী নত্তে মণিপুরগী চীং-তম প্রজা অপূম্বগী দাবীনি। ... মণিপুবগী চীং লৈবাক্কী লুচিংবা অমসুং প্রতিনিধিশিং থুনা কৌবীয়ু চীং-তম অনীগী অপূনবা সভা অমা কৌবীবগা মণিপুবগী ওইবকপা য়াবা খুদোংথীবা অমসুং যুগোৎচাদবা অপূম্বদগী কন্নবা থৌবাঙ তৌবীয়ু, চীং-তম পূন্না লৈবা মণিপুব সনা লৈবাক নুংঙাইবা অমসুং ৱাত্ত-পাদবা সনা লৈবাকমক ওইদুনা লৈবাক মবা তপ্পা ঈংনা পান্নবা থৌবাঙ থুনা তৌবীয়ু। অদুগা চীং অমসুং তমগী প্রজা পূম্নমক্তসু নিংশীংজবি, চীং-তম প্রজানা কর্বি গুম্বদা নুংঙাইনদবা অমসুং তোঙান্না লৈবা তৌবক্তে। চীং-তম্না পূন্না মণিপুব পাল্লকই। চীং-তম প্রজানা পূল্লগা ঐখোযগী অফ-ফত্ত ভাগ্য শেমগদবনি। অদুতদা ঐখোযনা ভাবতকী অতৈ জাতিগা থোং অমত্তদা মান্ননা কাবা ঙমগদবনি। মীশীং যাম্বা অমসুং যামদবা জাৎ খুদীংনা মাগী মাগী শব্দক ফংফম থোকপা ফংদুনা ৱাত্ত-পাদবা নুংঙাইবনা থনবা মনীং তম্না পানবা মণিপুব সনা লৈবাক শেমগদবনি।' মসিদা ভাবত সবকাবগী অশোযবা, নিংথৌ লৈঙাক্কী পেন্দবা পূম্নমক নিংথীনা মমি তাবে। অপূনবা চীং-তমগী অমত্তা ওইবা থোংমান্ননা চাওখৎমিন্নবা মণিপুবী জাতি অমগী মশক তাক্লে। মসীগী মমাঙদসূ হায - 'চীং-তম অনীনা মণিপুবনি, মণিপুবদা পোকপবু মণিপুব মচানি, মাগী অপূনবনা মণিপুবী জাতিনি'[১]। মসিদসু নত্তে ১৯৪৮ দা পাঙথোকপা অহানবা মণিপুব এসেমব্লি মীখলদা কাদুনা এম এল এ ওইববফাওবদা মণিপুবগী তোপ-তোপচবা শক্তম কন্নবা পুর্বাচল প্রদেশ শেম্বগী মাযোক্তা লেপখিবা মদুগী প্রোটেষ্ট মীতিং শীনখিবা নুমিৎ সেপ্টেম্বব ২১, ১৯৪৮ দা থোকখিবা পুংদোঙবম থৌদোক্কী খুদোংচাবা লৌদুনা মহাক্কী মথক্তা ৱাবেন্ট থমখিবদগী ইবাবত এসেমব্লি অদু যাওবা ফংহনখিদে। অদুগুম্বা এসেমব্লিদুগী অহানবা মীফমদা মশা যাওবা ঙমহন্দ্রবস্ অইবা ওইনা এম এল এশিংগী মফমদা থাদোকখিবা চেবোল অমদা ইবাবতনা হাযখি '... মণিপুবগী অর্থনীতিদা চাওখৎনবা, খনিনচিংবা চাওখৎনবা, শোত্থদুনা লৈবা শিক্ষা চাওখৎনবা নিংথীবা প্লান শেম্নবা, জাতি খুদীং মশা চাওখৎপা ঙম্নবা হোৎনবগী অধিকাব লৈবা, মণিপুবগী মীশীংগী অযাম্বা ওইববা লাযববা লৌউবশিংনা মীওইনা হিংদুনা লৈবা ঙম্নবা লৌগী খাজনা হন্থ্যা, লৌ লৈতবদা লৌ পীনবা থৌবাঙ,

লৌউবশিংগী খুদোংচাদবা কোক্লবা নিংথীনা আইন শেম্বীদুনা মণিপুরবু চীং-তমগী প্রজা লিংজেল মান্ননা লৈবা, অপূনবা সনা লৈবাক শেম্নবগী আশা থমজরি'।

মতম পূন্নমক্তা চীং-তমগী অপূনবা, মশক থোকপা জাতি, মমল লৈরবা লমদম সনা লৈবাক মণিপুর অমগী ব্রাফম তত্তনা পৃখৎখি। চীং-তম, চীংমী-তম্মী, অপূনবা অমত্তা ওইবা মশক অদু লেপ্তুনা ময়েক শেংনা পনখি। খুন্দা-লৈতামিন্নরিবা চান্ন-চিন্ননা হিংমিন্নরকখিবা ইথনিক গ্রুপ ফুরূপ খুদীংমক্কী মফমদা চান্ন-চিন্ননা হিংমিন্নবা অমসুং *মণিপুরী জাতি* হায়বা অমত্তা ওইবগী ব্রাখল-মীৎয়েং পুক্লীং ঈহূল অদুমক ময়েক শেংনা ফোঙদোকই। মসীমক্তনা জননেতা হিজম ইরাবতকী ব্রাখল পান্দম থবকপু নৌহৌনা নীংশীংদুনা চঙশীনমিন্নবা অমসুং মদুদা শরূক য়ামিন্নবা হায়বসীদি থোইদোক্লা মরুওইরে হায়বদু তাকই। ইরাবতকীদি অপূনবদা থাজবনি, অপূনবগী খোল্লাউনি। হায়সু হায়খি - 'হৌজিক্কী মতম অসী জগৎকী জাতি খুদীংমক শেমগৎ-শাগৎপা অমসুং পূনশীনবগী মতমনি'[২]। ব্রাফম অসীনি খ্বাইদগী হেন্না মরু ওইরিবসী।

পীকচরবসু মণিপুর ফুরূপ কুম্লাগী মথক্তা পুন্না খুন্দামিন্নরিবা লমদমনি। ইরাবতনা তশেংনা পল্লি - *'মণিপুরী জাতি'* / জাতি (নেসন)গী থাক অসিদদি নিংথৌপানবা মতমগী মচেৎ মচেৎ তানবগী মশক (ডিসয়ুনিটি কেরেক্টরিষ্টিক) অদু মাঙখ্রবনি। ইকনমিক লাইফ অমগী লীপূনদা অপূনবা লমথৈ কমন টেরিটরি অমগী মনুংদা ফাওনমিন্নবা লোন কলা সংস্কৃতিগী অপূনবা মশক অমদা পূনমীন্নদুনা লৈমিন্নবনি। জাৎ কুচু ঈ মরীদা য়ূমফম ওইবা নত্তে। ক্লান ত্রাইব নেসনেলিষ্টিক পুন্নমক লানখৎলক্তুনা হেন্না মপূংফাবা থাক অমা য়ৌরক্লবনি। অদুনা জাতি (নেসন) হায়রকপদা ঈ মরীমথৈ নত্রগা শাগৈ-জাৎ কুচু মান্নবমথৈ নত্রগা ধর্ম পূনবমথৈ হায়বগী ব্রাফম ওইরক্তে। মদুমক্লনি ফুরূপ কয়া পুল্লীবা মণিপুরগী মতাংদা ইরাবতনা যাম্না ময়েক শেংনা *'মণিপুরী জাতি'* হায়রীবা। মসীগী অচেৎপা অমত্ত ওইবা লীপূনগী মখাদা সনা ফুদোংলবা জাতি অমদি লমদম অমা শেম্নবা তত্তনা পৃখৎখিবা। মদুমক্তনা ঙসিগী মিপাইনরক্লবা মতমসিদা মহাক্কী ব্রাখল্লোন পান্দম অমসুং থবকপু হেন্না তঙায়ফরক্তে হায়রীবনি।

অপূনবা, ফুরূপ খুদীং থোংমান্ননা চান্ন-চিন্না হিংমিন্নবা হায়বসিদদি খুদীংমক অসী অমত্তা ওইনা চেংনা কোনশিনমিন্নবা চঙই। অহেনবা-তোম্ববা খায়বা মীৎযেং *সস্যাল ডিসক্রিমিনেসনগী* মওং পূন্নমক থাদোক্তবা য়াদে। থরুম

তৌনবা, হৌশ্রবা মতমগী খেন্নবা কয়াদা য়ূমফম ওইবগা শাগৎপা পেন্নদবা শাউনবা পূম্নমক লোইশিনখিবা চঙই। মসীগা ঈবোয়ননা পুক্নীং ব্রাখল থম্মোয় হোদোক্লবা, থাজমিন্নবা, তুংগী তবং-তবং উবা অমত্তা ওইবা নুংঙাই য়াইফ মশক অমগী পান্দম শাগৎপা তাই। খুন্নাইগী পুন্সী, বাজনীতি -শেন্থুম-সমাজ-সংস্কৃতি ইবম খুদীংমক্তা অদুগা হিংমিন্নবিবা ফৃব্দপ থাক পূম্নমক্তা গনতন্ত্র হাযবসীমক মীয়ামগী অশেংবা মশক্তা চপচানা মযেক শেংনা পুখত্তুনা লৈহনবা চৎনহনবা তাবকই। মহৈ মশিং, হকশেল লায়েং, শেমগৎ-শাগৎপগী চাকথুং, লম্বী থোং পূম্নমক মান্ননা য়েংদুনা থোংমান্ননা চাওখৎনবা হোৎনদবা য়াদে। ফৃব্দপশিংগী মবক্তা অপীকপা অচৌবা থিদনা অমনা অমগী পূক্লীং ব্রাখল থম্মোযদা শোক্কদবা ব্রাঙাং শাজৎ থবক অমতদা কাইহৌনফম থোক্তে। মচেৎ মচেৎ তোঙান তোঙান্নবা লালহৌবগী লৈবিবা মশকশিং মপূংফানা শান্তাইনবা পুবক্কুনা লোইশিন্নবা হোৎনদবা যাদে। ভাবত সবকাবনা শীল্লীবা শান্তিগী ব্রাবী শানবা অসীনা অব্রাং নোংপোক লমদমদা হেন্না কাংখোং চাইহল্লক্লবা থক শীল্লোইদবনি। মসিদদি ইবাবত মশামক্লা চত্তুনা নিংথীনা শান্তাইমিন্ননবা ফজবা থকসী খাসী মিনুংশি লৈনা মীপূম খুদীং লোযনখিবা, লমদমসিগী মীয়ামগী শেম্বোক লম্বী ফগৎহন্নবা পুখৎখিবা, মতম অদুগী বর্মাগী বিবোলুসন্যাবি পার্টিশিং পূনশিন্নবা হোৎনখিবা কয়া পুখৎপা, নিংশীংবা মথৌ তাবকই।

ফ্যুডাল সিষ্ট্যম ইবাবত চপচানা থেংনখি। সাম্রাজ্যবাদীগী মাযযোক্তা হৌখী। ঙল্লিঙৈ মতমদগী মীযামগী মীহুৎনা লৈঙাকচবা অশেংবা গনতন্ত্রগী লৈঙাক্লোন অমগীদমক থেংনবর্কখি। মসীগী খোল্লাউ অমসুং ঈহৌ পুখৎখি। মীযামদা মসীগী জ্ঞান নিংথীনা তাহন্দুনা থৌনা ফনা থেংনবা ঙল্লক্লবা কন্না শাগক্লনা হোৎনখি। ইং ১৯৩০ গী চহীশিংগী মতমদগী ইবাবতনা ব্রাফম অসী লেপ্তুনা পুখত্তুনা লার্কখি। মদুমক্লা নিখিল হিন্দু মণিপুবী মহাসভাগী চীংঙাদা ফমখিবা মবিশুবা মীফমদা (১৯৩৮ ডিসেম্বব ২৯, ৩০) লমদম অসীদা মপূংফাবা মীযামগী হক লৈজবা লৈঙাক্লোন লিংনবা, ভোট পীবা যাববা মীযাম্না মীখল তৌদুনা ভোটতা খনজবা মীয়ামগী মীহুৎনা লৈঙাকচনবা ° অকনবা ব্রাবেপশিং পুখৎখি। মসী পুবকপা যানবা, মীযামদা জ্ঞান তাহন্নবা তত্তনা হোৎনদুনা লাকখি। মসীনা নিংথৌ অমদি সাহেবনা শৃপ্তুনা পানবা চীং-তম, ফৃব্দপ, ধর্ম কাহেন্না খাযবা লৈঙাক লোইশিন্নবা অকনবা ঈহৌ শাগৎখি হায়বদু মযেক শেংই। মসীদা নত্তনা নিংথৌনা

সভাপতি ওইদুনা নিখিল হিন্দু মণিপুরী মহাসভা থোল্লম্বদু *হিন্দু* য়াহে লৌথোক্লুনা [৪] লমদম অসীগী হিন্দু নত্তবা মীয়াম ফূরূপ ওন্না য়াওবা য়াবা অপূনবা লূপ অমগী মশক শেন্নকখি। মসীমক য়াম্না শান্না উবা, মপূম ওইনা য়েংবা অপূনবা অমত্তা ওইবগী মীৎয়েংনি। গনতন্ত্রগী খোল্লাউ, মসীবু হেন্না মপূংফানা পুখৎপগী অঙায়ফদবদুদি য়াম্না মথৌ তারি। কিহনবা, তুহৎপা, ফীবম অমা নত্রগা অমদা নমদুনা ফাজীন্দুনা থম্বনা থাজননা তুংকোইনা চান্ন-চিন্ননা পূনমীন্নবা হায়বদুদি ওইথোক্তে। অদুনা রাজনীতি, সমাজগী পুন্সী, শেলথুম সংস্কৃতি খুদীংমক্তা গনতন্ত্র হায়বসী ঙন্লিবমখৈ মপূংফানা মহয় লৈনা পুখৎপা চঙই হায়রীবনি। মসীমক ইরাবতনা পাঙ্গল থোক্লা হোৎনদুনা লাকখি।

ফূরূপ মশীং য়াম্না পূনমীন্নরিবা, নাৎ-লোনচৎ-লাইনিং-লাইশোল কয়া চৎনরিবা লমদম অমদা ধর্ম হায়বসীসু মরুওইবা অমনি। ধর্ম অমনা অমদগী হেন্নী হায়না উবা, ধর্মগী মিংদা অনেম-অব্বাং অমাং-অশেং খায়বা, ধর্ম মান্নবখৈ পূনশীন্দুনা মদুনা লৈঙাক্লোনদা, জাতিগী মহৈ-মশিং তম্বদা খুৎ-থিংজিল্লক্লবদি ফূরূপ কয়া চান্ন-চিন্ন হিংমিন্নবদা অচৌবা অকায়বা থোকহল্লি। মতম অমদা নিংথৌ লৈঙাক্কী মখাদা ধর্মবু মখুত্তা পায়শিল্লগা মীয়াম্বু নমথবা মহাক্কী লৈঙাক্তা পাম্বে অমা ওইনফাওবা শীজিন্নরম্লিবনি। হৌখিবা চহী চাগী অয়াম্বা শরূকফাওবা ধর্মগী মিংদা অমাং-অশেং খায়দুনা নিংথৌ য়াথং ইন্দবশিংবু ঈম্বোক্লুনা লাক্লবগী চৎনবী লৈরম্লিবনি। অদুগুম্বা অকনবা চৈথেং লৈরিঙে মতমদুদা ইরাবতনা লমজিংদুনা ঈম্বোকপিরবা মীয়ামগীদমক মহাক্কী খোঙবুনা থেংনখিবনি। মাংই হায়দুনা ঈম্বোল্লবা শিরবফাওবদা সংস্কার তৌবীনবা, শ্রাদ্ধ শোনবীনবা লৈত্রবা কয়া চঙশীন্দুনা পোৎলোইবা, মশামক ঈশৈ শক্লুনা, ঈশৈফাওবা হন্দুনা শ্রাদ্ধ শোনবা, মীয়ামগী অশেংবা ধর্ম অমগী পান্দমদা পুখৎখিবনি। ইং ১৯৩৭ ময়ায় চল্লকপদা মাংঙে হায়দুনা ব্রহ্মসভানা ঈম্বোকপিরবা কোংবদগী ক্ষেত্রিময়ুম গুলামজাৎ কৌবা অমা শিরবদা কনামত্তনা চঙবীদ্রবদা ইরাবতনা লমজিংদুনা চঙলগা শেংদোকখি, শ্রাদ্ধ শোনখি [৫]। ককচীং মায়কৈদসু মাংই হায়দুনা ঈম্বোকপিরবা খুলেন মখা লৈকাইদগী ময়াংলম্বম বোকুল্লোগী শ্রাদ্ধ ইরাবতনা ঈশৈ হন্দুনা শোনখি [৬]। মসীখক্তা নত্তে মফম কয়াদা সহর খুঙ্গং পুম্নমক্তা ঈম্বোকপিরবশিং শেংদোকখি, শ্রাদ্ধ শোনখি, মশামক ঈশৈ য়াওখি, ঈশৈ হনখি। মহাক্কীদি মীয়ামগী অশেংবা ধর্মনি। ধর্মগী মীওৎ থেংনবনি। ধর্মদা ইরাবতকী য়াখল-মীৎয়েং পান্দম মহাক্কী *'লোকমান্য*

*তিলক'* লাইরিক্তা য়াম্না ময়েক শেংনা পী - '... মসী হৌজিক্কী ধর্মনি, বনদা, জঙ্গলদা, মণ্ডিরদা, মসজিদতা ভগবানবু থিবতনা থিবা, নীংবা নত্তে, ইবুংঙো মহাকপু থিগদবা মফমদি ফি শেংনীঙাই লৈতবা তোল্লবা মীখা পোল্লবা মীগী মরক্তা থিগদবনি। মখোয়গী সেবাতনা মীওইবগী অথোইবা ধর্মনি ...।'[৭] তশেংনমক হৌজিক্কী ধর্মদি মসীতনি। শোত্থরিবা, তাম্না লৈনরিবা মদুমক্তনা ফূরূপকী, কাঙলূপকী মরক্তা তোখাইনব ফাওবা পোকহল্লরিবা মীয়ামগী মরক্তা চঙশীন্দুনা থোংমান্ননা চাওখৎমিন্নবা থৌদাং লৌবগী তঙাইফদবা নল্লি। মসীমক অপূনবা শক্তম ঙাক্তুনা হেন্না চেৎশীন্নবা চান্ন-চিন্ন হিংমিন্নবা পুন্সী অমা পুরক্লবগী পান্দম অমসুনি। মসীনি ইরাবতকী ধর্ম। শোত্থরবশিংগীনি অপূনবগীনি।

ইরাবত চীং-তমগী অপূনবদা খোঙফম চেৎনা লেপখি। অমত্তা ওইবা অপূনবগী মশক কায়হনদনবা, হেন্না চেৎশিলহন্নবা, তুংকোইনা কন্দুনা থম্নবা, চান্ন-চিন্ন হিংমিন্ননবা লেপ্তুনা হোৎনখি। বৃটিশ অমসুং নিংথৌগী মতমদা চীং-তম তোখাইনহনবা মীৎয়েং লৈঙাক্কী চৎনবী অদুবু ইরাবত য়াখিদে। অমত্তা ওইবা অপূনবগী মশক পুখৎনবা পাঙ্গল থোক্লা থেংনখি। নিখিল হিন্দু মণিপুরী মহাসভাগী মরিশুবা মীফমদা (ইরাবতনা মীফমগী সভাপতি, মীফমদুদগী মহাসভাগী সভাপতিসু ওইখিবা) লৌখিবা ব্রারেপশিংগী মনুংদা *চীং-তমগী শাসন পুনশীনগদবনি ...* "রানী গাইডিমলু জেলদগী থাদোক্কদবনি"[৮] হায়বা দাবীশিং পুখৎতুনা ব্রারেপ তাখি। মীৎয়েং শান্না উখিবা চীং-তমগী লীপূন্দা শোকহল্লক্কদবা কয়া মাঙজৌননা খঙখিবনি। হৌজিকসু মান্নবা থোংমান্ননা চাওখৎমিন্নবা পূন্না হিংমিন্নবদা মতেং ওইগদবা অশেংবা লৈঙাক চৎনরোল তঙায় ফদবা লৈরি। ইরাবত চীংমী-তম্মীগী মরক্তা অমগা অমগা পূকচেল তিংনা হোদোক্লদুনা চেৎনা থাজমিন্ননবগী তঙাইফদবদুসু নিংথীনা শাগৎখি। পূক্লীং থম্মোয় মকালাম্না হোদোক্লবা, অমগা অমগা চপচানা থাজমিন্নবা হায়বসী অপূনবা অমসুং চান্ন-চিন্ন হিংমিন্নবগী থোইদোক্লা মরুওইবা ঈহূলনি। মসীমক ইরাবত চপচানা পুখৎখি। মসীমক্কি ইরাবতনা পুখৎখিবসু। চীংগী লমশিং মণিপুরদগী তোখাইনবগী ব্রাফম কাঙথোকনরকপা, নাগা নেসনেল কাউন্সীলনা নাগাগী লমশিং পূনশীন্নদুনা অনৌবা লমদম অমা শেম্মীংবগী অপাম্বা পুখৎলকপা, সাম্রাজ্যবাদী বৃটিশকী শরৌ কনখৎলকপা মতমদা - চীং-তম, চীংমী-তম্মীগী অপূনবনা শেল্লীবা মণিপুরগী শক্তম ঙাক্লবগীদমক চীং-তমদা লৈরিবা মীয়ামগী লূপশিং পূনমীন্নদুনা অপূনবা

শক্তম অসী ঙাকমিন্নবা অমসুং মীয়ামগী অশেংবা গনতন্ত্রগী লৈঙাক্লোন পূবক্লবা পাঙ্গল থোক্লা চোংথোক্লুনা হোৎনখি।

চীং-তমগী অপূনবা কায়হনদনবগীদমক ইং ১৯৪৭ নবেম্বর ৩০ দা চীং তমদা লৈবা মীয়ামগী ওর্গনাইজেসন মাপলগী মীহুৎশিং পূনবা মীফম অমা শীনখি। ওইরক্লিবা চীং-তমগী ফীবম অদু খন্নদুনা চান্ন-চিন্না তাইশিন্ননা অমত্তা ওইনা তাশীন্ননবা অপূনবা ফ্রন্ট অমা শেম্নবগী থৌবাঙ চঙশীল্লি। মদুগীদমক ওর্গনাইজিং কমিটি শেম্নকপদা ইবাবতনা প্রসিডেন্ট অদুগা তাংখুলোংগী মীহুৎ এম কে সিমরেবুনা সেক্রেটবি খনখি। ইবাবত অমসুং কুকি নেসন্যাল এসেমব্লিগী লূনে অনীবু কোহিমাদা চত্নুনা নাগাগী ঈহৌ নৈনকনবা থানবগীদমক খনখি। খোঙচৎ অদুমক চীং-তমগী অপূনবা কায়হন্দনবদা অচৌবা মায়পাকপা অমা ওইখি। এম ডি য়ু গী মীফমদুদা তাংখুলোং, কেএনএ, কবুই এসোসিয়েসন, খুলমী য়ুনিয়ন, মিজো য়ুনিয়ন, মণিপুর কৃষক সভা, নোংপোক অপূনবা মরুপ, মণিপুর প্রজা সঙ্ঘ, য়াইবিপোকতগী মুসলিম মীহুৎ য়াওখি[১]। মসীনা লমদমসিগী ফূরূপশিং লৈবাক্কী ওইবা অপূনবগী ৱাফমদা পূন্না শরুক লৌমীন্নবা, পূকচেল তিংনা হোদোকমিন্নবা, থাজননা থবক তৌমিন্নবগী মশক্তু শেংনা তাকই। হৌজিক খ্বাইদগী মক ওইবিবা বাফম অমসু মসীনি। ইরাবতকীদি চপ-চানা পায়খৎখিবা থৌরাঙনি। মসীগী মমাঙ প্রোফেসব কুপলেগুনা পায়খৎখিবা অৱাং নোংপোক চীংলমদম অমা শেম্নগী থৌরাঙবু য়ানিংদবা, মদুগী মায়য়োক্তা লেপ্পুনা পুখৎখিবা ১৯৪৫ মার্চ কুনমাথোই কূননিথোইদা শিলংদা ফমখিবা অৱাং নোংপোক লমদম ফুরূপশিংগী মীফমদসু ইরাবত য়াওখি[১০]। ১৯৪৭ মণিপুব ষ্টেট কনষ্টিট্যুসন এক্ট শেম্নবা কমিটি শেম্নকপগী মতাংদসু গনতন্ত্র য়াওদবা, লৈবাক্কী ভোট য়াওদবা, চীং-তম খায়দোকপগী থৌবাঙনি হায়না যানীংদবা ফোঙদোকখি। চীং-তমগী মীয়াম পূন্না থেংননবা কৌখি।[১১] মখা তানা ১৯৪৮ ত্রিপুরা, কাছার, লুসাই চীংশাং, মণিপুর য়াওনা পূনবা অৱাং নোংপোক লমদম পুর্ব্বাচল প্রদেশ অমা শেম্নবা হোৎনরকপদা মণিপুরগী তোপ তোপচবা অশেংবা শক্তম মাঙবা যারোই হায়দুনা থৌরাঙদুগী মায়য়োক্তা ইরাবত থেংনখি। মীয়ামগী ঈহৌ পুখৎখি। চহীদুগী সেপ্টেম্বর কুনমাথোই পুর্ব্বাচল প্রদেশ শেম্না য়াদবা মীয়ামগী ঈহৌ চঙশীন্দুনা এমডিয়ু হোলদা কৃষক সভানা মীয়ামগী মীফম অমা শীর্নখিবা মদুদা থোকখিবা থৌদোক অমসুং নুমিত্তুদগী ইরাবতকী মথক্তা ৱারেন্ট থমদুনা অন্দরগ্রাউন্দ তাহনখিবা, পুন্সী চুপ্পা অন্দরগ্রাউন্দ তাদুনা শিবফাওবদা মবৈবাক্তা

শিবা ফংদনা বর্মাদা পুন্সী লোমখ্রিবনি। অসুম্না ইবাবত মতম পুম্নমক্তা মণিপুব চীং-তমগী অপূনবা তোপতোপচবা শক্তম কায়দনা ঙাক্তুনা থম্নবা হোৎনখি। পুন্সী অদুমকসু কখোকখি। অমনা ইবাবত মণিপুববু ব্রহ্মদেশতা তিনশিনবগী মতাংদ যাখিদে। ইং ১৯৩৭ তা জেনবেল ব্রহ্মা কাউন্সীল এসোসিয়েসন হায়বা অমনা ভাবত্তগী ব্রহ্মদেশ খাইদোকপা মতমদা মণিপুববু ব্রহ্মাদা পূনশীন্নবা দাবী তৌবকপদসু যাখিদে। নিখিল হিন্দু মণিপুবী মহাসভাগী অহুমশুবা মীফম যাওবা মন্দলেদা চৎপা (১৯৩৭ ফে ঃ মার্চ্চ) মতমদা ব্রহ্মাগী মতমদুগী নুতিগী চেফোঙ 'টুবিযা' (দ -সন) হাযবদুদা মথক্কী ব্লাফমসী ফোঙবা থেংনবকপদগী ইবাবতনা চেফোঙদু পুবক্লগা মহাসভাদা পুথোক্লনা খন্নখি অর্মদি মদুগী মাযযোক্তা থেংননবা লেপখি।[১০] মণিপুবগী অপূনবা অশেংবা শক্তমগীদমক্তনি খোঙফম খুদীংমক্তা অবেপ্পা অমদি চোকথবা লৈতনা থেংনখি।

ফৃন্দপ অমদি কাঙলূপশিং চান্ন-চিন্ন হিংমিন্নবা হাযবসিদা শেন্তুম হিংবগী ফীবম ফগৎপা বাস্ত-পাদবা হাযবসি মকওইবা অমনি। লৌউ-শীংউ, ফৌ চেঙ, হৈ-বা, মনামশীং থাবা, ইমুং মনুংগী অপীকপা কাবখানা ফিশা-লোনশাগী থবক্লা মপৃংওইবা শিনফম ওইদুনা অযাম্বগী শেন্থোক লম্বী ওইবা লমদম অসীগী মীযামগী পুন্সী ফগৎহনবা হাযবসীদা ইবাবত পূক্লীং চঙখী, তত্তনা হোৎনখি। মহাসভাগী মতমসিদা (১৯৩৪-৩৯) লৌউ-শীংউ চাওখৎনবা পোথোক-চাথোক মহৈ-মবোং মবাঙ কাযনা পুথোক্লবা, ফিশা-লোনশা হেন্না মপুংফানা পুখৎনবা, ললোন ঈতিক্কী থবক চাওখৎহন্নবা মদুদা থৌদাং লৌনবা কন্না পুখৎখি। কাছাবদা লৈবা মতমফাওবদা মফমদুগী লৌমী মীযাম চীঙ্গাক হেন্না পুথোক্লবা ঈহৌ কন্না শাগৎখি।[১১] মদুগী মথক্তা মণিপুবগী পুথোকপা যাবা পোথোকশিং পুথোক্লবা, লমদমসিদা শাজবা ঈযোং-ফিশিং মবাঙ কাযনা পুথোকপা অমসুং মদু শীজিন্ননবা, লৈজবিবা থুমখোংশিং নিংথীনা শেমগৎত্তুনা পোথোক হেন্না পুথোক্লবা হৌদোকখি। লমদম অসীদা বেল লম্বী যৌববদি ললোন-ঈতিক শেন্দাল লম্বী অমদি থবক ফংবগী খুদোংচাবা লৈগনি, খুৎশা হৈবগী থবক চাওখৎকনি হাযবগী মীৎযেং নিংথীনা লৈখি।[১২] তশেংনমক লমদমসিগী শেন্তুমগী ফীবম ফগৎনবা, মসীগী পোথোক চাথোক হেঙ্গৎহন্নবা, মীযামগী শিনফম ওইবিবা ফিশা-লোনশা, লৌউ-শীংউ চাওখৎহন্নবা, থোইদোক্লা মীয়ামগী শেলথুমগী পুন্সী ফগৎহন্নবা মীৎযেং মযেক শেংনা থমখি। মসীমক তঙদু-লৈতা চান্ন-চিন্ন পুন্না হিংমিন্ননবগী অচৌবা লম্বীনি।

মীয়ামগী পুন্সী ফগৎহনবদা শেম্থোক লম্বী, থবক ফংবা, লৌউ-শীংউ কল-কালখানা ললোন-ঈতিক চাওখৎহনবা, লম্বীথোং চখোক চৎশীন ফগৎহনবা হায়বসী তঙাযফদ্রবনি। শোথবিবশিং থোংমান্ননা পুখৎপদা অচৌবা শরূক অমসু ওইহনবা তাবনি।

শেলথুমগী ফীবমগা ঈবোয়ননা সংস্কৃতিক্কী থাক্তা থোংমান্ননবা পুখৎপা হায়বসীসু তৌদবা যাদবনি। থোংমান্ননা, চান্ন-চিন্ন হিংমিন্নবা হায়বসিদা শেলথুম অমসুং সংস্কৃতিদা শোথনা লৈহনবা যাদে। মীয়ামগী সংস্কৃতিগী থাক পুখৎপদা মপূং ওইবিবা অমদি লাইবিক-লাইশু হৈহনবা হায়বসীনি। লমদম অসীমক লাইবিক লাইশু হৈবগী চাং অদুক হাক্লা ৱাংদ্রি। ইবাবতকী মতমদদি (১৮৯৬-১৯৫১) অমুকসু শোথবম্বনি। চীংগী মনুং হনজিল্লবা অমদি তাল্লবা খুঙ্গংশিংদনা হেন্না শোথখিবনি। মসীবু মেনখৎনবা লাইবিক লাইশু হৈহন্নবা ইবাবত হন্না-হন্না হোৎনখি। চুন্না শোথবদা নত্তনা নুপীশিংগীদি লাইবিক তমহন্নদবগী চৎনবী ফাওবা লৈবম্লিবনি। মতমদুদা নুপী লাইবিক তমহন্নবা ইবাবতনা কন্না পুখৎখি। খুঙ্গংশিংদা স্কুল লিংখত্তুনা হোৎনখি। সাহিত্য, কলা, দ্রামা, শান্ন-খোৎনবা, য়েলহৌঙৈগী মশান্না কযা পুখৎনবা হোৎনবদসু থৌদাং চাউনা য়াখি। মশামক্লা চোংশিনদুনা মাঙজিল থানা শরূক য়াখি। ফূরূপশিংগী লৈজরিবা লোল, কলা সংস্কৃতি, নাৎ-জগোই ঈশৈদা পূক্লীং থৌগৎনা পুখৎপগী ঈহূল ইরাবততা লৈখি। কাছারদা লৈদুনা লৌমী মীযাম লুচিংলিঙৈ মতম ফাওবদা কাছার ডিষ্ট্রিক্ট কিষান সভাগী মহাক্লা প্রসিডেন্ট ওইবা মীফম অমদা চা বাগান শিনমীশিংনা ঝুমুর জগোই শারকপদা মশামক চোংশিন্দুনা য়াওখিবগী ৱারী লৈরি।[১৮] মসীমক অতৈগী সংস্কৃতিদা ইকাই খুম্নবা, পুখৎমিন্নবা, শরূক লৌমীন্নবগী অচৌবা খুদমনি।

ফূরূপ মচা অচৌবা মশীং য়াম্লা লৈমিন্নরিবা লমদম অমগী অপূনবগী লীপূন চেৎশীলহনবদা অচৌবা কাঙবুনা চাউবা হেল্লবনি হায়বগী নাপলগী মীৎয়েং অসীমদি খক লৈবা য়াদে। অখূবা নেসনেলিজম অমদি গ্রেট নেসন চৌবিনিজমগী ঈহূল চেল্লবদি মদুনা তাশীন-খোমজিনবগী মহূত্তা হেন্না কায়নবগী লম্বী ওইগনি। শোথরিবা অপীকপা কয়াবু মরূপ মপাং মচীন মনাও ওইনা তেঙবাঙনদুনা চাওখৎহনবা, পুখৎপীবা তঙায় ফদবনি। ইরাবততা শোথরিবশিংবু পূক্লীং থৌগৎনা অকি-হঙ্গোইবা লৈহন্দনা থোংমান্ননা পুখৎপগী ঈহূল অমদি মহাক্কী লূ-তোংদা মমল নাইদনা পক্তুনা লৈবা অমনি। পূন্নমক নুংশি চান্ন য়েংবা লোয়নবা হৌনশানি

মহাক্কীদি। অসীগুম্বা গুণ অসীমক মহাক্কী কমরেড-ইন-আর্মস জ্যোতিরময় নন্দিনা থম্মোয় শেংনা তত্তনা শীংথাই।[১১] হৌজিক ফূরূপশিং পূন্না চান্ন-চিন্ন হিংমিন্নবা মশক অমা তুংকোইনা পুথরকপদা তঙাইফদ্রিবা মীৎয়েং ৱাখল থবক অমসুং লুচিংবা অসীমকসু মসিনি। জাতিগী মীৎয়েংদসু ইরাবতকী মশক ময়েক শেংই। ফূরূপ খুদীংনা মশাগী জাতিগী শক্তম অদু ঙাকচনা অপূনবা অচৌবা জাতিগী মনুংদা অমত্তা ওইনা চেংশীন্না লৈমিন্নবগী ফিরেপ ইরাবত্তা ময়েক শেংনা লৈখি।[১৮] মহাক্কী জাতিতনা অথোইবনি হায়বা মদুখক্তবু উবা অখূবা মীৎয়েং য়াখিদে। জাতিগী নীংতম্বা পুরকপা, জাতি অমনা মীথা পোন্দনা হিংবদা অমদি মদুবু ঙাকপদা অখূবা বুর্জৱা নেসনেলিজম্মা য়াদে, সস্যলিষ্ট ইন্টর্নেসনেলিজমদা পুখৎপা চঙই। জাতি খুদীংগী চপমান্নবা হক লৈমিন্নবা, মান্ননা খন্ন-নৈনমিন্নবা, মরূপ মপাং মচীন - মনাও ওইমিন্নবগী লীপূন শাগৎমিন্নবা হায়বসীদনি। মসীগী ৱাখল্দা ফূরূপশিং থোং মান্ননা য়েংমিন্নবগী মীৎয়েং য়াওরী। ইরাবত পাক্লবা নেসনেলিজমগী মীৎয়েংদ নত্তনা ইন্টর্নেসনেলিজমগী ৱাখল পান্দমনি। অচৌবা জাতিগী নাপল য়াদবনি। সাম্রাজ্যবাদী ফেসিষ্টকী মায়োক্তা চপচানা লেপখিবনি। য়াম্না শেংনা হায়খি - 'অশেংবা দেশ প্রেমদি করিগুম্বদা সাম্রাজ্যবাদকী শান্নপোং ওইবা য়াদে। দেশ প্রেম কোনশেংদি স্বাধীনতানি, দেশ অমগী স্বাধীনতা মাঙহল্লগা দেশ অমগী স্বাধীনতা ওইবা করিগুম্বদা ওইবা য়াদে। মাগী দেশপুনা চাউহল্লগা লৈবাক অমবুনা পীকহনবা, জাৎ অমগী স্বাধীনতা মাঙহনবা অমসুং অতোপ্পা দেশগী মীবু অরেম্বদা ওৎলগা নৈরগা মখোয়না করিগুম্বদা স্বাধীনতাবু সম্মান তৌদে। মদুগী অর্থদি মাগী দেশকী স্বাধীনতা অদু চীন্তদা য়াবা থবক্তদি য়াদবনি।[১১] জাতি, ফূরূপ খুদীংমকপু মান্ননা ইকাইখুম্মনা য়েংবা, মহাক্কী মনীংতম্বা চপচানা ইকাই খুম্নবা মশক অসীমক থোইদোক্লা মরুওইবা অমনি।

কেপিটেলিজমগী লৈঙাক মখাদা অমগা অমগা থোংমান্নদবা, খেন্নবগী থাক ৱাংনা লৈবা, অকুৎ-অতোং নাইবা খুৎচাওখৎকী মওঙসিদা মীগা মীগগী মরক্তা খেন্নরিবা, মীওৎলিবা অমসুং ওৎপীরবা অনীগী মরক্তা ওৎপীরবা মীয়াম্না খাঙলিবা অৱাবা, শোখরিবা পুন্সীগী মশক কয়া মায়োক্লরিবা মীয়াম মরক্তা কাঙলুপকী মীৎয়েং য়ৌনা খক্সদনা ফূরূপকী মীৎয়েংদা য়েংলগা পেন্দ্রবশিং অদু ফোঙদোরকপা য়াওই। ক্লাস এন্টাগোনিজমবু ইথনিক এন্টাগোনিজম ওইনা লৌবা, মদুমক ওইনা উহন্নবা অতম্মনা হোৎনবা য়াওদবা নত্রি। সাম্রাজ্যবাদীগী অরোনবা

খুৎশাং লাম্বা তোক্তিবনি। মসীগী মতাংদদি ইরাবতকী মীৎয়েং তশেংনা ময়েক শেংই। মহাক্কীদি কণ্ডলূপকী জ্ঞান অমসুং লানফমদনি (ক্লাস কনস্যাসনেস অমসুং ক্লাস ষ্ট্রগল)। কাণ্ডলূপকী খেন্নবা, অমনা অমবু মীনা মীবু করিগুম্বা মখল অমত্তুদা ওৎ-নৈবা লৈতবা অনৌবা মান্ননা হিংমিন্নবা খুন্নাই অমগী পান্দমদা লমজীংদুনা শাগৎলম্বনি; মদুগী ঈহৌ পুখৎলম্বনি; মদুগীদমক থেংনরম্বনি। মীনা শেম্বা মীবু মীনা ওত্তুনা খেন্নহনবা পূম্নমক মুখৎপনি। মীয়ামগী মরক্তা মরূপ মপাং মচীন-মনাও ওইনা নুংশি চান্ননা তোঙবাওমিন্নবা রাজনীতি সমাজ শেলথুম সংস্কৃতি হীরম খুদীংমক্তা শোত্থবা লৈতনা থোংমান্ননা চাওখৎমিন্নবা মীয়ামগী অশেংবা গনতন্ত্রগী মফম লৈহনবা হায়বসী ইরাবতকী ব্রাখল্লোন্নি। মসীমক পূনমীন্নবা চান্ন-চিন্ন হিংমিন্নবগী মুলমন্ত্রনি। ঙসিগী ঙাক নত্তে তুংগী তবং-তবংবা পান্দম অমগী মীৎয়েং ময়েক শেংনা উমিন্নবা হায়বসীসু ইবাবতকী পান্দমদা নিংথীজনা য়াওরী। পূম্নমক অসীনা অপূনবা অমসুং ফূরূপশিং চান্ন-চিন্ন হিংমিন্নবা হায়বসিদা ইরাবতকী মীৎযেং পান্দম ব্রাখল্লোন অমসুং থবকশিং নৌহৌনা পুখৎপা হাযবসীমদি খ্বাইদগী তঙাইফদবা ওইরি।

১। অনৌবা যুগঃ ইরাবত (ইডি!) - ৬শুবা মশীং ১৯৪৭ মে ১৮
২। য়াইমা, মাইপাকসনাঃ নিখিল হিন্দু মণিপুবী মহাসভা - (অহানবা মীফম) -(মরিশুবা মীফম)
৩। মথক্কীসীমক
৪। মথক্কীসীমক
৫। ইবোবী লাইখুরাম, ব্রাংখৈ কৈথেল অহনবী
৬। জননেতা ইরাতকী চামশুবা মপোক কূমওন নীংশীং চেফোঙ, জননেতা ইরাবত নীংশীং লূপ ককচীং -১৯৯৭
৭। ইরাবত ঃ লোকমান্য তিলক; চুবাচান্দ প্রিন্টিং ব্রর্ক্স, লা. ২২
৮। য়াইমা, মাইপাকসনা, নিখিল হিন্দু মণিপুরী মহাসভা
৯। বীর থোকচোম ঃ কমরেড ইরাবত, প্রোগ্রেসিব লিটরেচর হাওস - লাঃ ৪৫, ৪৬
১০। অনৌবা যুগ ঃ ইরাবত (ইডি) - ৭ শুবা মশীং ঃ ১৯৪৭, মে ২৫
১১। মথক্কীসীমক - ১বা মশীং ঃ ১৯৪৭ এপ্রিল ১৩
১২। মথক্কীসীমক - ৭ শুবা মশীং ঃ ১৯৪৭ মে ২৫

১৩। ইবাবতন আসাম চিথ সেক্রেটর্বিদা ইবা, ১৯৪৪
১৪। ইবাবত ঃ হৌজিক তৌগদবা কবিনো ' যাকাইবোল ১শুবা চহী ৯শুবা মশীং জুন ১৯৩২
১৫। ইবাবত ঃ মন্দলেগী খোঙফম ঃ সাহিত্য পৰিষদ পাত্রিকা ঃ ১বা মশীং ১৯৩৭ লা ঃ ২৪
১৬। ইবাবত ঃ সেন্টিন্যাল ওফ ডি ইষ্ট ঃ ইবাবত সেন্টৰ ফোৰ মাক্সিষ্ট ষ্টদিজ ১৯৮৮ লাঃ ২৬
১৭। জননেতা ইবাবত সিংহ, ড হ্যুম্যনিষ্ট ক্রুসেডৰঃ ইবাবত সেন্টৰ ফোৰ মাক্সিষ্ট ষ্টদিজ ১৯৯৯ লাঃ ৩২
১৮। মথক্কীসীমক লাঃ ১৫
১৯। ইবাবত ঃ কেপিটালিজম ঃ প্রোগ্রেসিব লিটৰেচৰ হাওস, ১৯৮৭, লাঃ ২২

* * *

# নুপীলান অমসুং ইরাবত

ইতিহাসতা থোইদোকপা মীয়ামগী ঈহৌ অমনা জাতি অদুগী মশক নাইরবা লুচিংবশিং শেমগত্তুনা মগুণ লেপ্পী। লুচিংবা অদুমক্কসু ঈহৌ অদুবু মহয় লৈনা লমজিংদুনা ইতিহাসতা মুৎনাইদনা মফম কন্দুনা থম্লবা কখোকপগা লোয়ননা পুখৎলি। মসিমক্কি মণিপুরগী ইতিহাসতা ঈং কুমজা ১৯৩৯ গী *'নুপীলান'* অমসুং মীয়ামগী লুচিংলেন হিজম ইরাবত। নুপীলাননা ইরাবতপু মৈ ঈকখি। ইরাবতনা নুপীলানবু হেন্থোইনা মশক থোকহল্লকখি।

নুপীলান লমদমসিগী কুনগুবা চহীচাগী খ্বাইদগী মরুওইবা থৌদোক অমনি। নুপীলানগী হিষ্টরিক্যাল সিগ্নিফিকেন্স থোইদোক্লা শীংথানিগুায় ওই। মতমদুগী মণিপুরী খুন্নাইগী সমাজ শেলথুম রাজনীতি অমসুং সংস্কৃতিগী চৈথেংশিং মশক তাকখিবা থৌদোক্নি। নিংথৌ লৈঙাক্কী শূপ্নম ফ্যূড্যল মোনার্কিগী তমথীবা মীওৎ, বৃটিশ সাম্রাজ্যবাদগী লোই লৈঙাক, অহানবা ওইনা লমদমসিদা মোনোপোলিষ্ট কেপিটেলিষ্টশিংগী মশক উৎলকপা, কয়াসিগী চৈথেংদগী থোকহল্লকখিবা অমসুং মসীগী মায়য়োক্তা হৌখীবা মশক থোক্লা থৌনা লৈরবা ঈহৌ অমনি। অমুকসু জাতিসিগী নুপীশিংনা সমাজ অমসুং শেলথুমগী লমদা শরূক য়াদুনা লাকখিবগী অশেংবা মশক্তু তরং-তরংনা তাক্লিবা থৌদোক অমসুনি। ইমুং মনুংগী হিংবগী লম্বীদা চপচাবা শরূক মেজর স্যর অমা লৌবদা নত্তুনা সমাজ শেলথুম, লৈবাক্কী মরুওইরবা থৌদোক, লুশিল্লক্লবা তানফমশিংদা মণিপুরী নুপীশিংনা পাঙ্গল থৌনা লৈনা মাঙজিল থানা চোংথোক্তুনা থেংনবগী ময়েক লারবা উরোং অমনি। মতমদুগী সমাজগী মশক সস্যল সিষ্টাম অদুবু মশক লেপ্পদা নত্তুনা অনৌবা মায়য়োন অমগী লময়ানবসু হৌখি। চাওখৎপা, অহোংবা পামজবা জাতিগী য়াইফবা অমসুং

নীংতম্নবগীদমক খনজবশিংগী মফমদা নৌহৌনা ঈনোৎ হাপখি। নুপীলানগী খোঙচত্তা বৃটিশ সাম্রাজ্যবাদ, মখোয়গী খোঙলোয়, মখোয়গী লাম্মী, ফ্যুড্যল মপু মহারাজগী মশক, মোনোপোলিষ্ট কেপিটেলিষ্টশিংগী শেন্দোংতমক য়েংবা মীয়ামগী পুন্সীবু করিসু খন্দবা লীচৎ, তৌশিন্নবা লুচিংবা লুচিংবীশিংগী মশাগী কান্নবা থিবা ওইজনাম তানবগী মচরীৎ, পূম্নমক অসিগী অপূনবা লৌতুনবা শরৌ কয়া থোরকখি, উরকখি। অসুম্না মতমদুগী সমাজগী মশক্তু ময়েক শেংনা পুথোকখিবা থৌদোক ঈহৌ অমনি।

পূম্নমকসিগী মথক্তা নুপীলানগী খ্বাইদগী মমল নাইদ্রবা খুদোল অমদি লমদম অসিদা অনৌবা যুগকী অনৌবা লুচিংবা অমবু মতাংচানা মৈ ঈত্তুনা শেমগৎলম্বসিনি। 'নুপীলান' কাঙলূপকী লান ক্লাস ষ্ট্রগলগী মনুংদা অহানবা খোঙহৌ ওইরিবা শেলথুমগী হায়বদি ইকনমিক ষ্ট্রগলগী চপচাবা ঈহৌদগী খ্বাইদগী মরুওইরবা রাজনীতিগী লান পলিটিক্যল ষ্ট্রগল অমগী থাক ফাওবদা চঙশীনখিবা ঈহৌ অমনি হায়বা যাই। লমদম অসি লাম্থোক্তুনা যূমলোন্নবা আসাম, বেঙ্গল ফাওদুনা মণিপুরীশিংগী ঈহৌবু ভারতকী লৈমাযদা শক্তাকখিবদা নত্তনা সাম্রাজ্যবাদ বৃটিশকী কোনুংফাওবা য়ৌখি। ভারতকী নীংতম ঈহৌগা লীপক্লখি। মসিমক্না 'নুপী লান' মণিপুরগী ইতিহাসতা পূমনৌ নৌরবা য়ারোল অমগী অনৌবা লান্ মখল অমনি হায়বা য়াই। কাঙলূপ নাইবা লৈঙাক ক্লাস রুলগী চৈথেংদগী থোরকখিবা ঈহৌনি।

### *হকথেংনরিবা থৌদোক*

নুপীলানগী হকথেংনরিবা থৌদোক্তি ডিসেম্বর তরানিথোই টেলিগ্রাফ অফিসকী থৌদোকসিনি। পোইনু পান্থামক্তদা ফৌ চেঙ তাঙশীল্লকপা, ব্লানবা ফংনরক্তবা, চাক তাঙবগী অকিবা পোক্লকপা, মসিদগী নুপী মীয়াম্না হৌরকখিবনি। চহীদুগী সেপ্তেম্বর (লাংবন) থাদা ঈচাও থোক্তুনা লৌফম কয়া শোকহনখি। লৌরোক পান্থাদা ফৌথোক ব্রাৎলগনি হায়বগী অকিবা পোক্লখি। ১৯৩৯-৪০ গী মণিপুর ষ্টেট এডমিনিষ্ট্রেসন রিপোর্টকী মতুংইন্না চহীদুগী জুলাই অরোইবা চয়োল অমসুং অগষ্টকী অহানবা চয়োলদা নোং কন্না চুদুনা ফৌ পান্বী অমদি মনা মশীং কয়া মাঙ-তাকহনখি। অমুকসু সেপ্তেম্বর অরোইবা অমসুং ওক্টোবরগী অঙনবা শরদ্ধক্তসু মদুমক থোক্তুনা অঙনফৌশিং মাঙ তাকহনখি। নবেম্বরগী ময়ায় চল্লকপদসু লেন তাদুনা লোক্কদৌবা ফৌ কয়া মাঙহনখি। চহীসিদা ফৌ থাখিবা লৌফম পরী

লীশীং হুমফুতরামরিরোমনি। ঈচাওনা মাঙহনখিবনা পরী লীশীং মাপল্লোমনি। পরীদা থোকপা ফৌথোক্কী চাংনা ফৌ পোৎ কুনমাপললোমনি। ফৌদীগী পরীদা ফৌপোৎ অনী অনীগী চাংদা খাকহৌরগা ফৌপোৎ লাক্ষ তরাতরেৎ লীশীং য়াঙ্খেরোম ফংই। তঙায়ফদবা ফৌগী চাংদা লাক্ষ তরানিপান্দগীদি তাদনা পানবনি। মতমসিদা চেঙ তকপা মিল তরামরিরোম লৈরে। মসিদা তক্লগা মণিপুর ব্রাংমদা থারম্বা চেঙ অমসুং চেঙপাক্কী চাং অসি চহীদুগী মমাঙগী চহী ১৯৩৮ জুলাই অমদগী ১৯৩৯ জুন কুম্থ্রা ফাওবগী রিপোর্ট অমদা পীরিবসি চেঙনা মোন ৩,৭২,১৭৪ সের ৩৭, চেঙপাক্লা মোন ১,৯৮,৫৫৪ সের ৩২ নি। মসিগী মনুংদা সরকারগী ওইনা কোহিমা বটালিয়ন, সিবিল জেল অমসুং হোসপিটালদা থারীবনা চেঙ মোন ৯১০৩ সের ৪ ছটাক ১৪ খক্তনি। মসিদগীসু মোনোপোলিষ্টশিংনা চাউরবা ফৌ চেঙগী চাং অমা শেন্দোংগীদমক মপান্দা থায় হায়বসী তাকই। ফৌথোক ব্রাৎলগনি হায়বগী মিপাইবা পোক্লবা চহীসিদসু মোনোপোলিষ্টশিং অসিনা মাঙজৌননা ফৌমায়চাবী থিদুনা, ফৌদমশেল থাদুনা ফৌয়াম অমা খোমজিন্নবা হোৎনখি। মদুনা পোইনুমক্তদা ফৌগী মমল হান্নদগী শরূক চামদা চামা তাঙখৎলম্মী। শঙবায়দা মখায় অমা পীরম্বদু লুপা অমা, মদুদগী ফাওবা হেন্না পীরকখি। মমল তাঙখৎপদা নত্তনা খুঙ্গংশিংদগী ফৌয়াম অমা মোনোপোলিষ্টশিংনা খোমগৎখিবনা কৈথেলদা মীয়ামনা ফৌ ব্রানবা, চেঙ ব্রানবা ফংনরক্তে। ফৌ খরা খরা ব্রাল্লগা চেঙকোক শুদুনা হিংনবগী শেন্দান লম্বী ওইরম্বী কয়া খুৎ তৎলকখি। কৈথেলদগী চেঙ ব্রান্দুনা চাজবা কয়াসু ব্রানবা ফংলকখিদে। তশেংনা চাকতাঙবগী অব্রাবা থেংল খি। মসিদগী মিলশিংনা চেঙ তকপা অমসুং মপান্দা চেঙ থাবা থিংনবা ব্রাকৎনরকখি। মমাঙ সেপ্তেম্বর তরাহুমদোইদা মখাতাবা হুকুম অমা থোক্তিফাওবা মপান্দা চেঙ থাবা থিংনবা ষ্টেট দরবারদা পুখৎখি। মদু মহয় লৈখিদে। দরবারদগীদি নিংথৌনা মকোক্লি। মদুগী মথক্তা পোলিটিকেল এজেন্ট অমুক লৈরি। মীয়াম্না দরবারদা চত্তুনা ব্রাকৎলি। দরবারগী মেম্বরশিংগী মরক্তগীসু চপচাবা ফৌচেঙগী চাং খঙড্রিমখৈ চেঙ থাবা লেপ্পবা ব্রাফমদা শৌগৎখি।

ডিসেম্বর অনীশুবা চয়োলদগীদি চেঙ থাবা থিংনবগী ঈহৌ অসি কনখৎপা হৌরকখি। ডিসেম্বর তরামাথোইদা নুপী লীশীং অনীরোমনা ষ্টেট দরবারদা চত্তুনা খুদক্তগী চেঙ থাবা থিংবীনবা হায়জে। অদুবু নুমিত্তুদা দরবারগী প্রসিদেন্ট লৈরমদবদগী হয়েং অমুক লাকউ হায়দুনা হায়রকখি। নুমিৎসিদগী নুপী মীয়াম্না

মপান্দা থাদোকখিনবা চেঙ ফৌ হাপ্তুনা লৈরম্বা গাড়ীশিং থিংবা হৌখি। লোয়ননা মমাংগী নুমিত্তা নুপী মীয়াম মতম চানা লাক্লদুনা দরবারগী প্রসিদেন্টতা ব্লাকৎলুনবা লেপ্লখি।

ডিসেম্বর তরানিথোইগী অয়ুক পূং তরারোম হেল্লকপদা নুপী লীশীং মরিরোম মণিপুর ষ্টেট দরবার তম্না চৎলে। প্রসিদেন্টতা (টিঃএঃ শার্প) মপান্দা চেঙ থাবা অমসুং চেঙগী মিলশিং থিংবীনবা ব্লাকৎলে। অদুবু মতমদুদা নবদ্বীপতা লৈপ্লিবা মহারাজগী অয়াবা য়াওদনা খূৎ থাবা ঙমদে। মপান্দা চেঙ থাবা, এজেন্ট হাপ্পা, মিলগী পার্মিট পীবা ঙম্নমক মহারাজগী হুকুম মতুংইন্না তৌবনি হায়বসীনি। অদুবু নুপী মীয়াম্না লেপ্তুনা তকশীনবদগী মহাক্লা ঙম্বা হায়ববু ইমা ইবেলশিংগী ব্লাফমসি ঙসিমক টেলিগ্রাম তৌদুনা মহারাজদা খঙহনখিবসিদনি হায়বদগী অদুদি ফরে টেলিগ্রাম তৌরো হায়দুনা টেলিগ্রাফ অফিস তান্না পুরকখি। প্রসিদেন্টনা মহারাজদা টেলিগ্রাম থারবা মতুং অয়ুক্কী চাকলেন চাদ্রি চৎলগে হায়বদা নুপী মীয়াম্না য়াদ্রে নহাক্তি চাকলেন অমত্তনি ঐখোয়দি ইচা-ইশূ পূম্না নুমিৎ কয়ানি চাবা ফংলক্লবনি। মহারাজগী অকক্লবা হুকুম অমা ফংদ্রিবফাওবা চৎপা য়ারোই হায়দুনা টেলিগ্রাফ অফিস কোয়শীন্দুনা থমখ্রে। চৈরকসিদা প্রসিদেন্টপু ঙাক-শেন্দুনা পুথোক্লবা হোৎনখিবা মরিশুবা আসাম রাইফলসকী কমান্দেন্ট মেজর বুলফিলদ অমসুং সিবিল সর্জন মেজর কম্মিন্স অনীমকসু থোকপা ঙমদ্রে। লুচিংবী কয়ানা ইচীন-ইনাওশিং ঙসিদি হন্নবা য়াদ্রে হায়দুনা পূম্নমকপু থৌনা হাপ্পী। অদুদগীদি দবল বেঙ্গুন খোংদুনা রাইফল মতোন্দা শঙ্গিন তোপ্পা নোংমৈ পায়বা, চৈতূপ পায়বা আসাম রাইফলসকী সিফাইশিং থোমজীল্লক্তুনা নুপী মীয়ামগী মথক্তা শঙ্গিন্না থিনবা, নোংমৈ গুন্দানা শুবা, খোঙউপ বুটনা কাওদুনা নেৎপা, চৈনা কম্থুবা কয়াগী তমথীববা শাফূনা খুৎলায় য়াওজদবী, পূক্কী দাবী তৌজবী, শান্তি ওইনা থেংনরিবী নুপী মীয়ামগী মথক্তা বৃটিশ অমদি নিংথৌ লৈঙাক্কী তমথীরবা, মখুত্তা লানফমগী খুৎলায় পায়ববা সিফাইশিং অদুনা লান্দাখি। টেলিগ্রাফ অফিসকী কম্পাউন্দা লমদমসিগী নুপীশিংগী হকচাংদগী ঈ তাহনখি। নুপী কুনমঙারোম থীনা শোকখি। মতমদু ফাওবদা থৌনা ফনা লেপ্তুনা লুচিংখিবী খবদি শ্রীমতি তোংব্রম শবী দেবী, রজনী, কুমারী, লৈবাক্লে, সনাতোম্বীনচিংবীনি। মতমদুগী মণিপুর পূলিস ইন্সপেক্টর খোমদ্রাম ধনচন্দ্রনা শবীগী থবাক্তা খোঙপাক্লা ফাওবা কাওখি। তুশিল্লবফাওবদা খোঙউপনা হন্না হন্না কাওখি হায়বসীনি। অসুম্না ইতিহাসতা নুপী লানগী মফম ময়েক লানা হক্তুনা লৈহৌখি।

নুমিৎসিদগীদি নুপীলান অমুক্কা হেন্না কনশীল্লকখি। ডিসেম্বর তরাহুমদোইদা ষ্টেট পূলিস বাজারদা মীওই লীশীং তরারোম তিন্দুনা অচৌবা মীটিং অমা পাঙথোক্লে। খুঙ্গং লৈকায় পূম্নমক পূম্নীন নিল্লে। মীটিংদুনা চেঙ তকপা মিলশিং নুপী মীয়াম্না চত্তুনা থুগাইবা, মপান্দা চেঙ পুদুনা চৎকদবা ডিমাপুর লমবী চীংমৈরোঙদা নুপীশিংনা য়ারেক্তুনা চেঙ গাড়ী পূম্নমক থিংবা, খুঙ্গংদগী ফৌ পুরকপা ষণ গাড়ী খুদীংমক মিলশিংদা য়োন্দনবা লম্বীদা থিংবা, খ্বাইরম্বন্দ কৈথেল লেপ্লা হায়বনচিংবা ব্বারেপ তারে। খুদক্তগী থবক হৌবা লেপ্লদুনা পলিটিক্যল এজেন্টতা চত্তুনা ব্বাকৎলে। কৈশামথোংদা লৈবা তোলচৌগী মিল থিংজিল্লে। পলিটিক্যল এজেন্টনা মিল পূম্নমক থিংজিন্দ্রবদি লোইনমক থুগাইরগনি হায়রে। অদুবু নুমিৎসিগী নুংথিল পূং অমা মখায়রোম তারকপদা পলিটিক্য এজেন্টনা নুপী মীয়ামদা মহারাজগী চিঠি ফংলে চেঙ থাবা লেপহন্নবদা মতেং পাংননবা হায়রক্লে হায়বগী পাউদি তমখ্রবনি। মথং ডিসেম্বর তরামরিদসু রিজার্ব এরিয়াগী ব্বাংমা মন্ত্রী পুখ্রীদা লৈবা মরব্বারীগী মিল অমা চেঙ তকই হায়দুনা নুপীশিং চত্তুনা থুগাইরুনবা হৌরে। লম্বীদা পলিটিক্যল এজেন্টনা মিল মপুশিংদা ঙরাং অহিংদগী মিল তকপা লেপ্লবা খঙহনখ্রে লাল পাসকী নত্তনা অতৈ চেঙ থাবসু মতম খরাগী লেপ্লবা নোটিস থোকখ্রে হায়দুনা থেমজিনখি।

*ইরাবতকী মখা তারকপা লমজীং ঃ*

মতমসিমক্তদা ইরাবত কাছারদা লৈরি। নিখিল হিন্দু মণিপুরী মহাসভাগী মরিশুবা চীংঙা মীফম্না (ডিসেম্বর ২৯, ৩০, ১৯৩৮) মীয়ামগী মীহুৎনা শেমজবা লৈঙাক শাসন অমগী দাবী হেন্না চেৎনা পুখৎলকপদগী মহাসভা অসি রাজনীতি দল ওইরে সরকারগী থবক তৌবা, সরকারনা শেঙ্গং পীবা স্কুলশিংদা ওজা ওইবা অমত্তা য়াওবা য়ারোই হায়রকপদগী ইরাবত সদর পঞ্চায় কোর্টকী মেম্বর ফম থাদোক্তুনা (১৫/৩/৩৯) মহাসভাগী প্রসিদেন্ট ওইনা থৌদাং কন্না লৌরকপা মতমনি। মসিগী থবক থৌদা পুদুনা অমদি মীয়ামগী অব্বা অনং কয়াগী মতাংদা থেংননবা নবেম্বর তরানিথোইদগী কাছারদা চৎখিবনি। নুপীলানগী থৌদোক, মসিবু নিখিল মণিপুরী মহাসভানা লমজিংলিবা, মখা তানা চঙশীন্নবগী মতাংদা ইরাবত কৌথোরকখি। মহাক্লা পীখিবা ব্বারোলগী মতুংইন্না ডিসেম্বর তরামরিগী নুংথিন্দা টেলিগ্রাম ফংই। দিসেম্বর তরামঙাগী অয়ুক্তগী কাছার থাদোরক্তুনা তরাতরুক্কী নুমদাংব্বাই পুং মঙা মিনিট তরামঙাদা ইম্ফালদা থুংই। পলিটিক্যল এজেন্টনা

(জিমসন) আসাম গর্বনরদা থাবা রিপোর্ট অমগী মতুংইন্নসু ইরাবত ডিসেম্বর তরাতরুক্তা হল্লকই। নুমিৎসিগী নুমিদাংদা চীংমৈরোঙদা নুপী মীয়াম তিনবা অমদা ব্রা ঙাঙবদা নুপীশিংনা চথরল্লিবা থবক অদু অফবনি হায়খি হায়না পল্লি। নুমিৎসিদা মহারাজসু হল্লক্লে। মথং ডিসেম্বর তরাতরেৎতা মহারাজগী মফমদা মরাল লৈজদ্রবী নুপীশিংবু সিফাইশিংনা তমথীনা তৌখিবদুগী মরম থিগৎপীদুনা মতীকচাবা লৌখৎপা য়াবা লৌখৎপিনবা ব্রাকৎলে। অদুবু নিংথৌনা নুপীশিংগী ঈহৌবু নমথনবা লুচিংবা অমদি লুচিংবী কয়া কৌদুনা পাউতাক পীবা, কিহনবা, লাকশীনবা, খুৎচাবী মীওই কয়া থাদোক্তুনা অমগা অমগা তোখাই তোখাই তানহন্নবা শীনবনচিংবা থৌরাঙ কযা চথরে। অদুবু ইরাবতকী লমজিং মখাদা মীয়ামগী ঈহৌদি হেন্না হেন্না কনখৎলকখি। মণিপুরগী কাচিন কোযা শীস্থংনা শন্দোরকখি।

চৈবকসিদা নিখিল মণিপুবী মহাসভাগী লুচিংবশিংগী মরক্তসু খাইবুং খাইবুং তারকখি। ১৯৪০ জানুৱারি তবেৎকী অয়ুক্তা খ্বাই নাগমপান খ্বাইরাকপম মাঘ সিংহগী যুমদা মহাসভাগী ব্রাকিং কমিটি মীফল ফম্মী। ইবাবতনা সভাপতি ওই। মেম্বর তরা-তিনখি। মীফমদুদা ইবাবতনা নুপী মীয়ামনা থেংনখিবদু অচুম্বনি। খুৎলাই পায়জদবা, শান্তি ওইনা মখোয়গী অৱাবদু কোকহনবীনবা হায়জরুবদা খুৎলায় পায়বা সিফায়শিংনা শঙ্গিননা থিনবা, বটনা শুবা, বুটনা কাওবা, লীচৈনা কনবা তমথীনা ফৃদুনা ঈখেং তাহনখিবা মদুগীদমক থেংনবা তাবনি। লমন খুম্বা ওইনা সরকার অসিগী মথক্তা মহাসভানা অচৌবা মীয়ামগী আন্দোলন অমা তৌনবা ব্রারেপ পুখৎখি। অদুবু খ্বাইরাকপম মাঘনা ডিসেম্বব তরানিথোইগী শঙ্গিননা শোকখ্রবা মতুং নুপী মীয়াম্মা মিলশিং থুগাইবে। চেঙ থাবা থিংখ্রে। খুঙ্গংদগী ফৌ পুরকপসু লম্বীদা ফাদুনা চাইখাইবীরে। মসিনসু লমন খুন্নবনি হাযনা লৌবা য়ারে হায়দুনা মখা তাবা আন্দোলনগী খোঙজঙ য়াদ্রে। মমৈদা ভোট লৌনবদা ইরাবত মায়থীরে (মঙা-মরিদা, অমনা পীদবা, মেম্বব ১১ গী মনুংদা ১০ তিনখিবা)।

মসিদগী হল্লক্লগা ইরাবতনা লুচিংদুনা মণিপুব প্রজা সম্মেলনী শেম্বগা লোয়ননা নুমিৎসিগী নুংথিল পূং অনী তাবদা পোলিসল্যাণ্ড লম্পাক্তা মীযামগী মীফম পাঙথোক্লে। মীটিং অদুদা ব্রা ঙাঙবদা ইরাবতনা ঈহৌ অদু নুপীশিংগী ঈহৌ ঙাক্তা নৎখিদে মদু মীয়ামগী ঈহৌনি হায়বা চপচানা খঙলে হায। মীযাম্মা তাল্লিবদি মণিপুবদগী মপান্দা চেঙ থাবা থিংবা, মণিপুবদা লৈবা চেঙ তক্লবা মিলশিং লৌথোকপা, দরবারগী মেম্বরশিং শিন্দাকপা, অসিনি। চেঙ থাবা থিংবগী মতাংদা

মসী থিংলবদি কদাইদগী পৈশানা টেক্স থীগদগে হায়বা মীওই খরগী ব্রাফম পল্লদুনা ষ্টেট অসি মীয়ামগীনি টেক্সকা চীঙাক্কা কনানা হেন্না মরু ওইবনো মীয়ামনা চরা হেন্দুনা শিরবদা কদাইদগী ষ্টেটনো মতমদুদা টেক্সকী ব্রাফম লৈখিদ্রা হায়খি। মিল লৈত্রিঙৈদা চেঙকোক শুদুনা চরা তানজরম্বশিং চানীংঙাই লৈতবনা তেংথারি। মিলশিংনা মীয়ামগী চাকখাও য়ৈথংলি হায়না পল্লদুনা মসি পূন্নমকসি ষ্টেটনা থোকহনবনি। ঐখোয়গী ইমাশিং অদুনা থেংনখিবদু কনাগুম্বা লনাই অমগী কান্নবা নত্তে পূক তংলবা লান্নবা লাক্ষ মঙাগী য়াইফনবগীদমক্লি। ঐখোয়গী ইমাশিংনা চীঙাক্কীদমক ওথোরিতিগী মফমদগী ভিক্ষা নিরগা ঐখোয়বু থাকপা ওইথোক্লোই। চেঙ নিরুবগীদমক শঙ্গিননা থিনথ্রে হায়রদুনা নুপী মীয়াম্না থৌনা ফনা থেংনখিবশিংবু শীংথাখি। ঐখোয়গী ইমা, ইচে ইচলশিংবু তমথীনা ওৎনৈরবা অমদি চংফনা ইকাইবা পীরবফাওবদা ঐখোয়গী নুপাশিংনা মপূং ফারবা অহিংশাগী খোঙজংদা চখদুনা লৈরি। হায়বনচিংবা ব্রাফমশিং পনখি। অদুবু মীটিং অদুদা ইরাবতনা সরকারগী মায়োক্তা শীংনদুনা ঙাঙই হায়বগী মরাল শীদুনা জনুৱারি মাপলদা ফাদুনা জেল পীখি।

ইরাবতকী বিচার অদু শাক্ষিশিং পুলিসকী মায়কৈদগী অফিসিয়েটিং সুবেদার লাইশ্রম য়াইমবী, এ এস আই করাম য়াইস্কুল, এস আই নং ব্রান সলাম তোম্বা, আই পি খোমদ্রাম ধনচন্দ্র, কনষ্টেবল ঝুলোন অমদি মালোমদগী ময়াংলম্বম খোমদোননচিংবা কয়াগী জবান লৌরবা মতুংদা ১৯৪০ মার্চ কুনমাথোইদা মণিপুর ষ্টেট দরবারনা আইপিসিগী ধারা ১২৪ এগী মখাদা চহী অহুমগী অচম্বা মিয়াদ পীখি। মণিপুর ষ্টেট দরবারগী কোর্টতা চথখিবা ক্রিমিনেল কেস নং. ৪, ১৯৪০ গী জজমেন্ট অদু টি এ শার্প, পৃয়বর্ত্ত সিংহ, এস এন সিংহ, এল এম আই ঐচ সিংহ, এস সিংহ অমসুং ভাস্কর সিংহ তরুক্লা সহী তৌখি। শাক্ষিশিং অদুনা জানুয়ারী তরেৎকী মীটিংদুদা ইরাবতনা "টেলিগ্রাফ অফিসতা পূং অমা তাবা মতমদা থোকপা থৌদোক অদু নিংশীংবীয়ু। চেঙগী ভিক্ষা নিজরুবদা শঙ্গীন মচিন নোংমৈগী গুন্দা ফংই। মসিগী মরমদা লমন খুম্নবা হৌনবী থৌরাং তৌবনা চুম্মী অমসুং মসিগী প্রতিকার তৌফম থোকই। চেঙ খুয়া অমগী ঈ খুজোক অমা পীদুনা লৈবা, ঈ খুজোক অসি পীরমদ্রবদি চেঙসু বন্দ তৌরগ্লোইদবনি"। *"ব্রাহ্মনীগী ঈ তাবগী লমন খুন্নসি"* হায়বনচিংবা হায়দুনা সরকার অদুগী মথক্তা অকনবা শীংনবা, মীয়ামদা সরকার অদুবু তূকচহন্নবা হোৎনখিবা কয়াগী মরাল শীখি। অদুবু ইরাবতকী মথক্তা

অহুম ফাদোক পীবগী রায় অদু তারকপদা কৈথেল নুপী মীয়াম্না হৌরক্লুনা বেপার দুকানশিং চাইখাইখি পোৎচৈ য়োলহনখিদে। রড়সাহেব অমদি সিফাইশিংনা লাকশীনবা ঙমদ্রদুনা মহারাজমক লাক্লুনা ঙাকখি হায়না চৈথারোল কুম্বাবাবক্লসু শীংথারি।

ঈহৌ অসি নমথবা ঙম্বগী মহুত্তা হেন্নদুম কনখৎলকখি, শেলথুমগী মায়কৈদগী সমাজ সংস্কৃতি রাজনীতিগী খোঙথাঙ য়ৌরকখি। নিংথৌগী মায়য়োক্তা, বৃটিশ সাম্রাজ্যবাদিগী মায়য়োক্তা, মোনোপোলিষ্টশিংগী মায়য়োক্তা, মখোয়গী শূপ্নম লৈঙাক্কী মায়য়োক্তা হনবা লৈতনা চঙশীল্লকখি। ফ্যুড্যাল লোর্ড নিংথৌ, সাম্রাজ্যবাদী বৃটিশশিংদা পারা অমা তম্বীখি। খেব্রা, মাসুল, শেন্তেক চপচানা থেংনরকখি। লৈঙাক শাসন্দসু হোংদবা ঙম্লকখিদে। অহোংবা কয়া পুরকখি। মীয়ামদা অশেংবা গনতন্ত্র অমদি নীংতম্বগী মঙাল অমা চপচানা পীবা ঙমখি। শূপ্নম লৈঙাক্কী মশক ময়েক শেংনা খঙখি। নিখিল মণিপুর মহাসভাগী পান্দমশিং ময়েক শেংলকখি।

লুচিংবা ইরাবত ইম্ফাল সেন্ট্রেল জেলদগী শিলেট জেলদা থাখি। মফমদুদসু নুপীলান থৌদোক তত্তুনা নিংশীংখি। মদুমক্লা মহাক্কী 'ইমাগী পূজা' হায়বা শৈরেং লাইরিক্তা ডিসেম্বর তরানিথোইমক শৈথাবা শৈরেং ইরমখী । ১৯৪৩ মার্চ কুনদা মিয়াদ মতম লোইদুনা থাদোক্লবফাওবদা মণিপুরদা চঙহন্দবদগী কাছারদা লৈখি। ১৯৪৬ ফেব্রুৱারিদা (তাং ২৮) চঙবা য়াদবগী মতম লোইদুনা মার্চতা মণিপুর হল্লকখি। নুপীলান মতমদগী শেমগৎলকখিবা মহিলা সম্মেলনী অমুক হন্না তাশীন খোমজিনখি। ১৯৪৬ চহীদুগী মার্চ তরেত্তা ৱাংখৈ য়োংলান লৈবক কবাম বিদুবগীদা ফম্বা মরুওইবা মীওই কয়ানা পুন্দুনা মণিপুর প্রজা মণ্ডল শেম্মী। লৈবাক্কী ৱাফম কয়া পুখৎখি। অগষ্ট কুনমাথোইদা ক্বাকৈথেলদা লৈবা অনৌবম গৌডমনি শম্মগী মাঙুবতা ফম্বা প্রজা সম্মেলনী, প্রজা মণ্ডল অনীগী অপূনবা মীফমনা মণিপুর প্রজা সংঘ কৌবা অপূনবা পূপ অমদা পূনশীল্লি। ইবাবতনা জেনেবেল সেক্রেটবি ওই। ওক্তোবর মরিগী এরিয়ান হোল মীফমদা কায়নরবা মতুংদা ওক্তোবর তব্দক্তা ফম্বা প্রজা সংঘগী ৱার্কিং কমিটি মীফম অমনা ইরাবতপূ সভাপতি খল্লী। মীফমদুনা ডিসেম্বর তরানিথোই নুপীলান নুমিৎ নীংশীং থৌরম পাঙথোক্লবা ৱারেপ লৌই। অসুম্না ১৯৩৯ গী মতুংদা ইহান হানবা নুপীলান নীংশীং থৌরম ১৯৪৬ দিসেম্বর

তরানিথোইদা কৈশামথোং তোপ লৈরক দামোদর পালগী লম্পাক্তা পাঙথোকই। ইরাবত অমসুং খগেন্দ্রজিৎনা মপূং ফারবা রিপোর্ট পীখি।

মথং ওল্লকপা চহী ১৯৪৭ তদি মণিপুর মহিলা সম্মেলনীনা শীন্দুনা মণিপুর দ্রামাতিক হোলদা পাঙথোকই। ১৯৪৮ সেপ্তেম্বর কুনমাথোইদগী অন্দরগ্রাউন্দ তাদুনা লৈরবা মতুং অন্দরগ্রাউন্দা লেপ্তুনা নুপীলান নীংশীং থৌরম শীনখি। অসুম্না লুচিংলেন ইরাবতনা নুপীলানগী ইতিহাস অমা মুৎনাইদনা শাগত্তুনা পুথরকখি। মতম পূম্নমক্তা অহিংবা মশক অমা ওইনা লৈহৌনবা পাউজেল্লি - হায় " ঙসি অহিং লেল্লে/নুমিৎ অমা চৎখ্রে/শম পুনশীল্লু দেবী/ইফা ফারিবদো/ ডিসেম্বর ১২ অমা হৌখ্রে/ ডিসেম্বর ১২ অমা লাক্লে/ কাউরব্রা ?/ থাজব্রা শম পুনগনি হায়বা ?/ নীংব্রা নুমিৎ অসি লাক্কনি হায়বা?/" (ইমাগী পূজা) । মতমগী খোঙচত্তা তত্তনা লাক্লিবা ডিসেম্বর ১২ কাউবা নাইদনা নিংশীংহল্লি। নুপী মীয়ামদা লোম্নাইদ্রবা থৌনা পীরি। শেম শাহল্লি। তাশীন খোমজিলহল্লি। মসিনি থোইদোক্লা মপূং ওইরিবসি। মসিনি নুপীলান অমসুং ইরাবতকী থাফদনা লীপক্ল রিবা খোঙচৎ।

মতেং লৌখিবশিং ঃ


১। ইরাবত হিজম ঃ ইমাগী পূজা ঃ ইরাবত লাইরিক ফোঙবা লুপ, ১৯৮৭
২। য়াইমা লোইতাম, রাজকুমার মায়পাকসনা ঃ নিখিল মণিপুরী মহাসভা
৩। ইবোবী লাইখুরাম ঃ মণিপুর প্রজা সম্মেলনী অমসুং অনীশুবা নুপীলান
৪। এদমিনিষ্ট্রেসন রিপোর্ট ওফ মণিপুর ষ্টেটঃ ১৯৩৮-৩৯, ১৯৩৯-৪০
৫। ইবোয়াইমা এল ঃ ইরাবত ঃ পুন্সীগী শক্তম খরা, নোহাখোল ১৯৯৬
৬। সেলেক্ট ডোকুমেন্টস ওফ জননেতা হিজম ইরাবত, ভো ঃ ১ মণিপুর ষ্টেট আর্কাইবস - ১৯৯৬


***

# ইরাবতকী রাজনীতিগী খোঙচৎ

হিজম ইরাবত মণিপুরদা ইহান হানবা অনৌবা যুগকী অনৌবা রাজনীতিগী ৱাখল্লোন পুরকখিবা অমসুং মদুগী খোঙবু শাগত্তুনা থেংনখিবা অথোইবা লুচিংবা অমনি। মহাক্কী মতম কুনশুবা চহীচা অহানবা তংখাই (১৮৯৬-১৯৫১) অসীগী মনুংদা মণিপুরদা মায়কৈ কয়াদা অনৌবা য়াৱোল, নৌহৌনা য়াকায়রকপগী অনৌবা ঈনোৎ কয়া লাকখি। সমাজ-শেলথুম-সংস্কৃতি, কলা-সাহিত্য শান্ন-খোৎনবা হীরম কয়াদনি। অনৌবা ৱাখল্লোনগী অনৌবা খোঙদাফম, অনৌবা মায়য়োন লেপ্পকপগী তানজা অমনি। খোঙচৎ অসিদা ইরাবতনা মীওইবগী অশেংবা নীংতম্বা অমগী মশক তাক্লবা হোৎনখি। মীওইবগী অশেংবা নীংতম্বগী ৱাহন্থোক অসিদনি ইরাবতকী অশেংবা রাজনীতিগী খোঙচৎ অমসুং ৱাখল্লোনগী মশক লেপকদৌরিবসু।

মহাক্না হোৎনখিবা থেংনখিবা কখোকখিবা পুন্সীগী থৌদাং পূন্নমক্তগী খ্বাইদগী মরূওইরিবসু মহাক্কী রাজনীতিগী ৱাখল্লোন অমসুং খোঙচৎ অসিদনি। মপূংওইবা পান্দমসু মসিদনি, অরোইবা কখোকপসু খোঙচৎসিদনি। ইরাবতকী অশেংবা মমল লেপ্পকপদা থোইদোক্লা মশেক নাইরিবা শরূক অমসু মসীনি। মীওইবা খুন্নাইনা চাকথুং-ফিথুং, নুংঙাই-য়াইফ চান্ন-চিন্ননা হিংমিন্নবগী মঙালবু মঙফাওনরক্লবগী খোঙচৎ অমদনি। কোইথোক্লা হায়দবা য়াই - ইরাবতকী রাজনীতি ৱাখল্লোনগী পান্দমদি সস্যালিজম (মান্নবা খুন্নাই) নি। পম্বুং অসী য়ৌনবা খোঙচৎনি। লৈবাক পূন্নমক্কী প্রোলিটরিয়ান অমসুং মপাঙ্গল থাংদোক্তুনা শূজ-নোমজরিবা মীয়ামগী মালেমগী ওইবা অপূনবা অচেৎপা লীপূন অমগী ৱাখল্লোন ওইরিবা লোয়ননা খোঙবু অসীগী খূৎপু মখোয়গী পার্টিগী লমজিং পোরম তাক্লিবা

প্রোলিটরিয়ান ইন্টর্নেসনেলিজমদা চপচানা থাজবা থমদুনা চঙশীনখিবা বিবোলুসন্যবি অমগী খোঙচৎনি। মদুমক্তা মহাক কম্যুনিষ্ট ওইখি, কম্যুনিষ্ট পার্টিদা য়াওখি; মার্ক্সিজম-লেনিনিজমগী ব্রাখল্লোন্দা লূপখি।

পলিতিক্যল পার্টিশিং অসী পৃথিবীগী ইতিহাসতা করিগুম্বা অকক্লবা তাংকক্ অমদগী পোক্লরকখি। কেপিটেলিজমগী ক্লাসিক্যল লমদমনি হায়না লৌনরিবা ইংলেণ্ডদগী মাণ্ডজিল থাবা পলিটিক্যল পার্টি পোক্লকখিবগী ব্রাফম পন্নরি। অসূন্না মথং মথং মখা তানা শন্দোরক্লনা শূজ- নোমজবিবা মীযামগীদমক থেংনখিবা পার্টিশিং সস্যলিষ্ট, সস্যল ডিমোক্রেট, লেবর পার্টিনচিংবা কযা লাকখি। লোয়ননা মার্ক্স এঙ্গেলসনা লুচিংবা কম্যুনিষ্ট লিগ, ইন্টর্নেসন্যল ব্রার্কিংমেন্স এসোসিযেসন লিংখৎখি। ঈং কূমজা ১৮৩৬ তা শিন্নীশিংগী পলিটিক্যল ওর্গনাইজেসন অমা ওইনা লিংখৎখিবা 'লিগ ওফ দ জষ্ট' হাযবসিদা মার্ক্স এঙ্গেলস য়াওরবা মতুং ১৮৪৭ লন্দনদা ফম্বা মীফম্না 'কম্যুনিষ্ট লিগ' হায়না ওনবগা লোযননা 'মীপূম খুদীংমক ইচীন-ইনাওনি' হাযবা খোল্লাউদগী 'লৈবাক পূম্নমক্কী শূ- নোম্লিবা মীয়াম পূল্লো!' হায়বা খোন্থাংনা মহুৎ-শিন্দুনা প্রোলিটবিয়ান ইন্টর্নেসনেলিজমগী অকনবা ঈহূল পীরকখি।

'কম্যুনিষ্ট মেনিফেষ্টো' পুথোবকপদা সাইন্টিফিক কম্যুনিজমগী অহানবা প্রোগ্রাম্যাটিক দকুমেন্ট অসীনা বুর্জব্রা অমসুং প্রোলিটবিযেটশিংবু মশক তাক্লনা মীওইবগী ইতিহাসতা সমাজনা চাওখৎলকপগী তাংকক খুদীংমক প্রিমিটিব কম্যুন্যল সিষ্ট্যম নত্তনা অতৈদি ক্লাস ষ্ট্রগলগী ইতিহাসনি, অদুনা প্রোলিটবিযানশিংগী হিষ্টবিক মিসন্দি (ইতিহাসকী পান্দমদি) অরিবা মীনা মীবু ওৎপা মীওৎপগী সমাজবু থুগাইদুনা অনৌবা, ওৎপীরবা মীয়ামগী মায়কৈদা লিংবা সমাজ অমা পুরকপনি, মসিদা কম্যুনিষ্ট পার্টিনা পনমাং থাবা ওইদুনা প্রোলিটয়েটশিংবু কাঙ্লূপ অমদা পূনশীন্দুনা বুর্জব্রা শূপ্লম্বু লোইশিনবনি অমসুং রাজনীতিগী শক্তি পূম্নমক প্রোলিটরিয়ানশিংনা পায়শীনগদবনি হায়বনচিংবা ময়েক শেংনা অমসুং মচীন তুম্ন া পীরি। পান্দমসীমক লমদমসিদা ইরাবতনা পুখৎখি। লমদমসিগী ওৎপীরবা মীয়াম্বু মখোয়গী পান্দম হিষ্টরিক মিসন অসিদা থৌদাং লৌদুনা থেংননবা শাগৎখি। নিংথৌ অমদি ইমপরিয়েলিষ্ট বৃটিশ লোই লৈঙাক্কী মীওৎ মীনৈ খাঙলিবা লৌমী, লায়রবা শূজ- নোমজরিবা মীয়ামগী পুন্সীগীদমক থেংনখি। মীয়ামদা লৈবাক্কী মপু ওইবগী

অমদি বাজনীতি শক্তি পাযবক্লবগী ঈহৌ শাগৎলকখি। লৈঙাক মপূশিংগী ঃ মীয়াম্না কবিসু তৌবা ঙমদনা লৈবিঙৈ মতমদুদা ইবাবতকী খোঙহৌ পূমনৌ নৌবা অকনবা শক্তি অমনি। অমুকসু মালেমগী ওইবা সস্যলিষ্ট সিষ্ট্যম অমা শাগৎপদা সস্যলিজমগীদমক কখোকপগী ব্রাখল্লোন অমসুং মসীগী অপূনবা খোঙচৎ সস্যলিষ্ট পেত্রিওটিজম হাযবসীমক খক থাদোক্লবা য়াদবা অমনি। গুণ অসীমক ইবাবততা চেনখি।

মসিদা নিংশীংবা যাবিবদি মীওইবা খুন্নাইগী ইতিহাসতা জাতি অমনা মীযামগী নীংতম্বগী ঈহৌ শাগৎলকপদা মদুবু লমজিংবীনবা মতীক চাববা পলিটিক্যল পার্টি তঙাযফদে। অমুকসু পার্টি অদুনা খ্বাইদগী থৌনা ফববা, থেংনবকপা কযাদগী নিংথীজনা তমশিল্লবা, জ্ঞান লৈববা, মশাগী ওইজবা থাদোক্তুনা কখোক্লবা, থকসী-খাসী চেৎপা থম্মোয শেংবা, মীযাম মবক্তা চঙদুনা মীযামগী থেংনবগী শক্তিব্ যাকাইহন্দুনা লমজিংবা ঙম্বা লুচিংবশিং পূথোকপা চঙই হাযবা শক্লাইববা লুচিংবশিংগী বাফম অসীনি। অসীগুম্বা তানজাদনি লমদমসিদা মীয়ামগী অশেংবা নীংতম্বগীদমক লুচিংবা ইবাবত অমসুং মহাক্কী বাজনীতিগী থৌদাং, ব্রাখল্লোন, খোঙচৎ লাকখিবসি। ইবাবতকী ঈহৌ মযেক শেংঙি। মীযামগী অপূনবা লূপশিং শাগৎপদা অপনবা কযা লৈবিঙৈ মতমদুদা হৈ-শিংনা পূখৎলক্লবা হোৎনখি। অহানবদা সমাজ সংস্কৃতি, সাহিত্য কলা, শান্ন- খোৎনবা কযা অসীগী লূপশিং শেমগত্তুনা মীযামদা অপূনবগী শক্তি, মদুগী কান্নবা, মদুদা থাজবা পূবক্লবা হোৎনখি। ঈং ১৯৩৪ দা 'নিখিল হিন্দু মণিপুবী মহাসভা' লিংখত্তুনা মীযামগী সমাজ সংস্কৃতি শেলথুমগী পুন্সী ফগৎনবা পূখৎপগা লোযননা মণিপুব মনুং অমসুং মপান্দা লৈবিবা মণিপুবীশিং তাশীন- খোমজিন্নবা হোৎনৈ। সাহিত্য, শান্নবা, দ্রামা কযাগী লূপশিং লিংখৎপদা চাউনা থৌদাং লৌখি। ঈং ১৯৩৬ যৌবকপদদি ওৎপিববা লৌমী কাঙলূপকী ওইবা লৌমী লূপ 'কৃষি সম্মেলনী' শেমগত্তুনা লৌমী খুনজা মীযামগী হক্কীদমক থেংনবা হৌবকখি। ইবাবতকী ব্রাখল্লোনদি অপূনবগী শক্তিদা থাজবনি। ওৎপিববশিংগী অপূনবগী কীপূন শাগৎপনি। মখোযগী খুত্তা মপু ওইবা লৈঙাকপগী হক পায়বকপদুনি। নিখিল হিন্দু মণিপুবী মহাসভাগী ১৯৩৮ দা চীংঙাদা ফমখিবা মবিশুবা মীফমনা মতমদুগী নিংথৌ অমসুং ইমপবিযেলিষ্ট শপ্নম লৈঙাক্কী মাযযোক্তা মীযাম্না খনজবা মীযামগী মীহুৎনা লৈঙাকচবা দিমোক্রেটিক লৈঙাক্লোন অমগী ব্রাফম পুখত্তুনা বাবেপ তাবে।

মদুদা নত্তনা 'লাঙ্গোল পায়বনা লৌগী মপূ' হায়বা মাঙজিল্ল থারবা খোল্লাউ ফাওবা থোক্লকখ্রে। অসূম্না ইবাবতকী লমজিং মখাদা লমদমসিদা অহানবা ওইনা দিমোক্রেসিগী ৱাখললোন অমসুং পলিটিক্যাল পার্টি পোক্লকখ্রে।

ইং ১৯৩৯ নুপীলান লুচিংবনি হায়বদগী, নুপী মীয়ামগী অচুম্বা ঈহৌবু শৌগত্তুনা পুখৎলুবদগী ইবাবত ফাদুনা চহী অহুমগী মিয়াদ পীখি। শিলেট জেলদা থাখি। শিলেট জেলদগী কম্যুনিষ্ট ওইরক্তুনা ১৯৪৩ দা বোম্বেদা ফমখিবা কম্যুনিষ্ট পার্টি ওফ ইন্দিয়াগী অহানবা জাতিগী থাক্তা ফম্বা মীফম ( নেসন্যাল কংগ্রেস) য়াওখি। মতমদুদা মহাক্না ফোঙদোকখি -

"ঐহাক্না মণিপুর মীয়ামগী মহুৎ শিনজরদুনা অসীগুম্বা ভারত কম্যুনিষ্ট পার্টিগী অহানবা চাউববা মীফম অসিদা য়াইফ পাউজেল পীজনবা মাইল ১৮০০ অসী লাকচবিবনি। মখোয়গী রেদ সেলুট অসীবু লৌবীয়ু। ... কমরেদশিং ঐহাক মতীক মগুণ লৈরবা সিপিআইগী মেম্বর ওইজনবগীদমক দরখাস থাজখ্রে। মসিদা ঐবু মেম্বর অমা ওইহনবীববদি বিবোলুসন্যরি অমা ওইজবগী খুদোংচাবদু ফংজরবনি হায়না লৌজগনি। পার্টি অসীগী মরৈবাক নীংবগী থৌশীলবু থবক ওইনা পাঙথোক্লবা চঙশীল্লকপদা ঐগী লৈজরিবা পাঙ্গল থৌনা অমসুং মতম পুম্নমক কখোকচগনি।" (পিপলস এজ - ১৯৪৫ দিসেম্বর) । মতাং অসী য়ৌরকপদদি ইরাবতকী রাজনীতিগী খোঙচৎ ময়েক শেংলে। সিলচর জেলদা লৈরিঙৈ ১৯৪৪ দিসেম্বর তরানিথোইদা শিলংদা লৈবা আসাম সরকারগী চিফ সেক্রেটরিদা ইবা (সিলচর দিষ্টিক্ট জেল সুপারিন্টেন্ডেন্টকী খুত্থাঙদা থাবা) চেবোল অমদা মহাক কম্যুনিষ্ট পার্টি য়াওরে হায়বদু ময়েক শেংনা ফোঙদোক্লি -

Statement on my political policy and application হায়বা মতাংদুদা পল্লি -

"I belong to the Communist Party of India, which party I joined immediately after my release from Sylhet Jail in 1943. I attended the first Bomby Congress of the Communist Party of India in May 1943 as special representative, which fact also was announced in Indian Press. Since that period, upto the time of my arrest, I had been a member of the District Organisation Committee of the Cachar Branch of the CPI".

সিপিআই শাগৎলকখিবগী মতাংদা পল্লিবদি -

"On 26 December 1925 in the industrial City of Kanpur braving British imperialist persecution ardent young patriots inspired by the Great October Socialist Revolution, burning with zeal to fight for national independence, to organise the working class, peasants and other toilers for struggle for their rights and for socialism and imbued with the vision to unite with all other anti-imperialist forces, come to together to form the Communist Party of India, ... " The CPI was born out of the fusion of militant anti-imperialist patriotism and proletarian internationalism, of the struggle for national freedom and class struggle for socialism ... (Communist Party of India Fifty Years of Struggle and Advance, CPI Publication, New Delhi - 1975) পান্দম অসিদনি ইরাবতনা চপচানা লূপশ্লিবা অমসুং মদুমক্তনা পার্টি অসীদা য়াওখিবা। খোঙচৎ অসিদা পুন্সী অদুমকসু চপচানা কখোকখিবনি। ইরাবত ইমপরিয়েলিজম অমসুং ফেসিজমগী মায়য়োক্তা খোঙফম চেৎনা লেপখি। ইমপরিয়েলিষ্ট য়াদবা, মরৈবাক নীংবা অমদি প্রোলিটরিয়ান ইন্টর্নেসনেলিজমদা থাজবা, জাতিগী নীংতম্বা অমসুং সস্যালিজমগীদমক থেংনরিবা মথৌনা লৈরবশিংনা শেমগৎখিবা পার্টি অদুগী পান্দমদগী ফেসিষ্টকী মশক অমদি লাল্লোংবু ময়েক শেংনা খঙখি। মদুবু খোঙফম চেৎনা থেংননবা লেপখি। ইমপরিয়েলিষ্ট লোইলম শন্দোকপশিংগী মায়য়োক্তা পূন্না থেংনমিন্নবগী কল্লবা ঈহূল ফাওখি। অদুনা অনীশুবা লাঞ্জাও মতমদা জপানগী মশকপু মচা খায়না ময়েক শেংনা পুখোকখি - "... সাম্রাজ্যবাদকী অশেম্বশিংদা স্বাধীনতা কৌশিন্দুনা, দেশকীদমক্তি হায়জিন্দুনা নহারোল পূন্নমক বলি কৎপনি। ... " জপান্দসু জপানী মার্কা ফ্যাসিবাদ লিংলে, কোলোনি লৈতবা লৈবাক অহুম অমগা অমগা মতেং পাংনবা য়ানরে। অসূম্না থৌরাং লোইরগা মখোয়না লান হৌরে। হন্দক্কী লান অদু অসূম্না হৌখিবনি। ... অসিদগী ঐখোযনা উবদি ফ্যাসিবাদ অসি ইটালি, জার্ম্মানী অমসুং জপান্দা থবক থৌরম অমত্তদা লিংখৎখিবনি" (ইরাবত ঃ কেপিটালিজম) মতৌ অসূম্না পৃথিবী লাঞ্জাওগী মশক নিংথীনা ভাকপগা লোয়ননা ইমপরিয়েলিজম অমসুং ফেসিজমগী মচবৎ মমুৎ তানা উৎলি।

ইরাবত ইমপরিয়েলিষ্টশিংগী তমথীরবা মায়থোঙ অমা ওইরিবা ফেসিষ্টকী মশক ময়েক শেংনা উৎপদা নত্তনা মদুগী মাযয়োক্তা খোঙফম চেৎনা লেপখি।

মথক্তা পনখিবা সেক্যুরিতি প্রিজনর ওইনা সিলচর জেলদা লৈরিঙৈদা আসামগী চিফ সেক্রেটরিদা ইখিবা চেরোলদুদা হায়খি -

"... We Communists firmly beleive that the liberation and material progress of humanity lies in the utter defeat of Fascism. ..." I consider it my duty to add that by arresting and detaining all the anti-fascist worker like me the Government are neither gainers themselves nor the defence of the Country. It is high time that they should realise their mistake and ease to persue their barren course, which in fact impedes the war-efforts against freedom loving humanity". মসিনা অচেৎপা ফিরেপ অমগী অপাকপা মীৎয়েং অদু ময়েক শেংনা তাকই। অসীগুম্বা খোঙবু অসীগী মরক্তনি মহাক্কী অনৌবা যুগ অমগী পান্দম।

ঈং ১৯৪৭ মহাক্কী 'অনৌবা যুগ' চয়োলগী চেফোঙ পূথোরকপদদি য়াম্না চঙখোন্না মশক শেংনা হায়রে। ফিরেপ অমদি খোঙফম চেৎনা চোংথোরক্লে "অনীশুবা লাঞ্জাও লোইখ্রে লানগী অহানবা হৌখিবগা লোইবা মরোইগা পৃথিবীগী মওং অমা ওনখ্রে। পৃথিবী অপূম্বা উপ্পুনা পানগে লোইনা মীনায় ওইহনগে হায়না নোংচুপ ইউরোপ্তা হিটলার, মুসোলিনীনা আল্লসকী চীংখোঙদা মীখা পোনবা পামদবা মী কয়াগী শরুতনা অনীশুবা আল্লস অমা শাগৎনবা তৃক্কচববা থৌব'ঙ, নোংপোক্তো তোজোনা মীশাতনা প্রশান্ত মহাসাগর ফুন্ননবা খূজীলনা পৃথিবী অপূম্বা থক থক নীকখ্রে। হিংচাবশিং অসীবু লাইদৌনা নীংনখ্রবনি। ১৯৪৫ ঈংদা লান লোইবগা হিটলার মুসোলিনী উৎ ওইখ্রে, তোজো মতীকচাবা মনা ফংখ্রে। মখোয়গী নীতি ফেসিজমসু পৃথিবীদগী মাঙখ্রে। মনীং তম্বা পাম্বা লৈবাক মীয়াম্না জয় ওইখ্রে। অমরোমদা সাম্রাজ্যবাদকী মপাঙ্গল শোম্থরে। পৃথিবী অপূম্বা ঈনৌ-নৌবা লৈবাক্কী শক্তিগী ঈচেল অমদা অনৌবা যুগ অমা ওইরে। ... "পৃথিবীগী অনৌবা যুগকী পাউ পুদুনা 'অনৌবা যুগনা মণিপুর প্রজাগী যুমদা চয়োলগী অমুক চঙদুনা পাউ তমজনবা ব্রা তান্নবা অনৌবা যুগ থোকচরক্লি।' (অনৌবা যুগ ১বা চহী ১বা মশীং এপ্রিল ১৩, ঈং ১৯৪৭)

মসীনা তরং-তরংনা তাকই মদুদি ইমপরিয়েলিষ্ট অমসুং ইমপরিয়েলিজমগী মায়য়োক্তা লেপ্পুনা থেংনখিবা মীয়ামগী মায়পাকপবু তরাম্না

ওকখি। অনৌবা খুন্নাই লোনচৎ সস্যালিজমগী অনৌবা যুগ অমগী মপাউবু লমদমসিগী য়ূমথোঙ খূদীং চঙদুনা তমজনীংবগী খোঙচত্তা লাকখি হায়বদু। জাতি খূদীংমক্কী শূজ-নোমজরিবা মীয়াম্না মখোয়গী অরান খুবমগী লাম্লেং অদু অতৈ জাতিশিংগী প্রোলিটরিয়েৎশিংনা থেংনরিবা মায়য়োক্নরিবা লানফম অদুদগী খক খাইদোক্নবা য়াদে। মখোয়গী য়েক্লবা অদু মহাক্কী লৈবাকখক্তগী শেঙ্গাও মপূ বুর্জব্বাশিং অদুখক্তা নত্তে অতৈ লৈবাকশিংগী বুর্জব্বাশিংসুদুনি। মসিদা মালেমগী ওইবা অচেৎপা লীপূন, অমত্তা ওইবা অপূনবগী খোঙবু তঙাইফদে হায়বদু ইরাবত চপচানা খঙখি। মরম অদুমক্তা মতম অদুদা মালেমগী লৈবাক কয়াদা মায়পাক্লা থেংনখিবা মীয়ামগী জয় ওইবগী মশক অদু তাক্লুনা খোঙবু অদুগী শরুক অমা ওইনা লমদম অসীগী মীয়ামসু অনৌবা যুগ অমগীদমক থৌদাং লৌরসী হায়বগী পোরম য়াংখি। খোঙচৎ অসীগী মপাউ তমখি।

কম্যুনিষ্ট মেনিফেষ্টো পূথোবকপদা মার্ক্স অমসুং এঙ্গেলসনা হায়খি - "শূজ- নোমজবিবা কাঙলূপকী অৱোনবা অহোংবা লানফমগী অহানবা খোঙথাংদি তুহৎ- নৈহৎপিরবশিং অসীবু লৈঙাকপা কাঙলূপকী থাক্তা পূখৎপনি, দিমোক্রেসিগী লানফমবু জয় তৌবনি"। স্তান অসীমক লমদম অসীগী শূজ-নোমজরিবা, থোইদোক্লা লৌমী মীয়ামদা ফংহন্নবা ইরাবতনা তত্তনা হোৎনখি। থব্রায় তানা হোৎনরকপা কয়াগী মনুংদা পনখি - "চৎলো চৎসি ইচীন-ইনাওসা লৌমীগী লৈবাক শেম্লসী"। মসীমক "to raise the proletariat to the position of ruling class" হায়বদুগী ময়েক শেংলবা খোঙবু অমগী খোনজেলনি। অনৌবা মখলগী অনৌবা লুচিংবা, অনৌবা গুণনা লৈতেংলিবা লময়ানবা অমা ওইরিবা ফ্রেদরিক এঙ্গেলসনা হায়খি - " লৈবাক খূদীংমক্তা লৈরিবা প্রোলিটরিয়েটশিং অসীগী ব্রাখল পান্দম অমত্তা ওই অমসুং চপ মান্নে, মসীগী য়েক্লবসু চপ মান্নে অমসুং অমত্তা ওই, অদুগা লানফমসু চপ মান্নবা অমসুং অমত্তা ওইবা লানফমদনি। পাকশল্লবা খূৎ তৎলবা মীয়াম অসী মহৌশানা পীকখ্রবা জাতিখক্তগী ওইবা নাপনদগী নাম্থোকচৈ অমদি মখোয়গী পূকচেল অমসুং ঈহৌ অসী মশানা তানা মীওইববু য়াইফহন্নীংবগী মীওইলীচৎ অদু ওই; অখূবা জাতিতগী ওইবা মীৎয়েংগী মায়যোক্তা লেপ্পী । অসূম্না প্রোলিটরিয়ানশিংতনা অখূবা জাতিগী মীৎয়েং থুগাইবা ঙম্মি; মীৎ পাঙ্লবা প্রোলিটরিয়েটতনা তোঙান- তোঙানবা জাতিশিংগী মরক্তা মব্দপ মপাং ওইমিন্নবা হাযবদু পুরকপা ঙম্মী।" (কঃ ব্রাঃ ভোঃ ৬ লাঃ ৬)।

ইরাবতসু হায়খি - "অশেংবা দেশ প্রেমদি করিগুম্বদা সাম্রাজ্যবাদগী শান্নপোৎ ওইবা য়াদে। দেশ প্রেম কোনশেংদি স্বাধীনতানি। দেশ অমগী স্বাধীনতা মাঙহল্লগা দেশ অমগী স্বাধীনতা ওইবা করিগুম্বদা ওইবা য়াদে। মাগী দেশবুনা চাউহল্লগা লৈবাক অমবুনা পীকহনবা জাৎ অমগী স্বাধীনতা মাঙহনবা অমসুং অতোপ্পা দেশগী মীবু অরেম্বদা ওৎলগা নৈরগা মখোয়না করিগুম্বদা স্বাধীনতাবু সম্মান তৌদে। মদুগী অর্থদি মাগী দেশগী স্বাধীনতা অদু চীমতাদা য়াবা থবক্তদি য়াদবনি।" (ইরাবত ঃ কেপিটালিজম)। মসিদা সস্যালিষ্ট পেত্রিওটিজম অমসুং প্রোলিটরিয়ান ইন্টর্নেসনেলিজমগী ফজরবা মচি ওইবদু য়াওরী। মীখা পোল্লবা, ওৎপীরবা কাঙলূপকী মীয়ামদা অনৌবা য়াব্রোলগী অনৌবা ইথিল পীরি। তশেংনমক জাতিগী নীংতম্বা পূরক্লবা অমসুং জাতি অমবু মীখা পোন্দনা হিংনবা হোৎনবদা, মদুবু ঙাকপদা ঐখোয়না মীৎয়েং খূবা বুর্জব্রা নেসনেলিজমদগী সস্যালিষ্ট ইন্টর্নেসনেলিজমদা পুখৎপা চঙই। মসিদা জাতি খূদীংমক্কী চপমান্নবা হক লৈমিন্নবা অমসুং পূম্নমক্কী মরক্তা থোংমান্ননা খন্ন-নৈনমিন্নবা, মরূপ মপাং ওইমিন্নবগী অচেৎপা লীপূল শাগৎমিন্নবা তঙাইফদে হায়বা ইন্টর্নেসনেলিজমগী ব্রাখল পান্দম অসীমক ইরাবতকী রাজনীতিগী খোঙচৎতা ময়েক শেংনা শাগোন্নবি। থাংখাং অদু চেৎশীল্লক্কুনা মহাক্কী লমজিং মখাদা ঈং ১৯৪৮ অগষ্ট ২৩ দা আসাম প্রোবিন্সিয়েল কমিটি, সিপিআইগী মখাদ দিওসি (দিষ্টিক্ট ওর্গনাইজিং কমিটি) গী থাক্তা মণিপুরগী লৈমায়দা অহানবা ওইনা কম্যুনিষ্ট পার্টি লিংখৎখি। কম্যুনিষ্ট মেনিফেষ্টো পূথোরকপদা মার্ক্স এঙ্গেলসনা হায়খি - "A spectre is haunting Europe - the spectre of Communism. All the powers of old Europe have entered into a holy alliance to exorcize this spectre: Pope and Czar, Metternich and Guizot, French radicals and German Police -spies". মতম অমদা য়ুরোপ্তা হান্নগী অরিবা মীওৎপা লৈঙাক্লোনগী য়ায়তোং-ফমথোনবা, মখোয়গী খোঙলোয়শিংনা কম্যুনিষ্টপু তাথীবা, কম্যুনিজমবু মাঙহন্নবা হোৎনখিবদু পল্লম্মী।

লমদম অসিদসু কম্যুনিষ্ট ওইরুবগীদমক ইরাবতপু মতমদুগী লৈঙাকপশিং, মখোয়গী খোঙলোয়শিংনা ওম্থোক্লা তাথীনা হুল্লানবীখি। মরমদম মীয়ামগীদমক পূম্নমক কখোক্কুনা জেল মিয়াদ তাখিবা, মিয়াদ মতম লোইদুনা থোরক্লবা মতমদসু কমিউনিষ্ট ওইরুবদগী মহাক্লা নুংশিজগ্রবা পোক্লফম লমদম চঙবা

য়াহনখিদে। অকি-তুজুংবনা থল্লবা ওইদবা চিরোল কয়ানা ইরাবতপু য়ৈথনবা হোৎনখি। শিলেট জেলদগী থোরকপগা (১৯৪৩ মার্চ ২০) মার্চ কুননিথোইদা মণিপুরগী পলিটিক্যল এজেন্টতা ইরাবত মণিপুরদা হল্লকপা য়াহনবীনবা চেরোল অমদা ইরি - "I beg to state that I like to return to my native land at Manipur so I hope you would be kind enough to give me necessary permission for that and oblige". অদুবু মদুগী অয়াবা পীখিদে, চঙহনখিদে, লোয়ননা মণিপুবগী মহারাজ বোধচন্দ্রগী চেরোল অমদসু অসুম্না ফাওবা ইখি - "... Admission of nationalist party into the state will create a disturbance in the state war efforts. If Sjt Irabot Singh is a member of the Communist Party and his attitude remains unchanged, I do not think it advisable that permission should not be granted for the duration of War" (Memo No. 995/XI Imphal the 9th April, - PMSD) পোলিটিক্যল এজেন্ট জিমসননসু অসুম্না থোকখি -

"PMSD

I have issued a notice on Irabot Singh saying that for the present permission to return to Manipur is refused. ... sd/ Gimson dt 12/4/43." পূম্নমক অসীদা ইরাবত অমুক্তা হেন্না মৈ ঈকখি। মণিপুর চঙহন্দ্রবসু কাছার লমদমদা শোখরিবা লৌমী শিন্মী মীয়ামগীদমক লেপ্তুনা থেংনখি। কম্যুনিষ্ট অমা ওইবগী লৈরু- লৈরুবা মফমদা থৌদাং লৌবা অমসুং লুচিংবা অমা ওইবগী - লমজিংবগী খোঙচৎ অদুমক লেপখিদে। মণিপুর কেপিতেলিষ্ট সিষ্ট্যমগী কাঙলুপ নাইবা, চাওখৎপদা থোংমান্নদবা, থবক ফংদবা, মীয়ামগী পূন্সীনা চৈথেং কয়া মায়য়োক্রবা শেম্ছোক ব্রাৎপা শেঙ্গাও মপু খরনা শূপ্পা কয়াগী মথক্তা ফ্যুড্যল সিষ্ট্যম লোইশ্রবসু লেমহৌখাক্কী শউম কোক্লিবা, মচেৎ য়েংবা ফুরূপ খায়বা, শাগৈ জাৎ নাইবা ফ্যুড্যল দিসয়ুনিতিগী থরুম লৈরিবা, লোইমপু ওইরম্বা ইমপরিয়েলিষ্টশিংগী অনৌবা শরৌগী খুৎশাং থারক্লিবা ফীবম মতাসিদা ইরাবতকী ব্রাখল্লোন য়াম্না মরূওই। অপুনবা, ফুরূপ খূদীং থোংমান্ননা চান্ন- চিন্না হিংমিন্নবা হায়বসিদদি খূদীংমক অসী অমত্তা ওইনা চেৎনা কোনশিনমিন্নবা চঙই। অহেনবা অতোনবা খায়বা, থরুম তৌনবা, তুহৎনবা, হৌশ্রবা মতমগী খেন্নবা কয়াদা য়ুমফম ওইরগা শাগৎনবা পূম্নমক থাদোক্লদবা য়াদে। মসীগা ঈরোয়ননা পূক্লীং ব্রাখল-

থম্মোয় হোদোক্লবা, থাজমিন্নবা, তুংগী তরং-তরং উবা অমত্তা ওইবগী পান্দম শাগৎপা চঙই। খুন্নাইগী পুন্সী, রাজনীতি- শেলথুম, সমাজ সংস্কৃতি, হীরম খুদীংমক্তা, থাংখাং-মায়কৈ পুন্নমক্তা দিমোক্রেসি হায়বসীমক মীয়ামগী অশেংবা মায়কৈদা চপচানা ময়েক শেংনা পুখৎপা তঙাইফদে। অথুবা নেসনেলিজম অমসুং গ্রেট নেসন চৌবিনিজমগী ঈহূল চেনবা য়াদে। শোখরিবা অপীকপা ফুরূপ কয়াবু মরূপ মপাং মচীন-মনাও ওইনা তেঙবাঙনদুনা চাওখৎহনবা, মদুগীদমক পুখৎপিবা তঙাইফদবনি। ইরাবতনা শোখরিবশিংবু পূক্লীং থৌগৎনা থোংমান্ননা পুখৎনবা লেপ্তনা হোৎনখি। ফ্যুড্যল সিষ্ট্যম য়াখিদে। মশাগী জাতিতনা অথোইবনি হায়বা য়াদে। জাতিগী মীৎয়েংদসু ইরাবতকী মীৎয়েং ময়েক শেংই। ফুরূপ খূদীংনা মশাগী জাতিগী শক্তম অদু ঙাকচনা অপূনবা অচৌবা জাতিগী মনুংদা অমত্তা ওইনা চেৎশীন্না লৈমিন্নবগী ফিরেপ ইরাবততা ময়েক শেংনা লৈখি। (জননেতা ইরাবত সিংহ, দি হ্যুম্যনিষ্ট ক্রুসেদর, ইরাবত সেন্টর ফোর মার্ক্সিষ্ট ষ্টদিজ - ১৯৯৯ লাঃ ৩২)। ক্লাস এন্টাগোনিজমবু ইথনিক এন্টাগোনিজম ওইনা উহন্নবা, মদোমদা পুখত্তূনা খাইবুং খাইবুং তানহন্নবা হোৎনবকপা শারী কয়াদা ইরাবতকী মীৎয়েং শেংই। মহাক্কীদি কাঙলূপকী জ্ঞান অমসুং কাঙলুপকী ঈহৌদনি (ক্লাস কন্সসনেস অমসুং ক্লাস স্ত্রগল)।

অসিগুম্বা ব্রাখল্লোন পান্দম অসি পুরকখিবা লুচিংবা অমগী গুনশিং ইরাবততা নিংথীনা চেনখি। অনৌবা যুগকী অনৌবা লুচিংবা অমগী মশক ময়েক শেংখি। লানফমদা মৈ ঈক্লবা অমা ওইনা খোঙফম চেৎনা লেপখি। মীপুম কয়াগী থাজজনা ব্রাতানফম ওইখি। বুদ্ধি- লৌশিং - মীৎয়েং শাল্লী। মীয়াম খোন্না শাগৎপা ঙম্বা, চোকথবা নাইদবা, মথৌদা চপচানা থৌদাং লৌবা, লেঙদ্রবা ফিরেপ লৈবা, থৌনা ফবা, পূকচেল চাউবা পূন্নমক ইরাবততা চেনখি। ওৎপিরবা কাঙলূপ খূনজা মীয়ামগীদমক মখোয়গী অশেংবা নীংতম্বগী পান্দমদা থেংনরদুনা অচৌবা ফম (সেদর পঞ্চায়ট মেম্বর) থাদোকখি, নুংঙাইরবা পুন্সী তুংওইনখি, খুনজা মীয়াম্নক্তা লেনখি, মখোয়দগী তমজখি। মীয়ামদা চেল্লিবা, মতম শাংনা নমথদুনা থম্বীরম্নবা রিবোলুসন্যরি ঈহূলবু নিংথীনা য়াকাইহনখি। লৌমী মীয়াম মশাগী হক তানজবা ঙম্বগী ঈহৌ শাগৎলকখি। ইরাবত অনৌবা মখলগী রিভোলুসন্যরি পার্টি অমগী অনৌবা মগুণ চেল্লবা অনৌবা লূচিংবা অমা ওইনা মহাক্কী পুন্সী ময়েক শেংখি। গ্রেট ওক্টোবর সস্যলিষ্ট রিবোলুসন মায়পাক্লা পূরকখিবা বোলসেবিক পার্টি

শাগৎলকপা মতমদা লূচিংখিবা ভি আই লেনিননা শেমগৎখিবা ওর্গনাইজেসনগী চৎনপথাপ চেৎনা থাজজনা লৌখি। মদুমক্তা মহাক্কী সেলফ ক্রিতিসিজম পীখি - "ঙসিদি ক্রিতিসিজম হায়বসিনা ঐখোয়গী হিংনফমনি হায়বসি ঐ চপচানা থাজরে, কনাগুম্বা কমরেদশিংনা হৌজিক ফাওবা ঐবু চিংনবিবা লৈরম্লবদি ঐ য়াম্না অৱাবা ওইগনি। মার্ক্সিজম লেনিনিজমগী মক্তুবা লম্বী অসি নত্তনা হিংনফম লৈতে হায়বসি ঐ থৱায় শোক্লা থাজে। দিওসিগী অনৌবা সিদ্ধান্ত অসিনা ঐখোয়গী চাওখৎপগী অবেপ্পা লম্বীনি হায়না থাজবগা লোয়নননা সিদ্ধান্তশিং অসী পাঙথোক্লবা হোৎনবদা ঐনা ঙম্বা শক্তি শীজিন্নগনি।" (DOC circular No. 8 dt. 10/10/49) ক্রিতিসিজম অমসুং সেলফক্রিতিসিজম হায়বা চৎনপথাপ অসীমক রিবোলুসন্যরি কম্যুনিষ্ট পার্টি অমগী খ্বাইদগী মরুওইবা অমনি। মসিনা লুচিংবা অমনা নাপল শূপ্লম মহাক্তনা অথোইবনি, মহাক্লা হায়রগা লোইবে হাযবগী লীচৎপূ চেক তৌদুনা মপূংফানা পুখৎপদা চাউনা থৌদাং লৌই। দিমোক্রেতি ওইবা পার্টি অমগী মশক লেপ্পি। অসীগুম্বা হৌনলোনচৎ অসীবু চেৎনা ঙাক্তুনা পুখৎখিবা, মহাক্কী রাজনীতিগী ৱাখল্লোনবু হেন্না মপূং ফাহল্লমখিবা লূচিংবা অমনি ইরাবত। মণিপুর ষ্টেট কনষ্টিট্যুসন এক্ট, ১৯৪৭ কী মখাদা এসেমব্লি ইলেক্সন ১৯৪৮ দা পাঙথোকখি। ইরাবত উৎলৌ কেন্দ্রদগী কৃষক সভাগী মীরেপ ওইনা কাখি। অদুবু চহীদুগী সেপ্তেম্বরদা অন্দরগ্রাউন্দ তাখিবদগী ১৯৪৮ ওক্টোবর ১৮ দা ফমখিবা এসেমব্লিগী অহানবা মীফমদগী হৌনা য়াউবা ফংহনখিদ্রে। মশা য়াওবা ফংদ্রবসু অহানবা মীফমদুদা মেম্বর পূম্নমক্তা অইবা চেরোল থারম্মী। চেরোলদুদা হায় - "নুমিৎ অসী মণিপুর প্রজানা কুইনা তাল্লক্লবা, খৌবাংনা ঙাইনরবা এসেমব্লিগী অহানবা মীতিংনি। মণিপুরগী চীং-তমগী প্রজানা খনজবা প্রতিনিধি পূম্নমক তিন্নদুনা খন্নরগা, মণিপুবগী য়াইফব্বা পুরক্লগা লৈবাক্কী লাইবক লেপ্পগী নুংঙাইরবা নুমিৎনি। নুমিৎ অসী মণিপুব ইতিহাসকী মতাং অমগী অহৌবা পৃযাদা লৈহৌরগদৌবা মণিপুর প্রজা পূম্নমক্কী নুংঙাইরবা নুমিৎনি। ... "মণিপুর প্রজা অপূনবগী দাবী পূর্নদায়িত্বশীল শাসনদি কনষ্টিট্যুসন মেকিং কমিতি শেম্বদা মিঃ পীয়ার্সন্না মনীং তৌনা, তমগী প্রতিনিধি খনবোই খন্দবোই, চীংগীনা মনীং তৌনা হাপ্তুনা কমিতি শেমখি। কমিতি অদুনা শেম্বনি হায়বা পীয়ার্সন প্লান কনষ্টিট্যুসন এক্ট সীবুনি দায়িত্বশীল শাসন হায়রিবা। কনষ্টিট্যুসন অসীদি মণিপুর প্রজাগী অধিকার অমত্তা য়াওদ্রে। ... "মেজোরিতি পার্টিগী লিদরনা মন্ত্রী সভা শেম্বদি এক্তা য়াওদ্রবনিনা খনগদৌবনি।

ঐনা মেম্বর পূন্নমক্তা হায়জরি মন্ত্রী খনবা অসী য়াম্না লুখ্রবনি। মসিদা শোয়রবদি মেম্বরশিংনা অমসুং লৈবাক্তা নীংবা থবক অমত্তা থোক্লরোই হায়বা য়াই। মরম অসীনা দলগী মী থিবিগনু, লমচৎ ফজবা, হৌখিবদা তৌখিবা থবক অসীনচিংবা য়েংলগা মতীকচাবা মীবু খনবীয়ু। পূন্নমক অসীগা লোয়ননা মণিপুরগী অর্থনীতিদা চাওখৎনবা, খনিনচিংবা চাওখৎনবা, শোখদুনা লৈবা শিক্ষা চাওখৎনবা নিংথীনা প্লান শেম্নবা, জাতি খুদীং মশা চাওখৎপা ঙম্নবা হোৎনবগী অধিকার লৈবা, মণিপুরগী মীশীংগী অয়াম্বা ওইরবা লায়রবা লৌমীশিংনা মীওইনা হিংদুনা লৈবা ঙম্নবা লৌমীগী খাজনা হন্থবা, লৌ লৈতবা মীদা লৌ পীনবা থৌরাং, লৌউবশিংগী খুদোংচাদবা কোক্লবা নিংথীনা আইন শেম্বীদুনা মণিপুর চীং তমগী প্রজা লিংজেল মান্নবা লৈবা, অপূনবা সনা লৈবাক শেম্নবগী আশা থমজরি"। (হিজম ইরাবত সিংহ এমএলএ, তাং ১৭/১০/১৯৪৮ ইং)

মহাক্কী থম্মোয়গী শেংলবা ব্রারোলসিনা মতমদুদা মহাক্তা পাম্লম্বা ব্রাখল্লোন্দু ময়েক শেংনা ফোঙদোকই। মীয়ামগী মীহুৎনা দিমোক্রেসিগী অশেংবা য়ূমফমদা শেম্বা অমদি সস্যালিষ্ট লৈঙাক্লোনগী অশেংবা এসেমব্লি অমা ওইদ্রবসু মীয়াম্না খল্লক্লবা মীহুৎশিংনা লৈবাক মীয়ামগী চীং-তমগী থোইদোক্লা লৌমী মীয়ামগী য়াইফগদবা শাসনগী মায়কৈদা পুরক্লবা ব্রাফম পল্লি। মহাক্কীদি তাশীন-খোমজিনবনি। ওৎপী-তুহৎপিরবা পূন্নমক, চীং-তমগী অপূনবা অমত্তা ওইবা লীপূনগী পান্দমদনি। ঙল্লিঙৈদগী হায় " হৌজিক্কী মতম অসী জগৎকী জাতি খুদীংমক শেমগৎ-শাগৎপা অমসুং পূনশীনবগী মতমনি" (নিখিল হিন্দু মণিপুরী মহাসভা অহানবা মীফম)। চীং-তমগী মতাংদসু হায় "চীং-তম অনীনা মণিপুরনি, মণিপুরদা পোকপবু মণিপুর মচানি, মাগী অপূনবনা মণিপুরী জাতিনি" (অনৌবা য়ুগ ৬শুবা মশীং মে ১৮, ১৯৪৭)। কায়নদনবা লেপ্তুনা হোৎনখি (১৯৪৭ নবেম্বর ৩০ মীফম অমদি অতৈশিং)। কয়াসিগা লোয়ননা ইন্টর্নেসনেলিষ্ট অমা ওইনা মতম অমদা বর্ম্মাগী কম্যুনিষ্ট পার্টি অহমনা খুৎলায় পায়বা লালহৌ চত্থনবা অদুগা মখোয় মশেল য়ানরমদবদু য়াননবা ইরাবতনা কন্না হোৎনখি। ইং ১৯৪৮ অগষ্ট ২৩ দা মণিপুরদা কম্যুনিষ্ট পার্টি লিংখৎলবা মতুং মণিপুরগী অপূনবা, তোপ তোপচবা শক্তম ঙাক্লুনা কন্নবা চঙশীনবা খোঙজঙদগী (পূর্ব্বাচল প্রদেশ শেমগনি হায়বগী মায়য়োক্তা ১৯৪৮ সেপ্তেম্বর ২১ দা চত্থখিবা) অন্দরগ্রাউন্দ তাহনখ্রবা মতুং বর্ম্মাদা লৈখিবা মতমদা বর্ম্মাগী পার্টি অহুম পূন্না থেংনমিন্ননবা অমদি তাইশিন্ননবা

পৃথৎলমখি। পার্টি অহুম (বর্মিজ কম্যুনিষ্ট পার্টি, কম্যুনিষ্ট পার্টি ওফ বর্ম্মা, পিপলস কমরেদ পার্টি) তাইশিন্নবগী ইরাবতনা লৌরম্বা থৌদাংবু অসুম্না পল্লি "কমরেদ ইরাবতনা পীরম্বা অসিগুম্বা অপূনবা ফ্রন্ট অমগী ৱাফম অমসুং খুৎলাই পায়বা দলশিংগী একটাগী ৱারী শাননবগী ৱাফমসি পিসিপিগী ব্যুরো নং. ১ গী সর্কুলর নং. ৫৮/এ৩/৫১ ইউবি ২০/৬/৫১ দা ময়েক শেংনা পার্টিগী য়ুনিট খূদীং শীনবা থুংনা থম্ল- নৈনহনখি। মসীমক খূৎলাই পায়বা লালহৌ তৌরিবা দলশিংগী মরক্তা একটা পূরক্নবগী অচৌবা লম্বী শেমখি। অসীগুম্বা একটা পূরক্নবগী পার্টি অহুমগী অপূনবা কনফরেন্স অসি মোংয়া দিষ্ট্রিক্টতা কমরেদ ইরাবতনা লৈখিদ্রবা মতুং ১৯৫২ গী জুন থাদগী সেপ্তেম্বর থা ফাওবা ফমদুনা থবক ওইনা পাঙথোকখি অমসুং মপৃংফাবা একটা পূরকপা ঙমখি।" (ইবাবত থা সেলেব্রেসন কমিতিনা ফোঙবা জননেতা কমরেদ ইরাবত - লাঃ ২৩, ১৯৮৮)। অসুম্না ইন্টর্নেসনেলিষ্ট অমা ওইনা কম্যুনিষ্ট অমসুং ৱার্করস পার্টিশিংনা অমগা অমাগা তান-তীক্লদুনা, পূক্নীং জ্ঞান হোদোক্লদুনা অমসুং পূন্না ৱারেপ্লদুনা মালেম অসিদা শান্তি, জাতিগী নীংতম্বা, দিমোক্রেসি অমসুং সস্যালিজম পূরক্লবা ইমপরিয়েলিজমগী মায়য়োক্তা থেংনবা ঙম্নবা চঙশীনমীন্ননবা থৌদাংদু লৌরমখি। ইরাবত বিবোলুসন্যরি কম্যুনিষ্ট লুচিংবা অমগী পুন্সী মরেল অদুমক চপচানা লেপখি। Spartan life হায়বদুগী অশেংবা পুন্সীনি। খুঙ্গং খুনজা মীয়ামলক্তা, চীংনুংদা, ৱারবা খুদোংথীরবা মফমশিংদা, অফং অফংবদা তাংজদুনা লেনখি। নীংহন্নখিদে খোম্বাং য়ৈনবু লাউখি - "হাইগৎসি ৱাংনা ফীরালসি ঙাঙলবা/লায়রবশিংগী ঈনা।" ইরাবত ফ্যুড্যলিজম, ইম্পরিয়েলিজম, কম্যুনেলিজমগী মায়য়োক্তা চপচানা লেপখি। লমদমসিদা Proletarian internationalism গী ঈহৌ চেৎনা শাগৎনবা হোৎনখি। লেটিন আমেরিকাগী রিবোলুসন্যরি লূচিংবা চিগুবরাসু হায়খি - "Let us develop genuine proletarian internationalism, with international proletarian armies. Let the flag under which we fight be the sacred cause of liberation of humanity" অমুকসু মখা তাখি -"... our every action is a battlecry against imperialism and a call for the unity of the people against the great enemy of human race ...". (Message to the Tricontinental conference - 1967)। ঙসিদি মহাক্কী খোল্লাউ খোম্বাং য়ৈরি। লেটিন আমেরিকান লৈবাকশিং চপচানা লেপ্তুনা থেংনখ্রে। মায় পাকখ্রে। অনৌবা পৃথিবী অমা শেমবা হৌখ্রে। "Another world is

possible" গী খোল্লাউনা নিলহনখ্রে। মদুমক ওইথোকহনখ্রে - ইমপরিয়েলিজমগী মায়য়োক্তা থোইদোক্লা অমেরিকান ইমপরিয়েলিজমগী মায়য়োক্তা। তৌবতদি মাওজিল থানা লাউরমখিবা ইরাবতকী খোম্থাংদুদি ?

ঙসিদি লেটিন অমেরিকাগী লৈমায়দগী World Social Forum পোক্লক্তুনা Another World is possible হায়বসিদা মালেমগী মীয়াম, চাওখৎপা অহোংবা পাম্বা পাক শন্নবা খোঙবু অমা শেমগৎপা হৌরক্লে। অসুম্না ফাওবা হায়ররে - "The communist/marxist movement could not grow without a broad based outlook. The communists have to be part and percel of the society, with deep roots among the people, Rigid, sectarian outlook and approach has to be given up. We should not adopt a hostile attitude to religion and spiritualism. ... " All the communist forces should come togeter on people's issues, and find common bases." (Socialism in the 21st Century - pp 137 NRR Research Centre for Social Sciences, Hyderabad - 2008).

ৱাফম অসিদা ইবাবতকীদি, মহাক্কী রাজনীতিগী ৱাখল্লোনদি চপচানা শরুক য়াদুনা থৌদাং লৌখি। অপিকপদগীনা চাউরবা মীয়ামগী ঈহৌ কয়াদা লমজিংখি। ধর্ম অমত্তবু তাথীখিদে ধর্মগী মিংদা ওৎপখক্তবু য়াখিদে। অদুবু মহাক্কীদি মযেক শেংনা থমখি - "... মসি হৌজিক্কী ধর্মনি- বনদা, জঙ্গলদা, মণ্ডিরদা, মসজিদতা ভগবানবু থিবতনা থিবা নীংবা নত্তে, ইবুংঙো মহাকপু থিগদবা মফমদি ফি শেৎনীঙাই লৈতবা তোল্লবা মীখা পোল্লবা মীগী মরক্তা থিগদবনি। মখোয়গী সেবাতনা মীওইবগী অথোইবা ধর্মনি।" (লোকমান্য তিলক)। তশেংনমক উপাই লৈজদ্রবশিংগী সেবাদা অকিবা লৈতনা থেংনখি ইরাবত। অসুম্না মায়কৈ কয়াদা মহাক্কী ৱাখল্লোনগী মমি নিংথীনা তাই। মহাক্কীদি মীয়ামগী মায়কৈদনি, ৱার-নংলবা, তোল্ল-তারবশিংগী অরান খুবমগীদমক লেপখিবনি। খোঙফমদুদা পুম্নমক কখোকখিবনি।

শন্নপ্পা খরসিদগীসু ইরাবতকী রাজনীতিগী ৱাখল্লোন মযেক শেংনা খঙবা য়াই। ইরাবত - এন্তি-ফ্যুড্যাল, এন্তি-ইমপরিয়োলিষ্ট, এন্তি- ফেসিষ্টনি। প্রোলিটরিয়ান ইন্টর্নেসনেলিজমদা চেৎনা থাজখিবা রিবোলুসনরি কম্যুনিষ্ট,

পেট্রিওট অমনি। ঙসিগী ইমপরিয়েলিষ্ট নিও-লিবরেল পোলিসি, লিবরেলাইজেসন, প্রাইবেটাইজেসন, গ্লোবেলাইজেসনগী শাফু কনশীল্লকপা, অমুকসু ব্রার্ল্ড সোসিয়েল ফোরমগী অনদর ব্রার্ল্ড ইজ পোজিবলগী খোঙ্হাং ব্রাংখৎলকপা অনৌবা যুগ অসিদা ইরাবতকী অনৌবা যুগকী ব্রাখল্লোন মমুৎ তানা নৈনবগী তঙাইফদবদু হেন্না হেন্না মরুওইরক্লি। ইরাবতকী পলিতি্যক্যাল ফিলোসোফীদি মার্ক্সিজম- লেনিনিজমদা য়ূমফম ওইখিবনি। মার্ক্সিজম- লেনিনিজম হায়বসীমক্তি মালেম অসীবু নিংথীনা মশক খঙনবা অমসুং রিবোলুসন্যরি ওইবা মওংদা অওনবা অহোংবা পুরক্লবা, সমাজ, মহৌশা অমসুং মীওইবগী জ্ঞান লৌশিংনা চাওখৎলকপগী মরমদা নৈনরিবা সাইন্স অমনি। মসিদনি ইরাবতনা মহাক্কী বাজনীতি ব্রাখল্লোনগী তুংনফম ওইখ্রিবসি। মসীনি ইরাবতকী রাজনীতি খোঙচৎ। পান্দম অসীগীদমক শাগাৎখি, থেংনখি, কখোকখি।

***



জননেতা ইরাবত

(সেপ্তেম্বর ৩০, ১৮৯৬ - সেপ্তেম্বর ২৬, ১৯৫১)

অইবগী ফোঙখ্রবা লাইরিকশিং ঃ

১. থম্মোয়না তেংথারি (উপন্যাস)

২. থবক থিবা (দ্রামা মচা)

৩. মেদে

৪. ইরাবত ঃ পুন্সীগী শক্তম খরা

